# ককচিং

## সোসিও-ইকোনোমিক সর্ভে

নাওরেম গঙ্কার

ককচিং

রাইরী ইবুধৌ থম্নাংবগী
লাইশঙবা ওইবীরম্বা,
খুরোম্নবা খুজংশিংগী উমংলাই হয়াওবদসু
থরাই যাওবীরম্বা,
ইছাগী লাইরিক - লাইশু তথদসু
পুক্লীং থোগৎপীরম্বা,
নাওরেম থম্বো সিংহ,
লৈখিত্রবা ইপল ইবুংঙোগী
থুম্না খাদা, কচ্চরি —
মচাগী ‘ককচিং’!

# ককচিং

## সোসিও-ইকোনোমিক সর্ভে

অইবা
নাওরেম গম্ভার
সেনিয়ার লেকচরর খা মনিপুর কলেজ ককচিং
মনিপুর



মমল—রুপা ১২/—

কোংজবী :— লাওরেম সুমিতা দেবী
ককচিং বাজার



ককচিং

সোসিও ইকোনোমিক সর্ভে

অইবা — লাওরেম গম্ভার

কোংবা — ১৯৮৩ ডিসেম্বর

মথুম ( ঔথৈ মরুপী শাম ) পুথোকপা —অইবা

ফোটো — জে কে. ফোটো ষ্টুডিও. ককচিং

ফোটো ব্লোক —কলিকত্তা

মেপ ব্লোক —মনিপুর

মেপ য়েকথোকপা — গণেশ লাল শর্মা




নমকম — এম. ডি. ব্রদর্স পব্লিসিং প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি
কো. ককচিং বাজার মনিপুর

## যাওকম তাকপা

নামাই

# ৱাহৌদোক

ককচিং, মহৌশাগী থবক শু-মোৱা কনবা, থোইদোক্লা লৌউ-শিংউদা থোৱায় য়াওবা, অরৈ - লৈত মতেং পাংনদুনা ঈংনা পানবা থুমাই অম। শেমগংপা পামজবা মীওই কাংলুপ অমগী থুক্সং ওইদুনা লাকখি। নিংথৌ পাম্লৈউ মতমদা "লোই" হায়না থঙনরম্বা মরোল থোইবা খুন্তাশিংনা খুন্দা-লৈতায়কখিব মীশিং য়ামনা তাবা থুক্সং অমা ওইরম্মী। শোক ১৯৮১গী মীকোক থীবগী মতুং ইমা মীশিং ২১১৯৯ লৈরবা ককচিং হৌজিক্তি সহর অমগী থাক্তা পুথংদুনা ইম্ফালগী মথংদা থ্রাইদগী মীশিং য়ামনা লৈবা ম্যুনিসিপালিটি অমা ওইরে। শুসিদগী চহি ২০/৩০ গী মমাংদা লৈরম্বা ককচিংগী ফিভমগা, হৌজিক ওইরক্লিবা ফিভম অসিগা ওন্থোক্লা থেমরে। সমাজ রাজনিতি, সংস্কৃতি শিক্ষা অমসুং অর্থিক অবস্থানচিংবা হিরম কয়ামুক্তা অচৌবা অহোংবা অমা লাক্লে। ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিগী শক্তম অমতং লাইরিক অমগী মওংদা পুথোক্তুনা মীয়ামদা উহনজনিংবদগী ককচিংগী মরমদা সোসিও-ইকোনোমিক সর্ভে অমা শনাই ওইনা চংশিনজক্লবনি।

অসিগুম্বা মথলগী সর্ভে অমা পাংথোকপা হায়বসি লমদম অসিগ। মরী লৈনবা দাতা কয়ামুক থোমজিন্দুনা নৈনবা অমা চংই। সরকারগীমক নক্তবনিনা শনাই ওইনা **Primary Investigator** কয়ামকম থমদুনা মরী লৈনবা বিভাগশিংগী মকুম্না মরোল থোমজিনবা ড্রমজখিদে। মরম অসিনা, লাইরিক অসিদা উংলিবা শক্তমশিং অসিনা কোন্ডর তৌদবা এরিয়া থরদি শোয়দনা য়াওরম্লগনি। মসিমক অইবা ইশামক্তী অশোনবা অমনি। চিংথ - নাম্বা য়াওখিবা অমদি ফিগরনচিংবা শীবদা অশোয় - অত্তাম কয়াম্স য়াওরি। পুম্নমক অসিগী চুমং-থোক চুমশিন অমসুং নৌনা হাপচিনব য়াবা লমদম অসিগী মচাক কয়ামুক শীবিরকপা অমদি অম্নুম তৌরগা ফগনি হায়না পাওতাক শীবিরকপা থুদিংমক হয়াওনা খাগত তৌজগনি লোয়ননা পাবীরিবা ময়ামগী থৌজাল লৈরবদি মথংগী থুংনমদা চুমথোকচগনি।

য়াকম অমনা

হৌজিক ওইরিবা ফিভমগী মরমদা নৈনবগা ইরোইনমা ককচিংগী হৌরককমগী মরমদসু থিজিন্দুনা তোঙানবা চেপ্তুর অমতং হাপচনিংলম্বনি অহুবু হিরম অসিদা ইশানা থঙবা য়াংপা অমদি অথঙ অহৈশিংদা হংজক্লবদা ফংলকপা য়ায়ীশিং অহুম্সু পাবীরিবশিংগী পুক্নীং পেম্নবা য়ারেংজবা ড্রমলোইদবা মওং অমা উজবদগী য়ামনা নিংঙমদনা মতাং অসি থাদোকখি। অহুম ওইনমক, হংনরিবা য়াহংদি— ককচিংগী হৌরককম, খুন্দায়কপগী মতম অমসুং ককচিংগা মিং মায়বা থুজংশিংগা মৈহৌরোন্দগী লৈনরকপা মরীগী মরমশিংনি। য়াকম অসিমক্তি হৌজিক

ফাওবদা পাউথুমনা রাংলবা হংবনা থামবা অমা ওইহনা লৈরি। হৌরকফমগা মরী লৈননা তাংদাংবা অমা পীবা ঙমত্রবস্তু ককচিংগী মরমদা মনিপুরগী মপুং অমস্নং মপাল্ল লমদমগী অইবশিংনা খোংগ্রমা লাইরিকশিংদা ককচিংগী মরমদা পনখিবা বাহৈশিং অপাবশিংদা লংলা লংজিল থজিজং পীবা ঙম্নবগীদমক মথাগী অস্মুম্না মথং মথং quote তৌজরি : -

T. C Hudson না 1908তা কোংখিবা লাইরিক " The Meitheis " [illegible] ১ শুবদা ককচিংগী মরমদা অস্মুমনা ইরম্মী - " The Lois in the South East of the Valley at Kokching, who live by iron smelting, were once under the rule of Heirok king whose dominions stretched from Kokching to the Impal river. Mc Culloch states that the appointment of an official with the style and title of Bedfiraj to govern Kokching dates from the reign of Gharibaiwas "

E.W. Dun না ইব Gazetteer of Manipur ( 1886 তা কোংখিব ) লাইরিক অহুগী লমায় ১২৯ দা ককচিংগী মরমদা ইরম্মী — KOKSHING KULFL

A Manipur village in the South east portion of the Valley, 2 miles from the Aimol Moray route just before it reaches Pallel.

Elevation –
Temperature –
Climate –
} Vide page 77 Changangai

Houses – 45. Manipuri Pattern
Inhabitants – 225 Loi *
Fighting men — 45

Water –
Grazing –
Products —
Timber —
Harvests –
} Vide page 77 Changangai

Camping Ground - Good and unlimited all the year round along foot of low hills on the South and West.

Live stock — 90 cows 67 buffaloes

Carriage - 45 carts, 45 coolies

Approaches — By small paths from the Aimol road practicable only in the cold weather. By a good path always open from the Shugunu road, crossing low ridge half a mile from the village.

**They were lois, but now call themselves Hindoos having some time since 1867 been adopted into the hindoo by the Raja, and they give themselves all the airs of Hindoos – ( J Johnstone 1885 )**

মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা শে ক ১৯৭৭ দ "মনিপুরগী লাই হরাউবগী ফেষ্টিভেল," নিংশিং চেফোংদা ককচিং নিংথৌ লৈকাইদ লৈব শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবনা ইবাখিবা 'ককচিং লাই হরাউব' হায়ব আর্টিকল অমদা ককচিংগী মরমদা অসুমনা পনবিখি— "লাইনিংথৌ থঙ্গাংবা অসি অহিংকোক গুরু শিদবদগী থোরকপনি, লাই অসিনা মথং মথং শায়োল্লকপনা লৈমুং যোরি য়োংশুংবা খুমুং তেক তেক থাঙজবা হায়না লাংওল্লি. হায়বসি থ্বাইনা ঙমনা থঙনরি মতৌ অসুমনা মথং মথং শাইওল্লকুনা মকুন্থী খোয়মোম লাইরেম্মা শম্লোঙ ভুইমু লৈমা মঙাং নিংথৌ চনু পায়রহনা মচানিপা অমুদোয়চিংবা পোক্কুনা পায়রম্বদগী লাই অসিনা রাইরা শাথিবা. ভুইয়েল লানথিবা, তেনৌ য়োংথিব ওইনা থোংনাং মঙ্গাং লৈবাক্তা চংখিহনা ভখেল মীরৈপুঙদা খুল ফাওক্লরে, লাইরেম্মা ইবেম্মা থোংনাং চনু শিজ কালিকা লমওক্কহনা তাসোই লমতিমগনা তখেল খুনশেম লৈশেম্নরগা মতম থরগী ভুংদা ময়োই মনাইশিং লোইননা মনিপুর সনা লৈবাক্তা খুল থোক্লকুনা উরিপোক্তা খুন তারে। কাংলুপ অসিনা শুব থবক্তি য়োংশং য়োংশাবনি মৈদিংঙু থঙবী লানথাবনা পানবদগী মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানবা ফাওবদা চহি ৩০০ লোম অসিগী মনুংদা শোংচুপ অমসুং নোংপোক হায়রনচিংবদগী লাকপা কাংলুপ কয়া অমসু কাংলুপ অসিদা তিমথি মসিগ. লোইননা হান্না লৈরম্বা মৈতৈ নিংথৌজাগী কাংলুপ্পুগী শিন্দাং শিন্দম্বা অমদি চনু মিঙোল চারো মোরোনবদগীসু কয়া অমা তিনশিনবগা পুমনমক অসিনা পুশিন্নরগা ঙসি ককচিং হায়না খ্বাইনা থঙনরিবা অসিনি। কাংলুপ অসিবু ককচিং হায়না খ্বাইনা থঙনবদি উরিপোক্তগী থৌবালদা খুল তাব মতমদা ভুবী লাইরেন কোকনি লোংববু শোরা লাইহং থৌবনা ভুবী মঙক ককই হায়হনা ককচিং কৌই .... .... .... .... .... . . ."

সয়াংথেম থরমনি সিংহগী লাইরিক "লম্মিংলোন" লমায় ১৫ দা ককচিংবু অসুমনা শিঙথাই— "থৌবাল ইক্কঙ্গলাই কৌবা ভুবী কোকনি লোংব মমৈ তোম্বা লাইরেন অসিনা সুমিং খুদিংগী ভুবী মকোক পাংমনা রাইথৌ থমপুং চিংথম চাওপোক, মুংলৌ ঙাঙলৌ লান্না চাক্তাই। অদুগা অতোপ্পা লাইরেন মকোক অহনা চোইজিং লান্না চাক্তাবদগী ঙানবা তেকচা পাম্বা শোরা লাইহং থৌবনা থুম্বা লুদা চংবা ঙা অহু ফা-ফাহনা চাথোকই। নোংমদি ঙানবা তেকচা পানবা শোরা লাইহং থৌবনা লু কাইগে লাকপদা লাইরেন অসিনা লুদঙ চংবা ঙা পুমনমক অদু ফারগা চাথম্মী।

মাহ্ উবদা ঙানবা তেকচা পাম্বনা শাওমনখিবনা অকি অখং লৈতনা মখুত্তা শাইরিব খাংলেন মখুংস্নুনা ঙা কাহ্নুনা চারিবা লাইরেন মকোক অহ্ ককথংলে। লাইরেন মকোকপু অকিব লৈতনা চিংনদনা ককই হায়হ্নুনা মফম অহ্ ককচিং থোনখি।

পি, ভরত মৈতৈনা ইবা লাইরিক 'ককচিং'গী লমায়ৎতা খুন্দারকপগা ম'রি লৈননা অস্তুমনা ইরি ···· ···· ···· ককচিং মফম অসিদা খুনশেম খুন্দাবশি চাওরাক্না চহি ৩০০/৩৫০ রোম ওইব য়াই। হৈরেম খুঙ্গান হায়ব মফম অসিবু ককচিংনা খুন্দাবদগী খুনফমগী মিংস্নু ককচিং হায়না খঙনখি। মসিগী মমাংদা পল্লেনগী মনিং কেরজিংদা খুন্দারম্মী। মফম অসিদা খুন্দাবা মঙমদা য়ুমনাক য়াম্নমদে। তুংদা বৃটিস সরকারবা মনিপুরদা পানব হৌগংলকপ অহুরাইদা য়ুমনাক চামরিরোম লৈরম্মী। খুলেন্দা চহুম অমস্নুং রাইরিদা চামরোম লৈরম্মী

"লোই" হায়না পল্লিব রাহৈ অসিগী তোঙান তোঙানব interpretation কয়ামুক লৈ। থোইদোক্না হম্বব জাং ঙাক্তা খঙনবা নংতে। কাংলুপ অমা ওইনা শু চংপদা নিংতম্না পাম্না লৈবাক নিংথৌ খন্দুনা লম্নাই নুংঙাইনব খন্দবা মীওইশিং ওইগনি। অখঙ অহৈশিংনা খুন্দা লৈত্তারকপগী মরমদা পনবীরিব রাফমশিং অসিনা লেঙপ্রবা এমান ওইরবনি।

অরোইবদা

অসিগুম্না লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোংনবদা হাকথেংননা অরাব কয়া খাঙমিন্নখিব অমদি পুক্লিং থৌগংপিরকপা কয়ামুক্তা মরমদস্নু পনজনিংই শ্রীপোকচোম য়ুগেশ্বর সিংহ শ্রীমোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহ ইনাওশিংনা লাইরিক অসি ইননবা ঈথিল পিথিখিবতা নত্তনা ককচিংগী ওইব দাতা কয়ামুক খোমজিনবদা মতেং পাংবিরকখি। শ্রীময়াংলম্বম অচৌব সিংহ দিপুটি ডাইরেক্তর ওফ এগ্রিকলচরনা ক্রোপ কম্পিটিশনগা মরি লৈনবা রিকোর্দ পিবিরকখি। শ্রীরেংথোম সুরচন্দ্র সিংহ, রিসার্চ ওফিসার প্লানিংনা মনিপুরগী চাওখং থৌরাংগা মরি লৈনবা চেফোংশিং ফংহনবীখি। S. D. C. অমদি মাগী স্টাফনা লমগী দাতা পীবীবা অমদি ককচিং ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী চিয়ারমেন অমদি মহাক্কী স্টাফনা ইন্টিগ্রেটেদ অরবান ডিভেলপমেন্টকী দাতা পীবীবা অসিনচিংব তেংবাংশিং অসিগীদমক্তা শিংব ঙম্নরোইদব লম্মন অমা তোনশিল্লবনি। ইন্দস্ট্রিগী মরমদা লৈখিদ্রবা শিলপকার নাওরেম ভুবন সিংহগী পুনশি রারীদগী মচাক কন্না অমস্নু ফংখি অমস্নুং লাইরিক অসিদা হাপচিনজরি। লৈখিদ্রবা শিলপকারগী পুনশি রারী অমা পিবি-রকপগীদমক্তস্নু মহাক্কী ইমুং মনুংদা তৌবিমল খঙব উংচরি।

নাওরেম গম্ভার
ককচিং বাজার

# ১

# খুন্দা-লৈতা অমদি মীশিংগী ফীভম

ককচিং মনিপুরগী কোনুং ইম্ফালদগী খা মৈরম্ পাংনা কিঃ মিঃ ৪৫ (নিঙ্কুমণ্ডা) লাপ্পা থৌবাল জিলাগী মনুং চম্না লৈব সহর অমনি। নেসনেল হাই রে ৩৯, ইন্দো বরমা রোড হায়রগস্সু খঙনব লম্বী অসিদগী নোংচুপ লোমদা কিঃ মিঃ অমা চংলগা শুগ্নু রোড (ষ্টেট হাইরে) গী খা ব্রাংদা অমম্লুং সেকমাই তুরেল ঈচেল তুংইম্না য়ুম য়ামনা কুংনা তাব মনিপুর তম্পাক্কী খা থংব শরুক্তা লৈরিব খুঙ্গংশিংগী অমত্তা চাইবা সহরনি। মহৌশাদগী অকোইবদা লৈরিবা খুঙ্গাশিংগী হিরম কয়ামুক্কী খন্ন নৈনবগী তিন্নফম ওইহুনা লাকখি। খুন্দা লৈতা ফক্তে, তুংগী খুদোংচাগদবা য়েংহুনা অমদি শুফম চংফম খুদোং চাগদবা মফম খন্দুনা অহল লমনশিংনা লম্মিংলোন খঙনা খুন্দারম্ব ওইরমগনি। মরমদি লম অসি চীংগী লমদগী থোইনা লাপ্পদনা অমদি অতৈ তম্পাক্কী খুঙ্গংশিংদগীস্সু কা হেন্না লাপ্পহন্দনা লৌউ শিংউগী লম মরাং কাইনা লৈব মফমনি। লৈতেম মান্নবা লমদমনা অয়ামবনি। অকুৎ অতোং চাওরাক্লা ফুট খরগী চাংদ খেন্নবতা ওইগনি। মনিপুর তম্পাক্কী লম অয়াম্বনা অরাংদগী মথারোমদা নেমথৈ, ককচিংনা খুন্দারিব মফমসিদি খারোমদগী অরাংলোমদা ওমথৈ। মরম অসিনা ঈশিং চিংথোক চিংশিন তৌরিব সেকমাই তুরেল অমদি মরুওইব তু-খোং মথারোমদগী অরাং পাংনা ওাক চেন্থ। চহিগী ঈশিং ইচাও কয়া লাকপদা মতম শাংনা ঈরিহুনা লৈতে, লোইননা য়ুম কৈ ইংখোল-নচিংবা শাথিনা মাঙ তাকহনখিব লৈতবা লমনি। শমনা হান্নরবদা খুন্দা লৈতাগী মওংসি তোপ তোপ্পা মগুন অমা চেন্নি.

# ককচিং

য়ুম-কৈ লিংহুনা খুন্দারিব ককচিং ম্যুনিসিপালিটিগী পাক চাওব এরিয়া অসি চাওরাক্না একর ১৭৪৪'১২ নি। হৌজিক হৌজিক লৌউ শিংউ তৌহুনা মহৈ-মরোং থারিব অপুনব লমগী পাক চাওবদি একর ৬,৪১১'৮৩ নি। হায়রিব এরিয়া অসি লৌশি পাং থাদননি। লৌশি পাংকী অপুনব এরিয়াদি হেক্তর ( পরি অমগী হিসাব ) ১২৪১ নি। সহর অসিগী নোংপোক অমদি খাদা চাণ্ডেল জিলা, অরাংদা ইরেংবন অমস্তুং লৌশি পাং, নোংচুপ্তা তেজপুর' কৈরক, লমজাও, লাংমৈদোংনচিব য়াবগাই অমদি হিয়াংলম কেন্দ্রগী থুঙ্গংশিং লৈ। সমুদ্র ঈমাইথক্কী মিটর ৭৮৫ য়াংনা লোংগীচুত দিগ্রী ৯৩°৫' নোংপোক অমস্তুং অরাংথংব লেটিচুত দিগ্রী ২৪°২২ গী মরক্ত লৈবনি। চহি অমগী ওইনা নোংচুবগী চাং এম এম ১০০০ দগী ১৩০০ ফাওবগী মনুংদনি। খ্বাইদগী শাবা চাংনা দিগ্রী সেন্টিগ্রেদ ৩৪ ০০ নি, ইংবগীনা ০১ ০০ দিগ্রী সেন্টিগ্রেদনি। জুন, জুলাই থা অনিসি খ্বাইদগী শাবা মতমনি অদুগা দিসেম্বর অমস্তুং জনুয়ারি থানা য়ামনা ইংবা মতমনি।

চহি ১০/.০ খুদিংগী ভারত শিনব য়ুংনা মীকোক থিবগী থবক অসি পাংথোকই। ইংরাজিদা সেন্সস ওপরেসন হায়না খঙলৈ। ইকোন কোয়া পাংথোকখিব শোক ১৯৮১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না ভারতকী অপুনব মীশিং মিলিয়ন ৬৮৪ নি। মনিপুরগী অপুনব মীশিংনা ১৪২০৯৫৩ নি। মীশিং য়ামা লৈজদব রাজ্যশিংগী মনুংদা মনিপুরস্তু অমনি। ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংগী অমদি ইউনিয়ন টেরিটোরিশিংগী মীশিং মতুং ইন্না মনিপুর কুনগুব মফমদ লৈ। অপুনব মীশিংগী চাম্বদা ২৫-৪দি তমপাক্কী জিলাশিংদা লৈবনি। হায়রনা সেন্ট্রেল দিষ্ট্রিক্কী মনুং চম্না লৈরম্বা সব দিভিজন মঙ্গাগী মনুংদা ইম্ফাল রেষ্ট নংতনা অতৈ সব দিভিজন শিংদগী থৌবালনা খ্বাইদগী মীশিং য়ামা লৈবা সব দিভিজননি। হৌজিক থৌবাল অমস্তুং বিষ্ণুপুর মপুং ফাব জিলা অমমম ওইরে। অনৌবা জিলাশিং অসিগী হেড কাটরস ওইনা চংলিবা চহিসিগী মে তাং ২৫ দা লোইননা থৌবাল অমস্তুং বিষ্ণুপুরবু শুম্না শক্লাখ্রে। শোক ১৯৮১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না নোংনা শেমলা থৌবাল জিলাগী অপুনবা মীশিং ২, ৩১, ৭৮০ নি। জিলা অসিগী সহর অমদি খুঙ্গংশিংগী মনুংদা ককচিংনা খ্বাইদগী মী কুংনা অমদি মীশিং য়ামনা লৈব সহর অমা ওইরি। মখাদা পীরিবা টেবল অসিদগী ককচিংগী ওইবা হৌজিক্কী মীশিং ময়েক শেংনা খঙবা ঙমগনি।

টেবল নং ১; ককচিং ম্যুনিসিপাল এরিয়া ৱার্ড ১২ গী মীশীংগা
মরি লৈননা উংপা ৱারোল : (১৯৮১ সেন্সস)

| ৱার্ড নং | অপুনবা মীশীং | নূপা | নূপী | ৱার্ড অমনা কোনবা লৈকাইগী মীং |
|---|---|---|---|---|
| ১ | ১৬৩৯ | ৮১৮ | ৮২১ | ৱাইরি থোঙাম + খুল্লাকপম লৈকাই |
| ২ | ১৮৯৯ | ৯৩৬ | ৯৬৩ | ৱাইরি সাবল লৈকাই |
| ৩ | ১৪৫০ | ৭৩১ | ৭১৯ | ৱাইরি সেনাপতি + নিংথৌজম |
| ৪ | ২০০৭ | ৯৯৫ | ১০১২ | তূরেল ৱাংম + চুম্নাং |
| ৫ | ১৪৩৭ | ৭১৩ | ৭২৪ | উয়োক চাংয়া |
| ৬ | ১৩৮১ | ৬৬৩ | ৭১৮ | মোইরাংথেম + উরাউবম |
| ৭ | ২৩১১ | ১১৮৩ | ১১২৮ | খুনয়াই + পল্লেন তাবা |
| ৮ | ১৭৫৩ | ৮৭৯ | ৮৭৪ | নিংথৌ লৈকাই |
| ৯ | ১২২৮ | ৬১৮ | ৬১০ | ময়াই লৈকাই + পাজি লৈকাই |
| ১০ | ২০১৮ | ১০২০ | ৯৯৮ | ময়াই লৈকাই + লাইথগোল + মখা লৈকাই |
| ১১ | ১৯২২ | ৯৭৬ | ৯৪৬ | সাবল + মখা + সুমাক লৈকাই |
| ১২ | ২১৫৪ | ১০৬০ | ১০৯০ | পাজি লৈকাই + সুমাক লৈকাই |

অপুনবা মীশীং ২১,১৯৯ | ১০,৫৯২ | ১০,৬০৭।

মথক্কী টেবল অসিদগী খঙবা ঙমগে মতুংদি ককচিংগী অপুনবা মীশীং অসি লিশিং কুন-মাথোই চামা মরিফুতরামাপল নি। অপুনবা মীশীংগী মনুংদা নূপানা ১০.৫৯২ অমগা নূপী মশিংনা ১০.৬০৭ নি। নূপা নূপী অনিগী মীশীং চাংচং অসি চাওরাক্লা নূপা ১০০০ = নূপী ১০০১ নি। মণিপুর তম্পাক্কী ওইনা (**Sex Ratio**) নূপা নূপী চাংচং অসি নূপা ১০০০ = নূপী ৯৯০ নি। তম্পাক্কী অপুনবা মীশীং ৯,২২,৬৮১ নি। নূপা মশীং ৪,৬৩,৭৩৯ নি নূপী মশিংনা ৪,৫৮,৯৪২ নি। মসি শোক ১৯৮১ গী সেন্সসতা ফংবা মশীংনি।

ককচিংগী ৱার্দ ১২ গী মনুংদা ৱার্দ নম্বর ৭ (তরেৎ) না খ্বাইদগী মীশিং য়াম্ব হেল্লি। লোইননা নুপা মশিংনা নুপী মশিংদগী হেন্না লৈবা ৱার্দশিংগী মনুংদা ৱার্দ নং ৭ না মকোক ইথং থংই। মসিগী মরমসি অস্থুম্না নৈনবা য়াই মহুদি ৱার্দ অসিদা ককচিংগী মপান্দগী নত্রগা মনিপুরগী মপান্দগী ইমুং মনুং নুপী অঙাং য়াওদনা শু-নোমহুনা চাকতান ফিদানব, লাকপ অমদি কারবার তৌব লাকপ. লন্নাই খুল্লানবা মীওইশিং খর শোইদনা লৈরমগনি। অমরোমদা ৱার্দ নম্বর ৬ (তরুক) না নুপী মশীংনা নুপা মশীংদগী হেন্না লৈবা ৱার্দশিংগী মনুংদগী মাংজিন থারি। টাউন প্লানিং ডিপার্টমেন্টকী সরভে মতুং ইন্না খ্বাইদগী য়ুম কুংনা তাব ৱার্দশিংদি — ৩, ৫, অমসুং ৮ নি।

মীশাংগী মরমদা নৈনবা মাঙইশিংনা (দিমোগ্রাফর) অমদি অর্থনিতিগী লমদ খণ্ড-হৈরব অইবশিংন। মীশিং হেনগংলকপগী মরমসি কয়ামুক্কী মনুংদ মরুওইবা অনিখক্ত খৈরে। মখোই-শিং অহুদি — (১) শিবগী চাং য়াম্না হন্থরকপ (২) পোকপগী চাং য়াম্না হেনগংলকপ। মরম অনি অসিনা তাক্লিব রাক্ষমদি, অসিনি - পোকপগী চাং হেনগংলকপগী মতুং ইন্না শি চাং অহুক হাক্লা হেনগংলক্তে অমসুং শিবগী চাং হন্থনকপগী খোঙথাংগা চানন পোক চাংসু হন্থরক্তে। শিবগী চাং হন্থরকপগী মরু ওইবা মরমদি শক্তগী লমশিংদা হকশেলগী ফিভম ফগংনবা সরকারনা মীংয়েং চংলকপ লেইনা অনা লয়েংশঙ কয়া লিংখংতুনা হিদ লাংথক অমসুং লায়েংনবগী খুদোং চাবা ফংহল্লকপা অসিনি অমরোমদা প্রকৃতিগী ওইব অমাং-অতা পোকপগী চাং হন্থরকপা. খুদম ওইনা খংহৌদনা মা শিবা য়াবা নাইনা খোংহাম. লাইথোকপ অমসুং চাক হাংবংচিংবা তোঙইনা থোক্তবা অসিনসু মা শিবগী চাং হন্থরল্লি।

পোকপগী চাং হেনগংলকপগী মরমশিংদি — ১) ওন্না লুহোংহুনা য়ুম্বালবগী লম্বীদা খোংদোরকপ ২) ইউনিভরসেল মেরিয়জ হায়বদি নুপা নুপী ওইনা সমাজনা হিংলিবা খুদিংমক য়ুম্বানবগী জগৎতা চংহন মচা থারা শক্তোক্লিংবগী রাখল চেনবা অসিনি। হায়বদি য়ুম কৈ পান্দনা পুন্সি লেংশোক্লগে হায়না খনব মীওই থোইদোক্লা নৈতে। অসিগুম্না সমাজগী চংনবী য়া ফলদি পোকপগী চাং (*Birth rate*) হেনগংলকপা তাবনি।

পোকপ চাং হায়হুনা মীশাংগী রাক্ষমগা মরি লৈননা পল্লিব অসিনা খণ্ডহল্লবদি করি-গুম্না মচম অমদা তকক্লবা চহি অমগী মনুংদা মী ১০০০ (লিশিং অমা) খুদিংগী চহিদা হেনগংলক্লিবা মাশাংগী চাং অহুনি। শোক ১৯৮১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না খাত্রিবা ককচিংগী ওইবা পোকপগী চাং লিশিং অমদা ৩০ (কুন্থা) চহিগী হেনগংপগী চাংনি। মসিগী চাংচংতা পারগা চংশিবা শতাব্দি অনিগী লোইরকপা অমদি অনোবা শতাব্দি চংলকপ মতমদা ওইরকপা য়াব ককচিংগী মীশাং মখল অস্থুম। উদংদা য়াই :—

টেবল নং ২ ; ককচিং মুনিসিপাল এরিয়া গী
ওইরকপা ময়াবা মীশাংগী কিভম

| মীকোক থিবগী চহি | ১৯৬১ | ১৯৭১ | ১৯৮১ | ১৯৯১ | ২০০১ |
|---|---|---|---|---|---|
| মীশাং | ১২১৭৫ | ১৬,৩১৩ | ২১১৯৯ | ২৭,৫৫৯ | ৩৬,৪০৯ |

হেনগংলক্লিবা মীশাংগী চাংচং অসি অৱাংবা থাক্কী চাংচংনি। অসুম্না হেনগংলকপগী মতৌ অসিনা লাক্লদৌরিব চহি ১০/২০ ফাওবা চংথরক্লবদদি শেল-থুমগী ফিভমদা অশোকপা অমা ওইরক্লগনি। তশেংনমক মীশাং কাহেন্না হেনগংলকপসিনা লৌমী খুন্নাইগী ওইনা হিংবগী থাক (Standard of living), হকচাং ফনা লু-হেন্না লৈবগী মওং, অহাংশিংগী লাইরিক লাইশু তমহনবদা অমদি য়ুমলৈ-কৈরদা চাওরবা চৈথেং অমা পী। থবক শুফম-চংফমগী খুদোংচাবা পিনবগী লম্না শিনদ্রিহৈদগী মীশাং য়ামখৎলক্লবনিনা থবক ফংদবগী অৱাবা খুদোং-চাদবা কয়া থেংনবা তারকই। (লৌউ-শিংউবগী থবক্লা মপুং ওইবা শিনফম ওইরিবা খুঙ্গংগী অমদি মোনা সহরগী থাক্লা থমলিবা লমশিংদা) সরকারনা সহর অমা ওইবগী থাক্ত থম্লির-বস্থু লমদমসিগী মাওই অয়াম্ন লৌউ শিংউগী থবক্লা মরুওইবা হিংনবগী শিনফম ওইবনিনা হেনগংলক্লিবা মীশাং খুদিংমক থবক শুমোম্নগী অচৌবা শক্তি ওইবা শিনফম অসিথক্লদা চেন-শিন্নরক্লনা অককনা লৈনরিবা লৌবুক্কী লমদা অরুম্বা পিশিনবা তাবনি। লমদি চাওথোক্তে মাশাংদি লেপ্পনা হেনগংলক্লি। ইপা ইপুনা থনম্বা লৌ-ইংথোল পাক চাওরম্নবস্থু চারোন শুরোন কম্না য়েম্থে ক্লরকপদগী লৌ উনবা খুংনরিবা লৌফমশিং অম্নম অম্নম পিকশিল্লক্লনা কান্নবা মওংগী লৌউবা য়াবা মফম (Economic Holding) ওইদ্রে। থোরক্লিবা পোংথোক অহুনা য়ুম্নানবগী অৱাং অপা মেনশিনবা কোম্নরক্লবদি লৈজরিবা অপিকপা লৌফম অহুস্থু য়োম্থোক্লগা চাশিনখিহুনা মমৈথংদদি লৌ লৈজদ্রবা লৌমী হায়বহু ওইরক্লনি নত্রগা য়োম্থো কপদা ফংলিবা পৈশা অহুনা অচৌবা লৌফম লৈবা য়াবা অহোংবা মফম থিহুনা মশাগী মুংশিরবা কৈরোম্ন লৈকাই থাদোক্লনা চংখিবা তাবনি। মসি অৱাবা ফীভম অম ওইরবস্থু অমরোমদদি মীশাং য়ামখৎলকপনা পিব বর অমনি হায়না লৌবস্থু য়াই। অহল লম্মনগী সম্বনি হায়না মুংশিহুনা পং তংপমখৈ রারবা ফাওবা থাদোক্লনা থম্বা চুমলোই। হেম্ন চাওবা লৌফম, শুফম-চংফম, ফংনবগীদমক য়েম্থোকপ হ য়বসি য়াম্না কব চাওখৎপা পাম্ব অচুম্বা লৌমী অমগী পুকচেলনি। ঙসি ককচিংগী অপিকপা লৌমী হায়বদি লৌ ইংথোল মরাং— কায়না লৈজদবা লৌমীশিংনা মফম অসিদগী কি: মি: ৮ লাপ্না লৈবা খোইদুম লমজাও,

কি: মিঃ ৩০ লাপ্না নুংঙু —চাইরেনদা খুন্দারিবা লোইননা আইমোল অমদি ঈথৈ মন্নদা লৌ ইংখোল লৈহুনা শু-চংনরিবশিংসি তৌদবা য়াত্রবা খোংথাংনি। অস্নুম্না শুকম-চংকম মকম চাব থিহুনা হিংনবা হোংনবগা লোইননা মীশীং হেনগংলকপ থিংনবা উপাই কয়াগী রাখল-দম্নু পুক্নীং চংবা চুমলগনি।

# মীশীংগী মতুংইন্না খাইদোকপা মনিপুরগী সহর মশীং

রাজ্য অসিগী ওইনা সহর মশীং হেনগংনবগী চংশিল্লক্লিবা খোঙথাং অসি ভারতকী অতৈ রাজ্যশিংগা য়েংনরুবদা য়াম্না তপ্পী। শোক ১৯৫১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না মনিপূরদা ইম্ফাল সহর খক্ত লৈখি। শোক ১৯৭১ গী মীকোক থীবগী মতুং ইন্না সহর ৮ (নিপান) লৈখি অতুগা শোক ১৯৮১ গী মতুং ইন্না হৌজিক হৌজিকমক মনিপুরদা পুন্না সহর ৩২ (কুন্থ্রানিথোই) লৈরে। সহরশিং অসিনা ওইরিবা থাক অসি মীশিংগী মতুং ইন্না খেন্নে। মখাগী টেবল অসিদগী মনিপুরদা লৈরিবা সহরশিং অসিগী ক্লাস অমদি ককচিং সহরনা লৈরিবা থাক খঙবা ঙমগনি।

টেবল নং ৩; মনিপুরগী সহর মশীং অমস্থুং ক্লাস

| সহরগী মিং | ক্লাস, মীশীংগী মতুং ইন্না | জিলা | মীশীং |
|---|---|---|---|
| ইম্ফাল | ক্লাস ৱান (মীশিং লাখ অমগী মথক) | ইম্ফাল | ১, ৫৬, ৬২২ |
| × | ক্লাস টু (লাখ গী মখা লিশিং ৫০ গী মথক) | × | × |
| ১। ককচিং | ক্লাস থ্রি (লিশিং কুনগী মথক ৫০গী মখা) | থৌবাল | ২১, .৯৯ |
| ২। চুরাচান্দপুর | ক্লাস থ্রি | চুরাচান্দপুর | ২০, ৭৬৪ |
| ১। থৌবাল | ক্লাস ফোর (লিশিং ১০গী মথক ২০গী মখা) | থৌবাল | ১৮, ৫৬৮ |
| ২। নম্বোল | ... | বিষ্ণুপুর | ১৩, ০৭০ |
| ৩। মোইরাং | . .... | .... | ১২, ৮০৬ |
| ৪। লিলোং | .. .... | থৌবাল | ১১, ১৩২ |

ককচিং

| সহরগী মিং | ক্লাস, মীশীংগী মতুং ইন্না | জিলা | মীশীং |
|---|---|---|---|
| ১। শামুরৌ | ক্লাস ফাইভ (লিশিং ৫গী মথক ১০গী মখা) | বিষ্ণুপুর | ৮ ৭১৫ |
| ২। মোরেহ | .... .... | চান্দেল | ৭, ৬৭৮ |
| ৩। ময়াং ইম্ফাল | .... .... | ইম্ফাল | ৭ ৩২২ |
| ৪। ৱাঙ্গোই | .... .... | .... | ৭ ২০৮ |
| ৫। নিংথৌখোং | .... .... | বিষ্ণুপুর | ৭ ০৮৪ |
| ৬। লিলোং (ইম্ফাল) | .... .... | ইম্ফাল | ৬, ৮৭৮ |
| ৭। কুম্বী | .... .... | বিষ্ণুপুর | ৬ ৩২৮ |
| ৮। উখ্রুল | .... .... | উখ্রুল | ৫, ৮২৩ |
| ৯। বিষ্ণুপুর | .... .... | বিষ্ণুপুর | ৫, ৬১৩ |
| ১। ওইনাম | ক্লাস সিক্স (লিশিং ৫ গী মখা) | বিষ্ণুপুর | ৪ ৮৭৩ |
| ২। শিখোং সেকমাই | .... .... | থৌবাল | ৪ ৭৫৮ |
| ৩। ৱাংজিং | .... .... | .... | ৪ ৬৬০ |
| ৪। লমশাং | .... .... | ইম্ফাল | ৪ ৫৬৭ |
| ৫। য়াইরিপোক | .... .... | থৌবাল | ৪ ৫১৩ |
| ৬। শুগ্নু | .... .... | .... | ৪ ৩৫৯ |
| ৭। জিরিবাম | .... .... | ইম্ফাল | ৪ ৩৯২ |
| ৮। তমেংলোং | .... .... | তমেংলোং | ৪ ২৮১ |
| ৯। সেকমাই বজার | .... .... | ইম্ফাল | ৪ ০২৮ |
| ১০। মাও-মরাম | .... .... | সেনাপতি | ৩ ৭৯৩ |
| ১১। কারোং-সেনাপতি | .... .... | .... | ৩ ৭৩১ |
| ১২। লমলাই | .... .... | ইম্ফাল | ২ ৯৫৯ |
| ১৩। সিংহাট | .... .... | চুরাচান্দপুর | ২ ২৭৮ |
| ১৪। লোক্তাক হাইড্রো ইলেক্ট্র প্রোজেক্ট টাউন | .... .... | .... | ২ ১১৭ |
| ১৫। কাংপোকপী | .... .... | সেনাপতি | ২ ১০৭ |
| ১৬। হৈরোক | .... .... | থৌবাল | ১ ২৩৯ |

# ককচিং

মতংকী টেবল উৎলিবা রারমশিং অসিনা তশেংনা তাকলি মহুদি মনিপুরগী চীং অমদি তম্পাকী লমশিংদা লৈরিবা নৌনা সহরগী থাক্তা পুখৎলবা লমশিংগী মনুংদা ককচিংনা খ্বাই-দগী মীশীং য়াম্বা সহর ওইরি মথংদা চুরাচান্দপুরনি। মনিপুর সরকারনা ইম্ফাল নৎতবা অতৈ সহরশিং ম্যুনিসিপালিটিগী থাক্তা পুখৎখিবসি ককচিং অমসুং চুরাচান্দপুরনা খ্বাইদগী হাল্লি। ম্যুনিসিপালিটি ওইবগা লোইননা ম্যুসিসিপাল বোর্ড অমগী মওংদা থবক পুব হৌ-বসি শোক ১৯৮০ মার্চ্চ থাদগীনি। স্মোল টাউন কমিটী ওইনা ককচিং নোটীফাইদ এরিয়াগী থবক পুবা হৌখিবনা শোক ১৯৭৮ নি। অহুম ওইনমক অহানবা ইলেক্সন তৌদুনা কাখিব মেম্বরশিংহ্ মখোইগী ওফিস পুবগী টার্ম শুদনা মনিপুর ষ্টেট হুড দিমাগুগা মরী লৈননা প্রজা মায়ামগী অপান্না মতুং ইন্না থবক থাদোক্লখি।

ককচিং স্মোল টাউন কমিটীগী অহানবা মীথলদা কাখিবা অমসুং মীয়ামগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ষ্টেটহুড দিমাগুগা মরি লৈননা রিজাইন তৌখিবা মেম্বরশিংগী মিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীনাওরেম ইবোতোন সিংহ | ককচিং রাইরি | চিয়ারমেন |
| ২। | শ্রীশৌগাইজম নিংথেমজাও সিংহ | „ | মেম্বর |
| ৩। | শ্রীনাওরেম গন্ধসিংহ ( লৈখিদ্রবা ) | „ | „ |
| ৪। | শ্রীক্ষেত্রিঃ চাওবা সিংহ | তুরেল বাংম | সেক্রেটরি |
| ৫। | শ্রীমোইরাংথেম কাক্লৈ সিংহ | ককচিং খুনৌ | ভাইস চিয়ারমেন |
| ৬। | শ্রীনাওরেম মুনাল সিংহ | „ | মেম্বর |
| ৭। | শ্রীয়েন্দ্রেম্বম খোমেন্দ্র সিংহ | „ | „ |
| ৮। | শ্রীক্ষেত্রিঃ মদনমোহন সিংহ ( লৈখিদ্রবা ) | „ | „ |
| ৯। | শ্রীয়েন্দ্রেম্বম মনাও সিংহ | „ | „ |

# ২

# লৌউ-শিংউ

মনিপুরগী অর্থনীতিদা লৌউ-শিংউবগী থবক অসিনা চাওরবা থৌদাং অমা লৌরি। চুম্নগী হিংনবগী মরুওইবা শিনফম অমা ওইবত নত্তনা এলহৌভেদগী চংনরক্লবা লেমজনিঙাই ওইরবা চয়া লেনবা পুন্সি তাংকক অমগী মওং অমম্মুনি। লোইননা লৌবুক্কী ফজবনা মনিপুরগী মহৌশাগী ওইবা পুক্নীং শুনঙাই ওইরবা দৃশ্যশিং অমুক্তা হেন্না ফজহল্লি। মনিপুরগী অপুনবা থবক শু-চংপা ওনবা মীশিংগী চাম্দা ৭১ দি শিনফম অসিগী মতেংনা হিংনরি। অদুগা মনিপুরগী অপুনবা পোংথোক্কী ৫৭% দি লৌউ-শিংউগী পোংথোক ওইরি। অমম্তুং রাজ্য অসিগী চহিগী ইনকমদা লৌউ শিংউনা অচৌবা শরুক অমা য়ারি।

মনিপুরগী লৌউ-শিংউগী রাফম নৈনরকপদা ককচিং তৎন থানবা য়াত্রবা, পন্দবা য়াররোইদবা মমিং লৈরবা মফম অমনি। কনাগুম্বা লৈবাক রায়েন নত্রগা লৌউ-শিংউ বিভাগ তা থবক তৌরিবা শরুকইবশিংনা ককচিংবু মনিপুরগী পুক্কেনি হায়নসু শিংথানৈ, তশেংনমক ওসি ককচিং, মনিপুরগী চাং-তম অনীমক্কী প্রজাশিংনা চাওখৎলক্লিবা সহর মচা অমা ওইনা শকখঙনরক্লিবা অসি লৌউ-শিংউগী লমদা চাওখৎলকপননি। লৌউবগী পোংথোক ফজনা পুথোকপা ওম্লকপদগী, লপ্লোন ইতিকাদমক্তসু ইফালগী মথংদা খ্বাইদগী চাওবা সেন্টর অমা ওইররে। লৌউবগী শিনফমবু হিংনবগীদমক চাক তানফম ওইবতা নৎতনা শেন্দোং লৈব শিনফম অমা ওইরবনি, হায়বসি ককচিংগী লৌমীনা উংপা ওমলে। খুঙ্গংদা লৈবা মৌমী-শিংনা শিনফম অসিদ থমলিবা মীৎয়েংসি হোংদোকপ চুমলে। মসি ইচম চম্না মতম লেম্নব শিনফম নংত্রে, জাতি অমগী চাওখৎ থৌদাংদা অমদি শোংথনা লৈহৌরবা লাইরবা লৌমী কয়াগী হিংবগী থাক রাংখৎহল্লবদা অচৌব দায়ত্ব লৈরবা ইকাই খুম্নফম ওইব শিনফম অমনি।

ককচিং

মনিপুর রাজ্যগী ওইনা চংলিবা তরুকশুবা চহি মঙাগী থৌরাং অসিগী মনুংদা লৌউ-শিংউগী চাউখৎনবা লৌখৎকদৌরিবা থবকশিং অসিগী মরুওইবা পান্দমদি — ১) চিঙ্গাক ওইনা শিজিন্নরিব ফৌ অমদি অতৈ মরূ মরাংগী পোংথোক মরাং কাইহনব অমস্থুং — ২) থবক পিবা ড়মনবগী শক্তি হেনগৎহনবা অসিনি। মহৌশা চহি মঙাগী থৌরাং হৌগৎলকপগী মতম অহুরাইদদি, মনিপুর ফৌগী চাথোক্তা য়ামনা মরাং কাইরম্মী লোইননা চানবদগী লে-মহুনা মপানগী রাজ্যশিংদা থাদোক্লম্মী। হৌজিক হৌজিক্কী ফিভমদদি ফৌগী পোংথোক,সি চাব ওক্লবা ফাওব পুথোকপা ঙ দবগী হিসাবতা লাক্লে। ঈশিংখোং ফজনা তৌহনা অমদি লৌরোক অমদগী হেন্নে চহিদা লোকপা লৌমউ পাক শন্না চৎথব ড়মদ্রি। থোইদোক হেন-দোক্লা শোক ১৯৭৮–৭৯, ৭৯–৮০ চহিশিং অসিদা ফৌগী চাথোক হন্থখি। মসিগী মরমদি চহিশিং অসিগী মনুংদ মনিপুরগী মফম খরদা কুম কাংব থোকখি।

চীং অমস্থুং তম্পাক্কী লম পুল্লগা মনিপুরদা লৌউ শিংউগীদমক্তা শিজিন্নরিবসি চাও ল্লাকপা এরিয়া অসি লম হেক্তর লাখ ২ (অনি) মুক ওইগনি। মসিগী মনুংদা চীংগী লমদা চাং নাইনা চহিগী মইহ মরোং থাহনা শিজিন্নরিবা এয়িয়াদি লম হেক্তর লিশিং হুম্পুতরুক খক্তনি চাথোক লৈবা থাহনা লৌউ শিংউগী পোংথোক ফগংনবা হোংনরিবা মফমদি মপুং ওইনা তম্পাক্কী লমদমশিংদনি। মখাগী টেবল অসিদা উংলিবা মশিং অসি চহি খরগী মমাংদ্র মনিপুরদা কুম ফবা অমদি কুম ফঙবা চহিশিংদা পুথোকখিবা ফৌগী পোংথোকনি।

টেবল নং ৪

| সে | | ১৯৭০-৭ | ৭৬-৭৫ | ৭৭-৭৮ | ৭৯ ৮০ |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ফৌ থাবগী অপুংবা এরিয়া ('০০০ হেক্তর) | ১৫২.০৬ | ১৭৭.০০ | ১৮৯.০০ | ২০৫.০০ |
| ২ | পোংথোক ('০০০ মেঃ টন) | ২২৫.৪৬ | ২৭৫.০০ | ৩০০.০০ | ২৭৫.০০ |
| ৩ | পোংথোক্কী চাং হেক্তর অমদা | ১৪৮৩Kg | ১৫৫৩Kg | ১৬৩৫Kg | ১৩৪১ Kg. |

মথক্কী টেবল অসিদগী উব কংলে মহুদি শোক ১৯৭৮দা ফৌগী পোংথোক মে: টন লাখ অহুম লীশিং তরা কংখি অহুনা শোক ১৯৮০ গী পোংথোক্কী চাংদি শোক ১৯৭৪ ৭৫ দা কংখিব চাথোক মে: টন লাখ অনি লিশিং ছুস্ক,তরামঙাগী চাংদ হখি। হায়রিবা চহিসিদা মীশিংগী মতুং ইন্না দরকার ওইব ফৌগী চাংদি মে: টন লাখ অহুমনি। অস্থমনা কুম ক্ষবা অমদি কংতবগী মতুং ইন্না মনিপুরগী চাথোক অসি হন্নবা অমদি হেক্কংপা নাইরি। মসিনা তাকপদি অনৌব মওংগী লৌ মউ সাইনটিফিক মেথোং ওক কলটিভেসনদা চংব পোংচং লৌ-মীশিংদ কংহনব ঙমদবতা নত্তনা লৌউ শিংউগী থবক্তা (লাইফ লাইন) শিংলি ওইরিব ঈশিং খোং কজনা শেমগংতুনা দরকার ওইব মতমদা ঈশিং চাং নাইনা কংহনবস্থ ঙমজ্রি। প্রকৃতিগী থৌজ।ং মথা পোন্দুনা লৈরি।

মনিপুরগী অতৈ মফমদা তৌবগুমন ককচিংগী লৌউব মীওইশিংগু চহিদা লৌরোক অমুক্ত লোকপনা অয়াম্বনি। মসিগী খুদমদি পোইন্ন লৌ লে.কপা লোইখিবগা লৌবুকশিং অয়াম্বা ফৌ লোকখিবগী চরুখোক ঙাক্তনা পুংঙৌ ঙৌহুনা লৈ। অস্থমনা শিজিন্নদনা লৈব মতম'সিদা চাননবা মনা মশিং নত্রগা পৈশা ওইনা ওস্থোকপা য়াব আলু, হরাই থরাক, হঙ্গামমক নচিংব থাহনা লৌবুকশিং অসি শংহনবা ঙম্নবদি লৌমী খুন্নাইগী শেলথুমগী ফীভম হান্না লৈরম্না ফীভমদগী হেন্না কগংনবা হোংনবদা মতেং ওইগনি। লৌরোক অমদগী হেন্দব লৌ মউনা মপুং ওইবা অমদি পাক শন্না চংনরবস্থ রাজ্য অসিগী অতৈ খুঙ্গংগী লমশিংদা পুথোক লিব পোংথোক্কী চাংদগী হেন্না পুথোকপা ঙমলি। লোইননা অনৌব মওংগী লৌ মউ চংন পথাপ ইনবদা খুমাং চাওশিনব মফম অমা ওইদুনা লৈরি। চাথোক ফৌথোক হেনগংপগী অপান্না লমদম অসিগী লৌমীশিংগী পুক্নীংদা লেংদনা লৈবতা নত্তনা মশা মশাগী লৌক্ষমগী লৈহাও হেনগংনবা অমদি লৌরি-লৌতা ফগংনবা হোংনবদস্থ হেন্না পুক্নীং চংলি।

ককচিং সহরগা অকোইবদা লৈরিবা হৌজিক হৌজিক লৌউ শিংউ তৌরিবা লমগী পাক চাওবসি চাওরাক্লা একর ৬৮৩১.৩৭ পোইন্ট লোমনি। লৌকমশিং অসিনা লৈরিবা মহোশাগী ওইব লৌকোনশিংদি- ১) লৌরেন লৌম্নাই ২) মথারৌ ৩) লৈঙাং লেংব ৪) লমদোং ৫) চুমনাং ৬) চীংলক মমাং মনিং ৭) তেরা ৮) সাবল অসিনচিংবনি। লৌশি পাংক্কী ওইনা অপুনবা এরিয়াদি হেক্টর ১২৪২ নি।

লৌউ শিংউ বিভাগকী অথং অহৈশিংগী মত মতুং ইন্না ককচিংগী লৌকম অয়াম্বগী লৈথাক্কী মওংশি লৈহাও চৈনবা ( Loamy Soil + Clay ) লৈতানগী লম হায়না লৌই। এসিডকী শক্ক থর হেন্না য়াওবা লৌকমশিংনা অয়াম্বনি। ককচিং বাইরি খুন্নেন অনীগী লৌউ শিংউ তৌহুন মহৈ মরোং থারিবা লৌবুকশিংগী এরিয়া মথাগী টেবল অসিদা উংলি:-

টেবল নং ৫ :

| সে: নং | ককচিং পার্ট | এরিয়া |
|---|---|---|
| ১ | য়াইহিং ১+২ | ২১২৫·৯৭ একর |
| ২ | খুল্লেন ২+৩ | ২৯৮২·৯৭ " |
| ৩ | খুল্লেন ১ | ১৭১·২৯ " |
| ৪ | চীংলক মনিং | ১৩৫১ ৫১ " |
| | | ৬৬৩১·৭৪ একর |
| ৫ | লৌশি | ১২৪২· হেক্তর |

অপুনবা হেক্তর ৩৮৯৫.৭৪

মথক্তা পীরিব লৌ উনবগী শীঞ্জিন্নরিব লৌফমগী এরিয়া অসি য়ুম-কৈ শাহুন ইমুং-মনুং লৈরিব, পুম্রি খোংবান অমদি লমলেমগী শক্লক থাদননি। লৌউবগী শিনফমদা লৈরিব মীওই খুদিংমক মশা মশাগী লৌথুং শক্লক থর থর লৈনবনা অয়াম্বনি। ইম্ফাল সহরদ লৈব কনাগুম্বা মহাজনশিংদগী লৌশান উপস্থু য়াওনরি, অদুক হাক্লদি য়ামদে। অহল লম্বম থনম্ব সত্ত মরুওইনা লৌফমগী শক্লকশিং লৈহৌরিব মচা মগুশিংগী মরক্ত য়েন্নবগী চংনবী অসি ককচিংদস্তু অহুম চংনরি। ইপা-ইপুনা থনম্বা লমগী সত্ত থর ফংব হায়বসি লৌমী খুদিংমকী য়াম্ন লেমজফম ওইব অমস্তুং হিংনবগীদমক্ত তং তাব উপাই অমনি। অহুম ওইন মক মী অমগী মমিংদা লৌ পরি ১০/২০ লৈবদি পংয়াও য়াওদে। লৌমী অমনা মশাগী ওইনা য়ামজ্রবদা মরাক অমা য়াম্নবদা লৌ পরি ১½ (অমা মথাই) ২ (অনি) গী চাংদা উই।

ককচিংগী মরুওইরব লৌকোনশিং অসিদ লৈরিব লৌফমশিং অসি অয়াম্বনা মকমসিগী লৌমীশিংগী খুত্তা লৈরবস্তু লৌকোন খুদিংদা মপানগী হায়বদি ইম্ফালগী মীনা লৌ মপু ওইব লৌফমস্তু থরদি অহুম লৈ। মথাগী টেবল অসিদা ইম্ফালগী মীনা লৌমপু ওইব লৌকোন থরগী মশীং তাকলি।

টেবল নং ৬: ইম্ফালনা লৌ মপু ওইবা ককচিংনা লৌ উবা মফমশিং

| লৌকোল – ভিলেজ নং | এরিয়া – একর | লৌপুগী লৈফম | |
|---|---|---|---|
| ১। লৈশাং – ৩৩ | ৫৯ · ৮৯ একর | ইম্ফাল | |
| ২। ৱাইরি – ৬২ | ৫২ · ৮১ একর | ইম্ফাল | |
| ৩। মাস্তক লৌকোন ৬৪ | ৪ · ৪৮ একর | ইম্ফাল | |
| ৪। লৌরেল – ৫৮ | ১৮ · ৬৩ একর | ইম্ফাল | খোংগী নোংচুপ |
| ৫। লৌরেল – ৫৯ | ৭১ ৩৩ একর | ইম্ফাল | খোংগী নোংপোক |

লৌ মউ: লৌউ শিংউগী থবক্তা য়াম্না থরাই য়াওব লমদম অমা ওইরবস্থু বিজ্ঞানিক ওইব মওংদা চংশিল্লকপসি হৌখিব চহি তরামুকসিগী হায়রবদি শোক ১৯৭০ হৌগংলকপ অহু ৱাইদগীনি হায়ব য়াই। বিজ্ঞানিক ওইব লৌমউ হায়বদি অফব মরু-মরাং লৌ খোইনবগী খুংগু-খুংলাই, অনৌব য়োংকী লাঙ্গোল, ট্রেক্টর শিজিন্নব অহুগা ফৌ পাম্নীশিংবু তিন-কাং তাবদগী কন্নবা, তিন হিদাক চাইথোকপ, হার মরাং কাইনা হাপ্পা ঈশিংগী অৱাং অপা লৈহ-ন্দনবগী থৌৱাং শম্না হায়রবদা মহৌশা চংনরম্ব মতমগা চুনদ্রবা লৌউবগী পাথাপ শিজিন্নবগী মহুৎতা মেচিনগী ওইব খুংগু-খুংলাই শিজিন্নদুনা লৌ উবগী থৌৱাং কয়া পাইখংনরকপ অসিবু শক্লহল্লি। ভারত সরকারনা শোক ১৯৫১ দা অহানবা চহি মঙাগী চাওখৎ থৌৱাং লৌখংলক পগা লোইননা মণিপুরস্থু কম্যুনিতি দিভেলপমেন্ট ব্লোক কম্নামুক হাংব হৌরকখি। মনিপুরগী অহানব ওইনা থৌবাল ব্লোক ১৯৫২ ওক্তোবরগী তাং ২ দা হাংখি। হায়রিব ব্লোকশিং অসিনা খুঙ্গংগী পুক্লিদা অওনবা অমা পুরক্লব মরুওইনা লৌউবগী শিনফমদা লৈরিব লৌমী খুৱাইদ অনৌব লৌ মউগী খুদম্ন ওইনা 'জপানীজ মেথোদ ওফ কলতিবেসন'গী মরমদা পাক শন্না শিক্ষা পিখি। থৌৱাং অহুগী উদেশ্যদি জপান লৌ মউ ভাব তাহনবগা লোইননা লৌউ শিংউগী পোংথোক হেক্কৎহনবা অসিনি। খুঙ্গংগী লৌমীশিংগা অনৌব লৌ মউ অসিগা লক খঙনহনবগী থবক অসি হিরম অসিদা ট্রেনিং ফংলবা ভিলেজ লেভেল ৱার্করশিংনা পাং-থোক্লমী। থৌবাল সব-ডিভিজনগী মনুংদা লৈব (হৌজিক্লা থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট) লৌমী প্রজা-শিংগী মনুংদা ককচিং লমদমগী লৌমীশিংনা অনৌব লৌ মউ অসিগী কান্নবা হেন্না খংনিংলদুনা জাপান লৌ মউগী চাংয়েং পাক শন্না পাংথোকনখি।

ফৌথোক হেনবা তান্নবগী লমদম্সু মাইগৈ অশোমগী থরাই য়াওরবা লৌমীশিংনা শরুক য়াখি। শ্রীমোইরাংথেম য়াইমা সিংহ, ককচিং নিংথৌ লৈকাইদা লৈবনা মনিপুর সরকারনা মনিপুর পুমনমক্কী ওইনা পাংথোকখিবা ফৌথোক হেনবা তান্নবগী থৌরম্ অমদা শোক ১৯৫৯-৬০ গী অহানবা মনা ফংখি। মহাক্না লৌকম একর অমদা ফৌ মন ১২৬ই থোকহনবা ঙমখি। মহাক্না থাখিব ফৌদি মোইরাংফৌ মখোক অঙাংবনি। মতম অদুগী চিফ কমিশনার জে: এম: রাইনানা অচৌব মীয়ামগী সভা অমদা শ্রীয়াইমা সিংহবু শেল ওইনা লু: ১০০০ (লিশিং অমা) লোইননা সার্টিফিকেৎ অমগা পীদুনা ইকাই খুম্নখি। শোক ১৯৬১ জানু: থাদ খনগৎ-লবা লৌমী খরগী ইণ্ডিয়া টুর চংশদা শ্রীসিংহসু য়াওখি।

অনৌবা লৌ মউ অসি লৌমীশিংনা য়ামনা পামনরবসু মসিদ চংব পোৎচং কয়া মরাং কায়না অমদি মতম চানা লৈশিন্নবগী খুদোং চাবা লৌমীশিংদা লৈখিদবনা মহৌশা চংনরম্না লৌ মউ কয়াগসু খুৎশয়না চশ্নরকখি। অতোংব ঈথৈ ঈশিং কংবা লৌকমশিংদা মোইরাংফৌ, ককচেং ফৌ ফৌরেন্নচিংবা থানরি। পাৎ-লম ওইবা মফমদা তাওথবী, লংমানবীনচিংবা ফৌ থারম্মী। ককচিংগী ওইনা খর কুৎপ লম ওইনা খঙনরিবসি লৌশি পাৎ এরিয়া অসিনি। হৌজিক্তি লৌশি পাৎকী লৌ উব য়াবা লম অয়ান্নদা মোইরাংফৌ নত্রগা পুন্সি (রাংবল ফার্মগী রিসার্চ সেন্টরনা পুথোকপ চাথোক লৈব ফৌ মখল) ঙাক্ক থানরে।

শোক ১৯৭২ দা মনিপুরনা মপুং ফাব রাজ্য ওইরকপগা লোইননা লৌউ শিংউগী বিভাগ সু পাকথোক-চাওথোহন্দুনা লৌউ শিংউগী লমদা অনৌব য়াওন অমা পুরক্লবা মনিপুর সরকারনা হোংনখি। বিজ্ঞানিক ওইবা লৌ মউগী পোৎচং খুদিংমক লৌমীশিংগী খুত্তা অতাব মঙলদা মতম চানা অমদি মরাং কায়না ফংহন্নবা অকনবা খোঙথাং লৌখংখি। লোইননা মপান্দগী চাথোক লৈব অঙনফৌ কয়াসু পুশিল্লক্লুনা মনিপুরগী তম্পাক লমদমদা চহিদ লৌ-রোক অনিরক লোকপ য়াব ফৌ থানবগী পাওজেল পীব মতমনি। ককচিং মাইগৈদা লৌমী শিংনা চাথোক লৈব অঙনফৌ য়ামনা পামনা থানখিবা মখলশিংদি মরুওইনা 'চাইনা নাইন' অমসুং 'আই: আর: ২৪' নি ষ্টেট লেভেল অমসুং ব্লোক লেভেলগী ফৌথোক হেনব তান্নবদ লমদমসিগী লৌমীশিং শরুক য়াখি মনা ফংখিবা মাওইশিংগী মমীং য়ান্নি অদুবু মশা মশাগী রিকোর্ড মাংখিব য়াওবদগী অমদি অকুপ্পা মরোল নিংশিংবা ঙমদবদগী মখাগী টেবলদা উংর্জিব অথোয় অহেন তান্নবদা মাই পাকখিব মীওই খরগী রারোলতমক উৎলে।

টেবল নং ৭ ; ষ্টেট লেভেল ক্রোপ কমপিটিসন ১৯৭৪—৭৫

| মিং অমসুং লৈফম | ফৌ মখল | এরিয়া | ফৌথোক | পোজিসন |
|---|---|---|---|---|
| শ্রীমোইরাংথেম কোকভাং সিংহ ককচিং রাইবি | আই: আর: ২৪ | হেক্তর ১ অমদা | ১০,০৭২ Kg | ফাস্ট' সেন্ত্রেল দিস্ট্রিক্ট সেকেন্দ অল মনিপুর |

ব্লোক লেভেল ক্রোপ কম্পিটিসন থৌবাল

| সে | মিং অমসুং লৈফম | ফৌ মখল | শোক | এরিয়া | ফৌথোক | পোজিসন |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | শ্রীনাওরেম হরিনরান সিংহ ককচিং খুংয়াই লৈকাই | আই আর ২৪ | ৬৬ | ৩০ স্কুয়ার ফিট | কে জি: ২৮ | ফাষ্ট' |
| ২। | শ্রীনাওরেম ইবোহেন সিংহ খুনয়াই লৈকাই | „ | ৬৭ | „ | কে জি ২৯ | ফাষ্ট' |
| ৩। | শ্রীপুখ্রম্বম মৃনাল সিংহ ককচিং নিংথৌ লৈকাই | „ | ৭৭ | হেক্তর ১ | ৮৪৪০ কেজি | থার্ড |
| ৪। | শ্রীক্ষেত্রিময়ুম নেত্র সিংহ খুল্লেন পাজি লৈকাই | „ | ৭৮ | „ | ৭৩৮৬ কেজি | সেকেন্দ |

অহানব থোরকপদ আই. আর' ২৪, চাথোক য়াম্না লৈব ফৌ অমা ওইনা পাক শন্না থানরম্মী। শোক ৮০ হৌগংলকপা অসিরাইদগীদি মসিগী ফৌ মখলসি ইথা থানখিরে। থানরকখিদবগী মরমদি :— ১) ভিল তাগনবা ২) হার অমদি লেবর চাং হেন্না চংবা ৩) লৌ লোকপদা খুংলোইদব ৪) ফৌরাম চেনব, চক্র মাংব অমদি চাবদা থাওদবা অসিনা ওইবা য়াই। হৌজিক্কি মনিপুরগী হান্না লৈজরম্বা ফৌ মখলগা মপানগী চাথোক লৈব ফৌগা তিময়গ য়াংবল কার্মনা পুথোকখিব 'পুন্জি' হায়ব ফৌ মখল অসি চীং অমসুং ভম্পাকী লৌবুকশিংদ পাক শন্না থানরে।

হার শিজিন্নবগী চাং : লৌউ শিংউবগী চাথোক হেনগৎহনবা হান্নবসি কদায় ক্ষাওবা লৌমীশিংনা চাং কাইদনা অমদি মতম চানা হার মখলশিং লৌবুক্তা হাপলিবগে হান্নবগী মখা পোল্লি। ভশেংনমক চাথোক নৈব ফৌ মখলশিং অসি থাব লমদমশিংনা হার খর হেন্ন শিজিন্নবা তাবনি। হার মরাং কায়না হাপ্পনা ফৌথোক হেনগৎহল্লি। মনিপুর, অতাং নোং-পোক লমদমদা লৈরিবা রাজ্যশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী হেন্না হার শিজিন্নবা রাজ্য অমনি। রাজ্য অসিনা হেক্তর অমদা হার কে: জি ২৮ হাপ্পগী চাংদ থ্বাইদগী মকোক ওইরি। মনি-পুরগী মনুংদসু থৌবাল দিষ্ট্রিক্তকী লৌমীশিংনা থ্বাইদগী হেন্না হার শিজিন্নৈ· থৌবাল জিলাগী মনুংদসু ককচিং মাইগৈ অসিনা হার লৌবগী চাং হেল্লি। মথাগী টেবল অসিদা ককচিংদা হৌখিবা চহি অনিসিদা লৌমীশিংনা শিজিন্ননবগীদমক তোঙান তোঙানবা হার য়োনব সব এজেন্টশিংনা পুথরকখিবা অপুনবা হারগী চাং উংলি।

টেবল নং ৮:

| সব এজেন্ট মশীং | ইউরিয়া | দিঃ এঃ পীঃ | এম. ও, পী | আর, ফোস | চহি |
|---|---|---|---|---|---|
| ২১ | ৫২৩.০৭০ টন | ১৮.৫০০ টন | ৩.২৫০ টন | ২.০৫০ টন | ১৯৮০-৮১ |
| ২১ | ৬৭৮.৩৫০ টন | ২৮.৬২০ টন | ৪.৩৫০ টন | ৩.৭৫০ টন | ১৯৮১-৮২ |

মথক্তা টেবলসিদ উংলিব মশীং অসি শুপ্পগী সব এজেন্টশিং অসিন য়োন্নবা এপেক্স কো: ওপরেটীব সোসাইটীদগী পুথরকখিবা অহুগী চাং থম্লহনবতনি। মসিগী মথক্তা মরুওইনা চৌংগী লমশিংদগী অরোনবদ হার বেগ কয়ামসু লমাই লশোনবশিংদা নত্রগা সব এজেন্টশিংদ য়োনশিল্লসু য়াওরিবনি। অসুম্মা অরোনবদা লৈব য়োনবগী মনুং চনখিব হারগী চাং কুপ্পা পুথোকপদা থর লুনা থোকই। অহুম ওইনমক হর শিজিন্নবগী চাং অসিদি পরিদা ইউরিয়া হার কে: জিঃ ১৭৪ হাপ্পগী চাংনি। কেমিকেল ফর্টিলাইজরশিংগী মনুংদ ইউরিয়ানা থ্বাইদগী হেন শিজিন্নৈ। অসিগী মখলগী হার শিজিন্নবগী চাংদি অপুক্কী মতিক য়ামশিন্ত্রে। ইশি-শিজিন্নদবগুমই।

হৌখিব চহি শোক ৮২ দা ককচিংগী ওইনা শিজিন্নখিবা অপুনবা হার মশীং অসিগী পৈশাগী হিসাব চাওরাক্লা লুঃ ১৩,৬২৫৬০ (লুপা লাখ তরাহুমদোই লিশিং হুন্দ্ৰু নিথোই চামগ্না হুন্দ্ৰু) নি। ইউরিয়া বেগ ১৩,২৬৭ অমস্তুং দি, এ পী, বেগ ৫৭২ শিজিন্নখি। হিসাব অসিগী মতুংইন্না চংলিবা থারিবা লৌউ মনুংসিদা শিজিন্নরগদবা ইউরিয়া অমস্তুং দি. এ পীঃ মথংশিংনা বেগ ১৬,৮০০ অমস্তুং ৮০০ ওইরবা য়াই। পৈশাগী ভেলুদা হায়রবদি লুপা লাখ ১৭ কী হার দরকার ওইগনি

চংলিব চহিসিগী জুন থা হৌখংলকপদা মনিপুর সরকারগী লৌউ শিংউ বিভাগনা শিন্দুনা ককচিংদা লৌমীশিংগী অনৌব লৌউ পথাপ কয়া চংদবা মচাকশিং উত্তুনা ট্রেনিং কম মেলা অমা পাংখোকখি প্রোজেক্ট ওফিসার, ডিষ্ট্রিক্ট ট্রেনিং ওফিসার অমদি অতৈ ওফিসার কয়ানা লৌমীশিংনা থেংনরিব তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিংগী হিরমদা রা ঙাংখি চুং থম নৈনখি। থম্ভ হৈরবা ওফিসারশিং অদুনা হার শিজিন্নবগী রাকমগা মরি লৈননা থন্নরূপ মতমদা ককচিং মায়ৈগেদা লৌমীশিংনা শিজিন্নবিব হারগী চং অসি মরুওইনা ইউরিয়া হায়গী চাং অসি য়াম্না রাংই হায়না পনখি। অতৈ অতোপা হার মথলশিংগা (balance) অদুগা চাংচং অমদা শিজিন্নরবদি তুংগী লাইনা কান্নবা ফংগনি হায়না ফোংদোকখি।

শেন্থুং লৌনবগী খুদোংচাবশিং : লৌউবগী শিনফমদা হিংহুনা লাকবা খুঙংগী লৌমী মীয়ামগী পুন্সিবু থর ফগংপা থাক অমদা পুখংনবা হোংনবা হায়রদি লৌউ শিংউগী থবক মাই পাক্ল পাংথোকপা ঙমনবা খুদোং চাবা মতেং ফংহনবগী থৌরাংশিংগা মরি য়াম্না লৈনৈ। লাইরব লৌমীনা মশীং য়াম্ন ভারতকুম্না দেশ অমদা লৌমীশিংগী সরকার লৈব মচাক শুনা মতম চানা অমদি মরাং কাইনা পীনবা হোংনব হায়বসিম্থু ছরাইবা থবক নত্তে। অতেনবা মতমদা শিংগদবা শেন্থুং কয়ামুক পীরবস্থু হান্নলা পুংথহুনা নৈরম্নবা লাইরব লৌমীশিংনা খুদক্কী ওইব ইমুং-মনুংগী অচিনব কয়াদ শিজিন্নখিহুনা শেন্দোনগী পোংলুম হেনগংনবদা তাহুনা তোকই হায়নরিবনি "খুঙংগী লাইরব লৌমীশিংনা শেন তোন্ন পোকলকই, শেন তোনশিল্লগা হিংলম্মী অমস্তুং শেন্দোন্না মখাং কোয়রগা শিখি।" অসিগুম্না তোল্লবা ফীভমদা লাইরবা লৌমীশিংনা উপাই লৈজদ্রবা জীব অমগী মতৌগুমনা খুঙংগী ইনাকখুনবা মহাজনশিংগী শেন্দোইগী লাংদা খুহুনা লৈরি। মশানা রানা শু-নোমজরগা লোকচরিবা মহৈ-মরোং, নোংমদা চারা অনি শুনা চাব ফংদ্রিডৈদ শেন্দোল শিংদোকপদা অয়াম্না শরুক মহাজনশিংদ পীথোকপ্রি। থম্মোই শোকুঙাই ওইরবা লৌমী খুম্নাইগী অর্থিক জীবন অসি উক্লবদগী

বাপুজীনা খুঙ্গংগী লমশিংদা লৌমীশিংনা মখোয় মশেলগী মরক্ত অমনা অমগী মতেং পীনহুনা লৌ উবগী থবক্তা মরি লৈননা থেংনরিব। সমস্যাশিং অসি অতোপ্পা শেন্দোং তানবা মীওইশিংগী মথা পোক্কনা থেংনবা ওমনবা অপুনবা লীচীং অমগী মথাদা তেংবাংনবগী সংস্থান ( কোঃ ওপরেটিভ ) কয়া লিংখৎনবা পাওতাক পীরম্মী। ভারতকী অতৈ মফমশিংদা তৌবগুমনা মনিপুর রাজ্য অসিদদি লৌমীশিংনা কাহেম্না লম্রাই শেন্দোই—চাব মহাজনশিংদ লৌউ-শিংউগী থর্চকীদমক মথা পোন্দে হায়ব য়াই। মসিগী মরুওইব মরমদি খুঙ্গংগী মীওইশিংদ অ:র-লৈত মতেং পাংনবগী, থবক ইংখাং শুবদা খুল্লং লমন তৌনবগী থোইদোক হেন্দোক্লা মীনুংশি খংবগী পুকচেল চেন্নবদগীনি। মরম অসিদগীনি মনিপুরদা বোন্দেদ লেবরগী রাফম ইরে লৈরমদ্রিবসি।

ককচিংগী ওইনা লৌমীশিংদা শেন্থং পীনবগী ফংলিব খুদোংচাব থোৱাংশিং শীংথানবা য়াব মওংদনি। লম্রাইগী ওইবা ইনাকখুনবা মীওইশিংনা শেন্দোই লৌহুনা পুথোকপ শেন্থংগী শরুকতি অদুক হাক্ল য়াম্ন নত্তে। মহৌশাদগী লৌমী মশেল মাগী মাগী লৈকাইগী পরেগী নত্রগা শাগেগী ওইব পৌ. শেল থায়জিন্নরগা মরুপ লিংই। মরুপশিং অসিদগী লৌমীশিংনা দরকার লৈব মতমদা অতেব শেখোই অমস্তুং ইচম চম্ন নিয়ম থরগী মথাদ শেন্থং লৌনৈ। লৌ উবগী শাজিন্নবতা নওনা সমাজগী ওইবা পৌদোক রাথোক, চাওখং—থৌরম কয়াদস্তু মরুপশিং অসিনা য়াইফ-সংস্থান অমা ওইনা অচৌবা থৌদাং য়াই। হায়রিবা মরুপ নত্রগা সংস্থানশিং অসি ককচিংগী লৈকাই খুদিংমক্তা লৈরি।

সরকারগী ওইনা ককচিংদা হেক্তিক হৌক্তিক লৌমীশিংদা পীবগী থবক তৌরিবা অচৌব সংস্থানশিংদি মথাদ পীরিবশিং অসিনি।

জি, পী লেভেল মলটীপরপোজ কোঃ ওপরেটিভ সোসাইটি ককচিং : লৌউ-শিংউগা মরি লৈননা লৌমীশিংদ অতেনবা মতমগী শেন্থং পীবা অমস্তুং হারনচিংবা ফংহনবগী থবক অসি ককচিং লার্জ সাইজ কো ওপরেটিভ সোসাইটী অসিগী খুংথাংদা পাংথোকখি। সোসাইটী অসি শোক ১৯৫৭ তা লিংখৎখিবনি মসিগী রেজিষ্টার নং ৬—শোক ৫৭—৫৮ নি। সোসাইটী অসি ককচিং অমস্তুং খুল্লোপবা খুঙ্গংশিং সোরা ইরেংবন্দ পল্লেন ১স্নং কীংগী খুল্লং লিরাচংনিং কোমলাথাবী অমস্তুং ফুনানগী লৌমীশিংনা শেমখিবনি। মতম অরুমদা সোসাইটী অসিগী মেম্বর ৩৩০ থক লৈখি। শোক ১৯৬১ দগী অতেনব মতমগী শেন্থং ( ক্রোপ লোন ) য়েনব হৌখি। শোক ১৯৭৬ কী দিসেম্বর থাদগী সোসাইটী অসিগী মমিং ককচিং গ্রাম পঞ্চায়েৎ লেভেল মলটিপরপোজ কো ওপরেটীভ সোসাইটী হায়না মমিং ওনক্লে। মসিগী মরুওইবা

উক্রুলদি হায় লৈরবা সোসাইটি অহনা লৌউ-শিংউগা মরি লৈনব থবক্তা মপুং ওইরহুগী মথক্তা অতে অতোপ্পা খুন্নংগী মীওইশিংনা গুল-চংজরিবা অপিকপা শিনকম কয়াম্ম লৌউবগী থবক্তা লোইননা চাওখংহন্নবগী হেন্না চাওবা খোঙ্গাং য়ার ওন্নবগী হেন্না পাক চাওব সোসাইটি অমা ওইহনবা অসিনি।

পুন্না মেম্বর ১০৮৫ লুপা লাখ ১½ লৈবা ( প্যেড অপ কেপিটেল ) সোসাইটি অসি মেম্বর ১১ (তরামাথোই ) না শাবা বোর্ড ওফ ডাইরেক্টর কৌবা সভা অমনা য়েংশিন খোংচিনবগী থবক তৌই। বোর্ডকী মেম্বরশিং অস্মুম্না খল্লি –

| | | |
|---|---|---|
| ১। | সোসাইতি মেম্বরশিংনা মীথল তৌরগা হাপ্পা মেম্বর | ৭ |
| ২। | এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টকী মীহুৎ | ১ |
| ৩। | কোঃ ওপরেটিভ দিপার্টমেন্টকী মীহুৎ | ১ |
| ৪। | শেন্দুং পীরিবা বেঙ্ককা মীহুৎ | ১ |
| ৫। | একজিকুটীভ ওফিসার | ১ |
| | অপুনবা মেম্বর | ১১ |

সোসাইটী অসিগী ওইনা হৌখিবা চহি শোক '৮২ দা লুপা লাখ ৬ কী শেন্দুং মেম্বরশিংদ য়েন্থোকখি। চংলিব খারিক শৌরোকী হায়নদে শোক ৮৩ গী ওইনা লুপা লাখ ৮ ( নিপান ) তানবনি অহুবু লোন শিংগৎপগী চাং য়োদবদগী লুঃ লাখ ৪ ( মরি ) থকতা সেংসন তৌই। হায়রিবা শেনফম অসি হৌজিকমক্তি সোসাইতি অসিনা লৌখোক্লি অমস্তুং য়েন্থোক্লি মরমদি য়াম্না খেন্নবা সেংসন তৌরকপদগী ওইবা য়াই।

সোসাইটি অসিগী ওফিসতা থবক তৌরিব স্টাফ –

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। একজিকুটীভ ওফিসার | অমা | ২। কেশিয়ার কম কেরানী | অমা |
| ৩। সুপরভাইজর | অমা | ৪। স্তোক কীপর | অমা |
| ৫। ফোর গ্রেড | অমা | | |

মনিপুর ষ্টেট কোঃ ওপরেটিভ বেঙ্ক ককচিং ব্রাঞ্চ : বেঙ্ক অসি হুংশিন্দুনা লৈরম্বা লমাই মীওইগী অমস্তুং সংস্থান কয়াগী অচৌবা শেনফম তেকত কাইদনা খমজিনফম ওইবা মফমনি। অসিগা লোইননা লৌমী প্রজাদা অমদি লনলোন-ইতিক কারবার তৌবা মীওইশিংদ

অমাগা কোঃ ওপরেটিভ সোসাইটীশিংগী থুংখাংদা লৈহৌ ফী। চহী ১৯৭৫ গী নবেম্বর তাং ১৭-দা ককচিংদা মনিপুরগী অহুমশুবা ব্রাঞ্চ ওইনা হাংখিবনি। বেঙ্ক অসিনা হৌজিক কাওবদা পীখিবা লৈহৌগী বারোল মখাগী অসুম্না লৈরি –

টেবল নং ৯. মনিপুর ষ্টেট কোঃ ওপরেটীভ বেঙ্ক ককচিং ব্রাঞ্চনা
তাং ৩০/৬/৮৩ ইং কাওবদা পীখিবা লৈহৌ

| সেঃ নং। | লোন পীবগী মথল | কয়ম্বা মীওই | মশীং | পৈশা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | অশাংব মতমগী লৈহৌ ট্রেক্টর লৈবনচিংব | লয়াই মীওই | ২৩ | লুঃ ৭,৯২,০০০ |
| ২। | অতেনবা মতমগী লৈহৌ কোঃ ওপরেটীভ সোসাইটীগী থুংখাংদা | ককচিং জি পি লেম্পস কোঃ অপ. সোসাইটী | | লুঃ লাখ ৬ |
| ৩। | লয়াই কারবার তৌবশিংদা পীখ অতেনবা মতমগী লৈহৌ | দুকান্দারশিংদা | | লুপা লাখ ২ |
| ৪। | থ্রিপ্ট সোসাইটি (মুপী মরুপ) | মুপী লম্লোনবাশিং | | লুঃ ১,৬০,০০০ |

অপুনবা পৈশা মশীং লুঃ ১৭,৫২,০০০.

মনিপুর ষ্টেট কো। ওপরেটীভ বেঙ্ক ককচিং ব্রাঞ্চকী ষ্টাফকী ফীভম –

ওফিসার ২
ক্লারিকেল ৬
পিওন ২

অপুনবা ষ্টাফ মশীং ১০

ইউনাইটেড বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়া ককচিং ব্রাঞ্চ : ভারত সরকারনা চহী ১৯৬৯ জুলাই থাদ ইহান হানব ওইনা জাতিয়াকরণ (নেসনেলাইজ) তৌখিবা বেঙ্ক ১৪ গী অমুগী মনুংদা য়াওনা লৌখিবা শাখানি। বেঙ্ক অসি ককচিংদা চহী ১৯৭৭ গী আগষ্ট থাদা হাংদোকখি। লমদী লৈবাক্তা ওইশিবা বারোনশিং অসি বেঙ্ক অসিনা তৌরিবা তৌথোকপা খুৎকমশিংদা চহী ১৯৮৩ গী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা পীখিবা লৈহৌশিংগী অয়েকনি।

টেবল নং ১০ ; ইউ বি. আই. ককচিং ব্রাঞ্চনা লো উবগী থবক্তা মরি লৈননা পীবা শেন্থং

| সে নং | লোনগী মারোল | মথল | শেন্থং ফংলিব মীওই | মশীং | শৈশা মশীং |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | অন্তেনবা মতমগী চহি ৩ গী মনুংদা শিংগদবা | মরু-মরাং ফো থানব | লম্নাই মীওই কো ওপ. সোসাইটিগী খুৎথাংদা | ৫০৮ | লু. ২,৫৬,০০০ |
| ২। | „ | „ | লম্নাই লৌমীশিংদা | ১৭৩৯ | লু. ১১,৮০,০০০ |
| ৩। | „ | চু থাবগী | „ | ৯২ | লু ৪০,০০০ |
| ৪। | ময়াই ওইব মতংগী শেন্থং চহি ৭ কা মনুংদ শিংগদবা | ট্রেক্টর লৈবগী | „ | ১৫ | লু ৫,৮৮,০০০ |
| ৫। | „ | পম্প সেট লৈনবা | „ | ৬ | লু ২১০০০ |
| ৬। | „ | গোবর গ্যাস প্লান্ট | „ | ১ | লু: ৩,০০০ |
| ৭। | „ | লৌকম শেমুবা | „ | ১ | লু ২০,০০০ |
| ৮। | „ | গ্রা স্রে কুবা | „ | ১ | লু. ২,৫০০ |

টেবল নং ১ ; ইউ বি: আই ককচিং ব্রাঞ্চনা রোড ট্রান্সপোর্ট ওপরেটরশিংদা পীখিবা শেন্থং

| সে নং। | মারোল | মশীং | শৈশা |
|---|---|---|---|
| ১। | বস লৈনবা | ১১ | |
| ২। | ট্রক্ট লৈনবা | ৩ | |
| ৩। | মিনি বস লৈনবা | ১ | অপুনবা শেনশিং ওইনা মথাদা উৎলে |
| ৪। | টেক্সি | ১ | |
| ৫। | রিক্সো | ৩ | |

অপুনবা শেনশিং রুপা লাখ ৮ ( নিপান )

টেবল নং ১২ ; ইউ বি. আই. ককচিং ব্রাঞ্চনা অপিকপ খুৎ-শা হৈবগী শিনফমশিং অমদি লম্লাই কারবারৱালাশিংদ পীখিবা শেন্থং

| সে নং | শিনফমগী ৱারম | মশীং | পৈশা |
|---|---|---|---|
| ১। | ফিশাৰী | ২৪৫ | লু. ১,২০,০০০ |
| ২। | থাও-শুমুবা মিল | ২ | লু. ৭৫,০০০ |
| ৩। | চেংগী মিল | ১ | লু. ৩০,০০০ |
| ৪। | উ-শুবা | ৪ | লু ১০ ০০০ |
| ৫। | সনা শুবা | ২ | লু ৪,৫০০ |
| ৬। | লম্লাই কারবারৱালা | ২১০ | লু ৫,৫০ ০০০ |

অপুনবা পৈশা মশীং লুঃ ৭ ৬২,৫০০
( লুপা লাখ তরেৎ লিশিং হুম্ফু নিথোই চামগা )

মথক্কী টেবলশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমগে মহৌদি মরুওইবা বেঙ্ক অনি অসি লাকপদগী ককচিং অমদি মসিগী অকোইবদা লৈরিবা খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা লৌউ-শিংউগী শেন্থং দা নত্তনা অপ্কিপা খুৎ-শা হৈবগী শিনফম অমদি মোটোর ট্রান্সপোর্টনচিংব চাওখৎনবগীদমক শেন্থং য়ৱাং কাইনা পীরি। খুঙ্গংগী প্রজাশিংদা মাগী মাগী শিনফমগ মরি লৈননা শুব-চংশ হৈনিংহন্নবগী মতেং কংহনবগী মথক্তা পৈশা তুংশিনবা অমদি শেল নিয়ম চুম্না পোংথোক লৈব মওংদা শিজিন্নবগী ৱাখলম্থ পোকহল্লি। তশেংনমক খুঙ্গংগী অর্থিক অমদি সমাজগী ফীভম ফগংহন্নবদা বেঙ্ক অনি অসিনা অচৌবা থৌদাং য়ারি অমস্থং য়ারকখিগনি। মতাং অসিদা মরি লৈনবা ৱাফম অমত্তং পনব য়াই মহৌদি মাইপৈ অশোমগী ওইনা থবক ফংদবা লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলশিংনা মতম মতমগী ওইবা লম্লাই ওইনা শেমগৎপা ঙ্গাবা শিনফম লিংখৎনবা বেঙ্কতগী খুদোংচাবা স্কিম কয়াগী শেন্থং লৌব ইরৈ লৈতে। খুদম ওইনা স্নেন য়োকপা, ওক লোইবা, শা-মশ য়োকপা, ঙা য়োকপনচিংব থবক কয়াদা থোইদোক্ন পুক্নীং চংদবগুম তৌই।

লাইবক থিবদি হৌখিব চহি অনিমখাই রোমসি বেঙ্ক অনিসি সেক্যুরিটিগী থৌরাং লৈত্তবদগী করিগুম্বা মথল অমতগী ট্রানজেক্সন তৌদনা লাক্লে। হৌজিকসু মহৌশাগুম থবক ঙমবা য়াবগী মওং উত্রি মরমদি সরকারগী ওইনা বেঙ্কশিং অসিদা লেংদনা থমগদবা আর্ম গার্ড পীবগী থৌরাং লৈত্রি। মসিগী ফীভম অসিনা অস্থুম চংথরবদি লমদম অসিগী অর্থিক

অবস্থা ফগৎনবা বেঙ্কশিং অসিনা থবক ওইনা পাংথোকপা ভুমদবগী মওং লাকদেরি। মরু ওইনা অপিকপা কারবার তৌবশিং অমদি অপিকপ খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা জীবিকা ওইবা মীওইশিংদা হৈনিংহন্দবা অমা পোকহল্লগনি। বেঙ্কতগী শেন্থং লৌবা হায়বসি করিগুম্বা য়ানবা নিয়ম থরগী মখাদা লৌনরিবনি, শিংদোক্লৌরিবনি অমসুং অনৌব শেন্থং কয়াসু লৌথখিগদৌরিবনি। শেন্থং পীবা হায়বসিগী অতেপ্পা অর্থদি হিংননবগীদমক মখল কয়ামুক্তা শিনফমদ লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্তু হায়না শুরম চৎলস্বা খোঙজেল অহুদগী হেয় য়াংশিলহনবা লম্বেল অমা পীবনি। অস্তুম্বা শু নোমহনা তানশিল্লিবা তুংশিল্লিবা ইনকম অসিগী থম্ফম ওইগদৌরিবা অমদি হেন্না পাক চাওবা কারবার বয়াদা শিজিন্নবগী লমজিং পীগদৌরিবা শেল থুমগী ওইবা সংস্থান অসিনা মথৌ তৌহন্দনা থম্নর্দি অর্থনৈতিগী চাওখৎ-খোঙথাংদ ঐখোয়না আশা তৌরম্বহ য়ৌররোই লোইননা লাইরিক লাইশু হৈজদবী নোংমগী কৈথেল কাহনা শেন্দোং থর তানজরিবী ইমা-ইবেনশিংনা বেঙ্কতা শেল তুংশিনবগী হৈনবী থর লৈজরম্বহসু মাংখিবা তাবনি। অরোইবদ বেঙ্কশিংনা মথৌ তৌদনদগী ওইরকপা য়াবা ফীভমসি সমাজ বিরোধনি হায়না লৌনবা পৈশা থাদোক্তগা নোংমগী শেন্দোই খোমজিনবা লন্নাই মহাজন কয়াগী খোঙ দাফম পীরকপা অসিনি। বেঙ্ক ওথোরিটীশিং অমদি পাব্লিক লীডরশিংনা সরকারদা বেঙ্কশিং অসিনা সেকুরিটীগী থৌরাং লৈতবদগী মথৌ তৌদব অসিনা ওইহল্লক্লিব অর্থনৈতিগী অরাব ফীভম অমদি লুপা লাখ কয়াগী ট্রান্জেক্সন লৈতবদগী বেঙ্কশিংগী তানফম থোকপা ইনকম ফংদবা অমাংবা কয়াসি খঙহনবিহনা অথুবা মতমদা বেঙ্কশিং অসিদা লেঙদনা লৈগদবা সেক্যুরিটিগী থৌরাং ফংহনবা তকশিনবা মতম চারে।

ইউনাইটেড বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়া ককচিং ব্রাঞ্চকী ওফিস ষ্টাফকী ফীভম –

ওফিসার – ২; কেরানী – ৩ সবস্টাফ – ২,

পুম্না ষ্টাফ মশীং – ৭ (তরেৎ)

ঈথৈং-লৌখোংগী ফীভম : মণিপুর রাজ্যগী অর্থিক অবস্থা ফগৎনবগী শেমগৎ-শাগৎপদা লৌউ-শিংউগী থবক অসিনা য়াংলেন শরুনি। ঈথৈ লৌখোংনচিংব অসিনা মরু ওইবা শিংলি উত্তোংশিংনি। অফবা ঈশিংখোংগী থৌরাং লৈজ্রিবমথৈ লৌউ-শিংউগী থবক ময়াম পাকপা ওমলোই। প্রকৃতিনা শিনবগী মখা ওাক পোন্দুনা লৈরবদি লৌ উবগী থবক্তা খুমাং চাওশিনবা ওমলোই। ঐখোয় লৌমী ইশা ইশানা ভাব তানা অসিগুম্বা মরু ওইবা ঈশিং পুথোক পুশিন তৌনবা তু-খোং তৌহনা লৌবুকশিংদা দরকার লৈবা মতমদা ঈশিং

কংবা ভম্ববা পুম্বা শুমিন্নবা তঙাই ফদে। লৌউ শিংউপ ফনা য়াম্না হৈশিংদুনম্নু ফনা শুবা কল্লবন্নু ঈশিংবু কংদ্রবদি লৌমীশিংনা উপায় অমত্তা লৈদ্রে। অমরোম্রদা পন্‌নচিংব থোনজিল্লগা ঈশিং থোং ফজনা তৌদ্রবদি লোংজু নোংশাগী কীডম ফনা য়াম্না করবন্নু প্রকৃতিনা পীরকপা ঈশিং ফজনা শীজিনব থৌরাং লৈতবদগী অবেম্বদা মাংখিনি; শিজিন্নবা ঙমহেন্রোই। ঈথে ঈশিং ফজনা শীজিনব থৌরাং লৈতবদগী অবেম্বদা মাংখিনি; শিজিন্নবা ঙমহেন্রোই। ঈথে লোখোং ফজনা তৌহন তুংকোইনা লৌমীদা কাম্নগদবা থৌরাংশিংগী য়ারম অসিদি ককচিং লোখোং ফজনা তৌহন তুংকোইনা লৌমীদা কাম্নগদবা থৌরাংশিংগী য়ারম অসিদি ককচিং লমদমদা লৈরিবা লৌমী ওস্তাশিংনা অতৈ থুঙংগী লমশিংদগী খর হৈম্না ভাব তাশিনব ১মুং ইশা ইশাগী ফরগা লোইরে খন্দনা মীয়ামগী ওইনা কান্নমিন্নবগী য়াথলগা লোয়নন্না অপুনবা লীংজেল অমগী মথাদা ঈশিংখোং ফজনা শেমজিনবগী মরমদা খরায় য়াওশিনল্লি। মসিগী য়াফম অসি হৌজিক হৌজিক লৈরিবা মারোল অসিগী য়াকমদ নত্তে খুন্দা লৈতাবীরম্বা থাইংগী অহল লমনশিংগী য়াখল পরিং অহুগী ঈথিলনি। ঙসি 'ককচিং লোয়েল' হায়না মণিপুর শিংব থুংনা খঙনরিবা লৌফমসি ককচিং ঈথৈ লোখোং মপুং ওইরিবা অচৌবা খোং অসিনা ময়াই ফাওনা চেল্লসদগীনি। মসিগী লোখোং অসি লৈরমদ্রবদি লৌরেলগী মমল অমম্নুং কৌথোক হন্থরমগনি।

ককচিং ঈথৈ লোখোং অমদি অতৈ খোংশাশিং খুদম ওইনা (ক) উয়া খোং খ) ময়াই খোং গ) লমদোং খোং ঘ) ফাকচাও খোং ঙ) খুল্লক খোংন— চিংবনা ককচিংগী মরুওইবা লোকোনশিংদা ঈশিং য়োহন্দনা অমদি থরু-চানবগী ঈশিং খুল্লক ফংহল্লিনসি মফমসিদগী কি মিঃ ১৩ লাপ্পা লৈবা সেকমাই তুরেল শিংজিল্লগা ঈথাই পীরকফম ঈথৈ মরূ হায়না খঙনরবা মফম অহৃদগীনি। অসিগুম্না ঈথৈ মরূ অসি ঈচেল ঙাওরবা সেকমাই তুরেলদা পল থিংলগা শাবা মরমনা চহিগী ঈশিং ঈচওদা তংতনা মাং তাকহল্লি। খুদক খুদকী ওইনা শেমজিন শাজিনবা দরকার ওইবনা ঈথৈ মরূ অসিগী অফ ফত্ত য়েংশিন্নব ককচিংগী প্রজানা লৈকাই লৈকাইগী ওইবা মীছং থাগংতুনা শেম্না কমিটী অমদা শীন্নে। কমিটি অসিগী মমিং "ককচিং ঈথৈ কমিটী" হায়না খঙনৈ। কমিটী অসিনা ককচিংগী মরুওইবা লোকোনশিংগী লৌফমনা কংলিব ঈথৈগী খুদোংচাবা য়েংতুনা চহিগী ওইনা পরিদা শংথাই ১ নত্রগা অনিদা লৈদুনা কৌথাই থোমজিল্লি। মহুদগী কারকপা ঈনকম অহনা ঈথৈ মরূ থিংবতা নত্তনা অতৈ খোংশা তৌবতন্নু শীজিন্নে। লৌউ-শিংউগী থবক চাওখংনবা কমিটীন-চিংবা শেনফুনা ঈথৈ লোখোং চেংশিনবগী থবক লৌথংপসি মনিপুরদা ককচিংনা ইহান হানবা থুংলনু ওইরমগনি



অনৌবা ককচিং অমা শাগংপদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লবা অমস্তুং লৌমী প্রজাগী পুন্সি ঈচেল পীবিরিবা ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্টকী ঈথৈং মরুদা শারিবা দাম। য়েংথংবা চিদাইদা বিন্দু অচৌব অমা লৈরিবা মফম অসি দামগী লোক্তুপ থংবদা ঈথৈ লৌখোংদা ঈশ্বাই পীফমনি।



ংঙোই হিরানফমগী তাম্না উবা মীংয়েং অমা। মনিপুর সরকারনা প্রোজেক্ট অমা বগীদমক সর্ভে তৌরিব মফম।

হায়নদা ঈথৈ কমিটি হায়না খঙনরবচু -প্রোজ. ১৯৭৪-গী 'ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্ত কমিটি' হায়না খঙনখি। অমানবা ওইনা কমিটী অসিদা সরকারগী মীহুৎনচিংবা য়াওহনা ঈথৈ— প্রোজেক্টগী কীতম কগংনব য়েংশিনবা হৌখি। ককচিং নোটিফাইদ এরিয়া, ম্যুনিসিপালিটিগী থাক্ত পুথংলকপগ লোয়ননা কমিটি অসিগী মথাগী অমুম্মা শেমদোকখি।

মীং — ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্ট কমিটি, ককচিং।

মেম্বর মশীং — ১৫ (তরামঙা)।

খনবগী মওং — ককচিং য়াওঁ খুদিংগী মীহুৎ অমমম লোইনজা ইরেংবন্দ খুংংগী অমা – ১৩

সরকারগী মীহুৎ — রাবগাই কেন্দ্রগী এম এল এ অমসুং ককচিং কেন্দ্রগী এম. এল. এ — ২

অপুনবা মেম্বরশিং — ১৫

শ্রীহবিবুর রহমন, এম এল এ (রাবগাই)না অহানবা সভাপতি ওইখি।

অনৌবা কমিটি অসিনা থবক পুরকপগা লোয়ননা মনিপুর সরকারগী মাইনর ইরিগেসন ডিপার্টমেন্টনসু ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্টকী রাকম অসিদা পুক্নীং চংব হৌরকখি। চহি খুদিংগী পকা দাম শানবা অমসুং অতেক–অকাই কয়া শেমজিন্নবা শেলগী মতেং পীবা হৌখি। মরম অসিদগী ঈথৈ মরুগী কৌথায় থায়বা শোক ৭৪-৭৫ দগী লেপখি। তৌবদদি থিজেল কয়া থিংবগী চহিগী কৌথায়দি অতুম চংথরি। হৌজিক কাওবদা 'ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্টকী দাম' শানবা অমদি শেমজিন–শাজিন্নবগীদমক য়ামত্রবদা লুপা লাখ ৫½ (মঙা মথায়) রোম সরকারনা খর্চ তৌরে। চংলিবা চহি শোক '৮৩ গী ওইনা কমিটিনা সরকারদা লুপা লাখ ৬ (তরুক) তগী হেন্না ঈথৈ প্রোজেক্টকীদমক কাইনবা স্কীম কয়ামুক থাগৎরে। পকা দাম অসি খা পাংনা চেল্লরকপ সেকমাই তুরেলগী ঈচেল থংহনা নোংপোক নোংচুপতা ময়ুং ওইনা ফুট ২৫০´ শাংনা অমসুং ফুট ৯০´ পাক্লা শাবনি। ইথাই শীরিবা থোংজিন অহনা ফুট ৪৫´ পাকই। দাম অসিগী নোংপোকথংবা তোর্বান অসি থর শাংদোক্লুনা পকা উইং অমা শেম্বা কাম্নগনি মরমদি ঈচেল হোংগনবা তুরেল ওইবনিনা থোক্লকপা য়াবা ঈচাওগী খুদোংথিবদগী কয়ন্দবা।

ককচিং ঈথৈ প্রোজেক্ট কমিটিনা সরকারগা খুদোম্ননা য়ায়থংলিবা পকা দাম শাবগী থবক অসিনা মপুং ফানা লোইশীনবা মতমদদী লৌ শরী ৫০০০ (লীশিং মঙা) দগী হেল্লা ঈথৈগী কামবা ফংহনবা ঙমলগনী। চংলীবা তরুকথবা চহী মঙাগী প্লান মনুংদা মনিপুর সরকারগী ওইনা অমৌবা প্রোজেক্ট কয়া লৌখংনবগীদমক অথং-অহেংশিংনা থিজিন-থোচিনবগী

থবক চথরি। মাইগী অসোমগী ওইনা 'সেকমাই প্রোজেক্ট' কাংগোই হিরানকমদা পান্নথংনবগী বাকম য়াওরি। প্রোজেক্ট অসি মপুং ফানা লৌখংলক্লবগী তুংদদি ঙৈথে মরু চুম্মনগী লোমী প্রজাগী পুক্নি ঙচেল হৌরককম ওইবতা নত্তনা পুক্নীং হুরবা টুরিষ্ট সেক্টর অমসু ওইরকপা য়াই।

ফৌথোক অমদি লৌরোক মশীং:— কক্‌চিংগী লৌকম অয়াম্বা চহিদা লৌরোক অমুক্তগী হেন্দে। থাব্রিবা মহৈ মরোংসু ফৌনা মরু ওই। থানব্রিবা ফৌগী মথলসু মহৌশা পাম্নরক্লবা মোইরাংফৌ অমসুং ককচেংফৌনি। অনৌবা পুথোক্লকপা ফৌ মথলগী মমুংদা অঙুনফৌ ওইনা 'চাইনা নাইন' অদুগা অমুক্ত লৌকপাগীদমক পুক্নি' পামননা থাই। অতৈ অতোপ্পা মহৈ মরোং মনা মশিং লৌবুকশিংদা ইথা পানদে। কুম থর ফব চহিদদি য়ুমগা নক্লবা নত্রগা ঙৈথেগী খুদোংচাবা ওম্না অমদি লায়ন ফংগদব লৌকমশিংদা অঙুনফৌ থাত্নুনা চহিদা অনিরক লোকপী মাই পাক্না পাংথোকই। অনিরক লোকপীগীদমক খুদোং চাবা লৌকমশিংদি— ১) মথা লৌবুক ২) মগারো লাইমাং ৩) কুরাওপোকপী অমদি ৪) সাবলনচিংবা পনবা য়াই। হায়রিবা লৌকমশিংসিদা চংলিবা চহি শোক '৮৩ গী ওইনা চাওরাক্লা লৌ হেক্তর ১০০ (চামা) মুক ডবল ক্রোপীং চপরি। অতেনবা মতমদা লোকপা য়াব অমদি পৈশা ওইনা হেক্ত পল্থোকপা য়াবা (Cash Crop) আলু, চু, চুঙ্গাক, হবাইনচিংব মরু-মরাং থানবগী থৌরাং লৌমীশিংনা ইরো লৌখংনদবগী মওং অমা উবা ফংই। মরম অসিদগী লৌকম অয়াম্বা লৌ-পাম্বা য়ৌত্রিব ফাওবা লমলেম ওইনা লৈবগুম তৌরি। মসিমক লৌউ-শিংউদ থরাই য়াওরবা কক্‌চিংগুম্না লম অমদদি পক্লরবা দৃষ্ণনি।

ফৌগী পোংথোক হেনগংহনবা হায়বসি লৌ উবা য়াব লমগী এরিয়া কদায়কাওবা পাকথোক-চাওথোকহনবা য়াবগে হায়বগী মথা য়াম্না পোক্নি। মনিপুরগী ওইনা লৌউবা য়াবগী লম অসি তপ্পাকী অককুনবা অপিকপা এরিয়া অসিথক্তদা নৈশিন্নুনা লৈরি। চহিগী ওইনা লৌনৌ নিন্দুনা পুথোকপ য়াব লৌকম হায়নিঙাই লৈত্তনা পিকথ্রে। কক্‌চিংগী ওইনা য়েংউরবদু মীশিংগা হৌজিক হৌজিক লৌ উনরিবা লমগী এরিয়া অসি হেক্তর ৩,৮৯৫ নি। মীশিংনা শোক '৮১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না মীশিং ২১,১৯৯ নি। অপুনবা য়ুমথোং মশীংনা ২৮৪৯ নি। মীশিংগা য়েংনবদা য়ুমথোং অমদা চাওরাক্লা মী ৮ (নিপাল) লৈবগী কীতমনি। মী ৮ লৈবা ইমুং মতুং অমদা খুংলিবা লৌখুং শরুক অসি হেক্তর ১৩৬ কী হিসাবনি। মীশিংগী লৌ শঙুম অমা খুংবা ঙমদে। লৌখুং শরুক য়ামত্রবনিনা মী হেক্না

অপিকপ লৌকম অমদা শুবা তাব়কই পোংথোকতি চংগ্রিবা খুংশুমন অতুগা চাননা ফংবা ঙমলরোই। মরমদি লম হায়বসিদি অককুনা লৈবনি, পাম্মী হায়হুনা খুদক্ক চাওথোকহনবা য়াদে। ককচিংগী অকোইবদা লৌ উবা য়াবা লম অনৌবা শেম্বগী খুদোংচাবা ইরৈ লৈতে। মরুওইব কেশ ক্রোপ চু থানবগীদমক্তদি মহৌশাদগী ককচিংগী ওইনা চীংলৌ অমদি ইশ্বোল-নচিংবা শেমহুনা লৈরক্রবা মযাংচীং, লম্নাই চীংজিন, কেরচীং খুমন অমস্তুং পাংলৌ য়াংম দা হেন্না পাক শম্না চংশিনবা য়াখিগনি।

টেবল নং ১৩; ফৌথোক্কী চা

| ফৌথোক কেঃ জিঃ মশীং | অপুনবা লৌ মশীং | অপুনবা ফৌথোক |
|---|---|---|
| হেক্তর অমদা কে জিঃ ২৮৮০ | হেক্তর ৩৮৯৫ | কেঃ জি. — ১১২১৭৬০০ |

| পৈশাগী ভেল্যু কে জিঃ দা লুঃ ২. | মীকোক্কা চাকথুং | মীকোক্কী শেল ওইনা |
|---|---|---|
| লুপা ২২৪৩৫২০০. | কেঃ জিঃ ৫২৯ | লুপা ১০৫৮.৩১ |

মথক্কী টেবল অসিদা উংলিবা ফৌথোক্কী মশীং অসি য়াংমত্রবদা লৌ পরি অমা উবদা ফংলিব ফৌথোক অহুনি হায়বদি পরিদা মনগাড়ী মপোং ৩ তগী তাদনা থোকপগী হিসাবতনি। হায়রিবা পোংথোক্কী চাং অসি ওল মনিপুরগী পোংথোকতগী য়াম্না হেল্লবনি। মনিপুরগী ওইনা হেক্তর অমগী পোংথোক অসি কুম য়াম্না ফব চহিদা কেঃ জিঃ ১৭৩২ নি। মনিপুর তম্পাক্কী ওইনা হেক্তরদা কে জিঃ ২০০০ দগী হেন্না থোকই। চংলিবা তরুকশুবা চহি ৫ গী থোরাং মমুংদা মনিপুরগী ওইনা তম্পাক্কী লমদা লম হেক্তর অমগী পোংথোক অসি কেঃ জিঃ ২৫০০ দা হেনগৎহন্নবা পান্দমকম থম্নি। ককচিং মাইগৈগী ওইনা য়েংউরবদি পান্দম অসিদগী হান্নবা হেল্লবনি হায়না লৌব য়াই। কুম য়ামনা ফবা চহিদদি লোইননা লৌউবগী চংগদব পোংচংশিং মতম চানা ফংহল্লবদি ককচিংগী ওইনা পোংথোক হেনগৎহনবগী পান্দম অসি হেক্তরদা কেঃ জিঃ ৩৮৪০ গী চাংচৎতা থম্বা য়াই।

৩

# মহৈ-মশিংগী ফীভম

মনিপুর রাজ্যগী ওইনা মহৈ মশিং হৈবগী চাং অসি শোক ১৯৬১ গী মীকোক খিবগী মতম অহুরাইদগী হৌনা য়ম্না ফগৎলকপগী ফীভমদা লৈখি মতম অসি মনিপুরগী তম্পাক অমদি চীংগী লমদমদা অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্নবা কলেজ কয়া লিংখৎপা হৌনখিবগী মরুওইনা মহৈ মশিংগী য়াওন অমা হৌরকখিবা মতমনি। শোক ১৯৫১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না মনিপুরগী লিতরেসি পারসেন্টেজ অসি ১১.৪ ওইখি। শোক '৬১ অমদি '৭১ গী মতুং ইন্না লাইব্রিক-লাইশু হৈবগী চাং অসি মথংশিংনা ৩০.৪% অমসুং ৩২.৯% দা হেনগৎখি। ইকোন কেমবা মীকোক থিবগী হায়বদি শোক '৮১ গী মতুং ইন্না ৪১.৫২% দা অমুক হেনগৎখি। মসি অল ইণ্ডিয়া এভরেজগী (ইণ্ডিয়া ৩৪.৮%) মথক্তনি। মনিপুর তম্পাক্কী খা য়াইকৈগী ওইনা ককচিংদা "খা-মনিপুর-কলেজ" শোক ১৯৬৫ গী লোইরমদাইদা লিংখৎখি। খা-মনিপুর প্রজাশিংনা পাঙ্গলগী অমদি পৈশাগী অশুম্বা মতেং পীনরকপদগী কলেজ অসি আর্টস অমদি সাইন্সকী সবজেক্টশিংদ দিগ্রি ষ্টেন্দার্দ ফাওবা তম্বা য়াবা কলেজ অমা ওইরকখি। লমদম অসিগী অরাংব থাক্কী মহৈ-মশিং তম্লমশং অমা ওইবতা নত্তনা মেডিকেল, টেকনিকেল, এগ্রিকলচরনচিংবা তম্বা য়াবা ছাত্র ছাত্রি কয়াসু পুথোকখি। তঙ্গৈংনমক য়াইগে অসোমদা ওসি বি ই, এম বি বি: এস: অমদি বি: এসসি এগ্রি: কয়া লৈরক্লিবসি কলেজ অসি লৈরম্লদগীনি হায়বা য়াই।

☐ টেবল নং ১৪ ; মনিপুরগী লাইরিক লাইশু হৈবগী চাং

| জিলা | লাইরিক হৈবা মীশিংগী চাং 1971: মীশিংগী | 1971: পা | 1971: পী | 1981: মীশিংগী | 1981: পা | 1981: পী | থাক্ ৭১ | থাক্ ৮১ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মনিপুর | ৩২.৯১ | ৪৬.০ | ১৯.৫ | ৪১.৫২ | ৫২.৫৭ | ৩০.০৫ | — | — |
| সেন্ট্রেল | ৩৫.১ | ৪৯.৫ | ২০.৪ | ৪৯.৮৩ | ৫৬.৩৭ | ৩০.৭৬ | ১ | ২ |
| সাউথ | ৩৪.৭ | ৪৬.৮ | ২৪.৯ | ৪৪.৭০ | ৫১.৩২ | ৩৬.৭৭ | ২ | ১ |
| ইস্ট | ৩৪.১ | ৪৫.৭ | ২২.১ | ৪২.৯২ | ৫১.১৮ | ৩৩.৯৫ | ৩ | ৩ |
| তেংনৌপাল | ২৬.৫ | ৩১.১ | ১৬.৭ | ৩১.৯৮ | ৩৯.৫৮ | ২৩.৯৬ | ৪ | ৫ |
| নোর্থ | ২২.৭ | ৩২.৯ | ১১.৯ | ৩০.৮১ | ৪০.২১ | ২০.৮১ | ৫ | ৬ |
| ৱেষ্ট | ২১.৯ | ৩২.৩ | ১১.৬ | ৩৭.৫০ | ৪৬.৬৩ | ২৪.৯ | ৬ | ৪ |

টেবল নং ১৫ ; ককচিং ম্যুনিসিপালিটি ৱার্ড ১২গী মীশিং অমসুং লিতরেসিগী চাং

| ৱার্ড নং | মীশিং | নিপা | নুপী | লাইরিক হৈব নিপা মশীং | লাইরিক হৈবা নুপী মশীং | অপুনব লাইরিক হৈবগী চাং | থাক্ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ১৬৩৯ | ৮১৮ | ৮২১ | ৪১০ | ২১০ | ৩৭.৮২% | ১০ |
| ২ | ১৮৯৯ | ৯৩৬ | ৯৬৩ | ৫১০ | ২৬১ | ৪০.৬০% | ৭ |
| ৩ | ১৪৫০ | ৭৩১ | ৭১৯ | ৫৩২ | ৩০৯ | ৫৮% | ১ |
| ৪ | ২০০৭ | ৯৯৫ | ১০১২ | ৫২৭ | ২৮৭ | ৪০.৪৬% | ৮ |
| ৫ | ১৪৩৯ | ৭১৫ | ৭২৪ | ৩২৪ | ১৭৮ | ৩৪.৮৮% | ১২ |
| ৬ | ১৩৮১ | ৬৬৩ | ৭১৮ | ৪২৪ | ৩০৮ | ৫০% | ২ |
| ৭ | ২৩১১ | ১১৮৩ | ১১২৮ | ৬৫৯ | ৩৬৯ | ৪৪.৪৮% | ৬ |
| ৮ | ১৭৫৩ | ৮৭৫ | ৪৭৪ | ৫৫৫ | ৩৩৭ | ৫০.৮৮% | ৪ |
| ৯ | ১২২৮ | ৬১৮ | ৬১০ | ৪১৮ | ২৩০ | ৫২.৭৬% | ৩ |
| ১০ | ২০১৮ | ১০২০ | ৯৯৮ | ৪৯২ | ২৮৫ | ৩৮.৫০% | ৯ |
| ১১ | ১৯২২ | ৯৭৬ | ৯৪৬ | ৪৬০ | ২২৬ | ৩৫.৬৯% | ১১ |
| ১২ | ২১৫৪ | ১০৬০ | ১০৯৪ | ৬৩৪ | ৩৫১ | ৪৫.৯১% | ৫ |
| অপুনবা | ২১১৯৯ | ১০৫৯২ | ১০৬০৭ | ৫৯৪৫ | ৩৩৫৩ | ৪৩.৮৬% | |

☐ সোঃ ইকনোমিক রিভিউ সোঃ সেন্সস ওফিস, ইম্ফাল

মথক্কী টেবলসিদা উংলিবা ককচিংগী ৱার্দ ১২ গী লাইব্রিক হৈবগী চাংচং অসিদগী খঙজিনবা য়াব ৱাফমদি (নিপা লাইব্রিক হৈব অমদি নূপী লাইব্রিক হৈবী)। নুপা নুপী অনিগী লাইব্রিক হৈবগী চাংচং য়াম্না খেন্নবা অসিনি। নুপী লাইব্রিক হৈবীগী চাং য়ামনা হন্থে। ককচিংগী অপুনবা মীশিংগী চাওরাক্লা তঙ্খাই তঙ্খাই হায়বদি নুপা মশীং ১০,৫৯২ অমসুং নুপীনা ১০,৬০৭ নি। অপুনবা নুপা মশাংগী মাশিং ৫৯১৫ অহুগা অপুনবা নুপী মশাংগী মাশিং ৩৩৫৬ না নুপী লাইব্রিক হৈবগী চাংচংনি। অমরোমদা অপুনবা (নুপা নুপী তোঙান খায়দোক্লগা) মীশিংগী ৫৬.১০% না নুপা লাইব্রিক হৈবগী অদুগা ৩১.৬১% না লাইব্রিক হৈবগী চাংনি। পীরিবা চাংচং অসি মনিপুরগী ওইবা নুপা নুপীগী লিতরেসিগী পার্সেন্টেজ মথংশিংনা ৫২.৬৭%, ৩০.৫৫% দগীদি হেন্না ৱাংনা লৈরি।

ককচিংগী ৱাফমদা নত্তনা মনিপুরগী ওইনা নুপী লাইব্রিক হৈবগী মশীং অসি নুপাগী চাংদগী য়াম্না হন্থনা লৈরি। অসুমনা হন্থবগী ফাওমসি খুঙ্গংগী লমশিংদনা অংক হেল্লি। খুঙ্গংগী লমনা মশীং হেন্না লৈব মণিপূরগুম্ব রাজ্য অমদ নুপীগী লিতরেসি পার্সেন্টেজ খুর নেমনা লৈবা হায়বসি অঙকপা ৱাফম অমা নত্তে। খুঙ্গংগী অপুনবা মীশিংগী ওইনা লৈরিব নুপা অমদি নুপী লাইব্রিক হৈবগী চাংচং অসি মথংশিংনা ৬৮.৮৩% অমসুং ২৬.৭১% নি। অসুমনা ওইরিবা কিন্তম অসিগী ইচম চম্বা মরম খরদি — ক) খুঙ্গংগী পুন্সিদা হিংলিবা নুপা নুপী খুদিংমক থবক শুব নোঙ্গা কল্লি। মরুওইনা নুপী ওইবাশিংন ইমুং মনুংগী থবক ইংখাংদা অচৌব থোদাং লৌবদা নত্তনা লৌউ-শিংউগী থবক্তসু নুপাশিংদগী তাদনা শু নোমলি। অসুমনা থবক শুরিঙ্গ মতমসি নাম্বোইন্দুনা মচানুপীশিংবু মহৈ মশিং তম্হন্নবগীদমক স্কুলদা থাদোক্কে খনবা মমা মপা মশীং য়ামদে। খ) খুঙ্গংদা মহৈ তম্ফমশং হেক লিংখৎপগ মহৈ তমহন্দবা য়াদে হায়দুনা অঙাং খোমজিনবসি নুপামচানা নুপীমচা মশীংদগী হেক্ক হেলহল্লি। লোইননা মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা ওসি ফাওমদা লিংখৎখ্রিব মহৈ তম্ফমশঙশিং সি নুপীমচাশিংগীদা ওইনা হাপ্পা লিংখৎখিবা অমত্তা য়াওদে। গ) ইমুং-মনুংগী অৱা অনা খাঙনা অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপগী ৱাখলসি তশেংনা নুপীশিংগী থম্মোইদা লৈ। করিগুম্বা ইমুং অমদা পুদোংচাদবগী মচাশিং লাইব্রিক তম্বা তোকহনবা তারবদা নুপীশিংনা মঙুং নত্তগা মোপ্পাশীদমক্তা থেমনকুবা তোদনা লাইব্রিক অম্বা তোকথোক্কুন ইমুং মনুংগী থবক্তা পুক্নি লেনখিবগী ৱাফম ইমুং অয়াম্বদা লৈনরিবনি। ঘ) নুপীদা সমাজনা থম্বা মীংশেং খেন্নবা মরুওইনা নুপা নুপী অধিকার মান্নবগী ৱাফম, হৌজিক পীরোলশিংদা লৈরমদবা মদিনা মরম ওইদুনা নুপীশিংবু থর কৌশাদনা, ময়ুম মকে পানখ্রগা লোইরে হায়দুনা শিক্ষা পীবগী ৱাফম লৈরমদবা অসিনি।

টেবল নং ১৬ ; ককচিং ম্যুনিসিপালিটি ৱার্ড ১২ গী অপুনবা অমস্তুং তোঙান তোঙানবা ৱার্ডশিংগী মনুংদা মার্চ ৩১, ১৯৮৩ ইং কাওবদা লৈখিবা দিগ্রি কংলবা মীওইগী মশীং

ৱার্ড নং ১

| সে নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এঃ | ১ | × | ১ |
| ২। | এম. এসসিঃ | ১ | × | ১ |
| ৩। | এম. বি বি এসঃ | ১ | × | ১ |
| ৪। | এম. লিব্ | ১ | × | ১ |
| ৫। | বিঃ এ বি টী | ১ | × | ১ |
| ৬। | বি এ. বি এডঃ | ১ | × | ১ |
| ৭। | বি. এসসি | ৯ | ১ | ১০ |
| ৮। | বি কম্ | ২ | × | ২ |
| ৯। | বি এসসি এগি | ২ | × | ২ |
| ১০। | বি এ | ১২ | ১০ | ২২ |
| ১১। | [illegible] | ২ | × | ২ |
| | অপুনবা | ৩৩ | ১১ | ৪৪ |
| | | | থবক তৌরবা | ৩০ |

ৱার্ড নং ২

| সে. নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| । | এম. এ. | ৩ | × | ৩ |
| ১। | এম এসসি | × | ১ | ১ |
| ৩। | এম. কম্ | ১ | × | ১ |
| ৪ | বি এ | ১৮ | ১০ | ২৮ |
| ৫। | বিঃ এসসি. | ২ | ২ | ৪ |
| ৬। | বি এ বি টি | ২ | × | ২ |
| ৭। | বি. এ বি এড | ১ | × | ১ |
| ৮। | বিঃ লিব্ | ১ | × | ১ |
| ৯। | বি কম্ | ১ | × | ১ |
| | অপুনবা | ২৯ | ১৩ | ৪২ |
| | | | থবক তৌরবা | ২৬ |

নং ৩

| সে. নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এঃ | ২ | ১ | ৩ |
| ২। | এম এসসি | ১ | × | ১ |
| ৩। | বি: এঃ | ২৪ | ৫ | ২৯ |
| ৪ : | বিঃ লিব্ | × | ১ | ১ |
| ৫। | বি: এসসি | ৫ | × | ৫ |
| ৬। | বি এ এল এল বি | ১ | × | ১ |
| ৭। | নেচর পেঃ ডাক্তর | × | ২ | ২ |
| ৮। | বি. কম্ | ১ | × | ১ |
| ৯। | বিঃ এ বি. টী | ২ | × | ২ |
| | অপুনবা | | | ৪৫ |
| | | | থবক তৌরবা | ২৭ |

ৱার্ড নং ৪

| সে: নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ | ৫ | ১ | ৬ |
| ২। | এম এসসি. | ২ | × | ২ |
| ৩। | বি এসসি এগ্রি | ১ | × | ১ |
| ৪। | বি: ইঃ | ১ | × | ১ |
| ৫। | এম এ এল এল বি | ১ | × | ১ |
| ৬। | বি এ এল এল বি | ১ | × | ১ |
| ৭। | ভেটেরিনরি | ১ | × | ১ |
| ৮। | বি এ | ১৫ | ৭ | ২২ |
| ৯। | বি এসসিঃ | ৩ | ১ | ৪ |
| ১০। | রা. ভাঃ রত্ন | ৩ | ২ | ৫ |
| ১১। | বি এ/বি এসসি বি টী | ৩ | × | ৩ |
| | অপুনবা | ৩৬ | ১১ | ৪৭ |
| | | | থবক তৌরবা | ২৮ |

ৱার্ড নং ৫

| সে: নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম: এ: এম. ফিল | ১ | X | ১ |
| ২। | এম. এ ( দিপ্লোমা ইন আর্কাইভস কিপিং | X | ১ | ১ |
| ৩। | এম. এ | ২ | X | ২ |
| ৪। | এম. এসসি: | ৩ | X | ৩ |
| ৫। | এম বি বি এস: | ২ | X | ২ |
| ৬। | চার্টর একা: ( সি এ: ) | ১ | X | ১ |
| ৭। | বি এসসি এগ্রি | ১ | X | ১ |
| ৮। | বি. এসসি | ১ | ১ | ২ |
| ৯। | বি এ: | ৮ | ৫ | ১৩ |
| ১০। | বি: এ এল এল বি. | ২ | X | ২ |
| ১১। | বি কম্ | ২ | X | ২ |
| ১২। | রা: ভা: রত্ন | ১০ | ১ | ১১ |
| | অপুনবা | ৩৩ | ৮ | ৪১ |
| | | | থবক তৌরবা | ২০ |

ৱার্ড নং ৬

| সে. নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ. | ৭ | ১ | ৮ |
| ২। | এম এসসি | ২ | X | ২ |
| ৩। | বি এ: | ২২ | ৪ | ২৬ |
| ৪। | বি: এসসি. | ৯ | X | ৯ |
| ৫। | বি এসসি. এগ্রি. | ১ | X | ১ |
| ৬। | বি ই: | ১ | X | ১ |
| ৭। | বি. এ এল এল বি. | ১ | X | ১ |
| ৮। | ওরথোপেডিক | ১ | X | ১ |
| ৯। | সংস্কৃত শাস্ত্রী | ১ | X | ১ |
| | অপুনবা | ৪৫ | ৫ | ৫০ |
| | | | থবক তৌরবা | ২৮ |

ৱার্ড নং ৭

| সে. নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ: | ৬ | ২ | ৮ |
| ২। | এম এসসি | ৩ | ১ | ৪ |
| ৩। | এম এসসি এম ফিল | ১ | × | ১ |
| ৪। | বি: এ: | ২৮ | ১০ | ৩৮ |
| ৫: | বি: লিব্ | ২ | × | ২ |
| ৬। | বি: এসসি | ৯ | ৩ | ১২ |
| ৭। | বি এসসি এগ্রি | ৩ | ১ | ৪ |
| ৮। | বি এ এল এল বি | ১ | × | ১ |
| ৯। | নেচর পে: ডাক্তর | ১ | × | ১ |
| ১০। | সঙ্গীত বিসারড | ১ | × | ১ |
| ১১। | বি: এ বি. টী | ২ | × | ২ |
| ১২। | রা. ডা. রত্ন | ২ | × | ২ |
| ১৩। | এম. এ দিপ্লোমা ইন জর্নেলিজম | ১ | + | ১ |
| | অপুনবা | ৬০ | ১৭ | ৭৭ |
| | | | খবক তৌরবা | ৪৫ |

ৱার্ড নং ৮

| সে নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ | ৩ | ১ | ৪ |
| ২। | এম এসসি. | ২ | × | ২ |
| ৩। | বি এসসি এগ্রি | ৩ | × | ৩ |
| ৪। | [illegible] | ১ | × | ১ |
| ৫। | এম বি বি এস: | ১ | × | ১ |
| ৬। | বি এ এল এল বি | ১ | × | ১ |
| ৭। | এন. ডি এ: | ১ | × | ১ |
| ৮। | বি এ | ২৪ | ১১ | ৩৫ |
| ৯। | বি এসসি: | ৭ | ১ | ৮ |
| ১০। | বি লিব্ | ১ | × | ১ |
| ১১। | বি এ/বি এসসি বি টী | ৪ | + | ৪ |
| ১২। | বি কম্ | ২ | + | ২ |
| ১৩। | নেচর পে: ডাক্তর | ১ | + | ১ |
| ১৪। | রা ডা: রত্ন | + | ১ | ১ |
| | অপুনবা | ৫১ | ১৪ | ৬৫ |
| | | | খবক তৌরবা | ৩৭ |

ৱার্ড নং ৯

| সে: নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ | ১ | × | ১ |
| ২। | এম: ডি: | ১ | × | ১ |
| ৩। | এম: বি বি এস: | ২ | ২ | ৪ |
| ৪। | এ: এম: আই ই: | ১ | × | ১ |
| ৫। | বি এসসি | ৪ | × | ৪ |
| ৬। | বি. এসসি এগ্রি | ৩ | × | ৩ |
| ৭। | বি এ: | ২৪ | ৩ | ২৭ |
| ৮। | বি: এ/বি এসসি বি. টি | ৬ | × | ৬ |
| ৯। | বি কম্ | ২ | × | ২ |
| ১০। | ৱা: ডা: রত্ন | ২ | × | ২ |
| | অপুনবা | ৪৬ | ৫ | ৫১ |
| | | | থবক তৌরবা | ৩১ |

ৱার্ড নং ১০

| সে. নং | দিগ্রি | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ. | ৯ | ৩ | ১২ |
| ২। | বি এ. | ৪৩ | ১১ | ৫৪ |
| ৩। | বি: এসসি: | ৮ | ২ | ১০ |
| ৪। | বি এসসি. এগ্রি. | ৩ | ১ | ৪ |
| ৫। | বি ই: | ২ | × | ২ |
| ৬। | বি.এ এল এল বি. | ২ | × | ২ |
| ৭। | বি এ/বি এসসি বি টী | ৩ | ১ | ৪ |
| ৮। | বি এ বি এড. | ১ | × | ১ |
| ৯। | এম: বি বি এস: | ১ | × | ১ |
| ১০। | সাহিত্য রত্ন | ১ | × | ১ |
| ১১। | ৱা: ডা: রত্ন | ৫ | × | ৫ |
| ১২। | ভেটেরিনরি | ১ | × | ১ |
| | অপুনবা | ৭৯ | ১৮ | ৯৭ |
| | | | থবক তৌরবা | ৫২ |

ৱার্ড নং ১১

| সে. নং | দিগ্রি | নূপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এঃ | ৭ | ১ | ৮ |
| ২। | বিঃ এঃ | ৩৪ | ১৩ | ৪৭ |
| ৩। | বিঃ এসসি | ২ | ১ | ৩ |
| ৪। | বি এ এল এল বি | ১ | X | ১ |
| ৫। | বিঃ এ/বিঃ এসসি বি. টী | ২ | X | ২ |
| ৬। | রা. ডা. রত্ন | ৫ | ১ | ৬ |
| | অপুনবা | ৫১ | ১৬ | ৬৭ |

থবক তৌরবা ৩০

ৱার্ড নং ১২

| সে নং | দিগ্রি | নূপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. এ | ২ | X | ২ |
| ২। | বি এ | ২০ | ৪ | ২৪ |
| ৩। | বি এসসিঃ | ৭ | ১ | ৮ |
| ৪। | এম এসসি এগ্রি | ১ | X | ১ |
| ৫। | বি এ/বি এসসি বি টী | ৬ | X | ৬ |
| ৬। | বি এ বি এডঃ | ১ | X | ১ |
| ৭। | সংস্কৃত আচার্য্য | ১ | X | ১ |
| ৮। | রাঃ ডাঃ রত্ন | ২ | X | ২ |
| ৯। | বি টেকঃ (কুড) | ১ | X | ১ |
| | অপুনবা | ৪১ | ? | ৪৬ |

থবক তৌরবা ৩৪

টেবল নং ১৭; ককচিং ম্যুনিসিপালিটি ৱার্ড ৱার্ডকী ওইবা অপুনবা দিগ্রি হোলডর

| ৱার্ড নং | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং | মকোক মথং | থবক তৌবা মশীং |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ৩৩ | ১১ | ৪৪ | ১০ | ৩০ |
| ২। | ২৯ | ১৩ | ৪২ | ১১ | ২৬ |
| ৩। | ৩৬ | ৯ | ৪৫ | ৯ | ২৭ |
| ৪। | ৩৬ | ১১ | ৪৭ | ৭ | ২৮ |
| ৫। | ৩৩ | ৮ | ৪১ | ১২ | ২০ |
| ৬। | ৪৫ | ৫ | ৫০ | ৯ | ২৮ |
| ৭। | ৬০ | ১৭ | ৭৭ | ২ | ৪৫ |
| ৮। | ৫১ | ১৪ | ৬৫ | ৪ | ৩৭ |
| ৯। | ৪৬ | ৫ | ৫১ | ৫ | ৩১ |
| ১০। | ৭৯ | ১৮ | ৯৭ | ১ | ৫২ |
| ১১। | ৫১ | ১৬ | ৬৭ | ৩ | ৩০ |
| ১২। | ৪১ | ৫ | ৪৬ | ৮ | ৩৪ |
| অপুনবা মশীং | ৫৪০ | ১৩২ | ৬৭২ | | ৩৮৮ |

মথক্তা উংলিবা টেবলশিং অসিদগী ককচিংগী ওইবা তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংদা অরাংবা থাক্কী দিগ্রি ফংলবা মীশিংগী চাওরাকপা শককম অমা থঙবা ঙমলে। জেনেরেল এডুকেসনগী ওইবা পোংথোকতি অয়াম্বা ৱার্ডশিংদা উবা ফংলে, ইঞ্জিনিয়ারিং, মেডিকেল অমসুং টেকনিকেল ওইবা বিষয়শিংদা দিগ্রি ফংলবা মীওইগী মশীং ৱার্দ খুদিংদা শুনা উবা ফংদ্রি। এগ্রিকলচরেল সাইন্সতা মহৈ-মশিং ফংলবা দিগ্রি হোলডরগী মশীংদি থোইদোক্ন চাং তাদ্রে হায়বা য়াই। মসিনা তাকপদি অপুনবা দিগ্রি ফংলবা মীশিং ৬৭২ গী অয়াম্বা শরুকতি জেনেরেল এডুকেসনগী পোংথোকনি। অপুনবা দিগ্রি হোলডরগী ১৩২ না নুপীনি (১৯.৬৪%) মখোয় অয়াম্বা জেনেরেল এডুকেসনগী ঙাকনি। নুপগী নুপী অমথক্তংদি ৱার্ড নং ১০ দা বি এসসি এগ্রিঃ দিগ্রি ফংহনা সরকারগী থবক তৌরি। অরাংবা থাককী মহৈ-মশিং তম্বদা নুপীগী চাং অসি য়াম্না হন্থরি। মরুওইনা মেডিকেল অমসুং টেকনিকেল এডুকেসন্দা মহৈ-মশিং তম্বা নুপী ইরৈ নৈত্রি হায়বা য়াই। কলেজগী থাক্ ফাওবা মহৈ-মশিংগী মঙাল

ফংলবা মুপীমচাশিং মহৌশাগী চৎমখীনা পুশিনখিদনবা অকবা পাওতাক ১দি লাচিং পীবিদুনা অরাংবা থাককী মহৈ-মশিং তমদা পুক্নাং থৌগংপীবা কৈ। লোইননা বুদ্ধি লৌশিং অমদি লমচৎ—শাজংকো মীওম য়াংনা থম্বা মুপামচা অমদি মুপীমচাশিংগী মুংগী ওইবা শুকচেল খোইজেল নোহৌনা য়াকাইহনবসু দরকার ওই।

য়ার্ড ১২ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মশীং য়াম্না অৱাংবা থাককী মহৈ-মশিং ফংলবা মীশিং লৈরেসি য়ার্ড নং ১০ নি। এম বি বি এস: মশীংদি য়ার্ড নং ৯ না ইহেন হেল্লি. লোইননা ককচিংগী ওইনা এম. ডি: লৈবসু ইহান হানবনি। ককচিং য়াইরিগী মনুং চম্বা লৈরিবা য়ার্ড ৪ (মরি) হায়বদি য়ার্দ নং ১, ২, ৩ অমদি ৭ তা ইঞ্জিনিয়ারিং দিগ্রি ফংবা অমতা লৈত্রি। নেচর পেথঃ ডাক্তর মুপীগী ওইনদি য়ার্দ নং ৩ না অহানবনি। রা. ডা রত্ন হিন্দিগী দিগ্রি হোল্ডর মশীংদি য়ার্দ নং ৫ না খ্বাইদগী মাংজিন থারি মথক্কী টেবল শিংদা ডুংলিবা রত্ন পাস তৌবগী মশীং অসি বি. এঃ রত্ন নত্তবা চুম্না হিন্দিদা তমলগ ওইখিবা রত্ন মশীংনি। জেনেরেল এডুকেসন মথা চৎথবগা লোয়ননা মুপীমচাশিংন হিন্দি তমশিনবসু য়াম্না কান্নগনি। মরমদি হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা হিন্দিগী দিগ্রি ফংলবশিংসি থবক তৌবনা অয়াম্বনি। মফম অসিগী স্কুলশিংদা ওজা ওইবত্তা নত্তনা চান্দেল জিলাগী স্কুলশিংদা হিন্দি ওজা ওইরিবশিং অসি ককচিংগী মীনা অয়াম্বনি হায়বা য়াই।

জেনেরেল এডুকেসনদা বি এ/বি এসসি. দিগ্রি ফংলবা নুপামচা অমসুং নুপীমচা ওজাগী শিনকমদা চংবগী অপাম্বা লৈবশিংনা লমাই ওইরবসু প্রি সার্ভিস ট্রেনিং বি. টী মতুংগা বি. এড কোর্স তমথবা চুম্নবদি থবক ফংনবগী অরমদসু কান্নবা ফংগনি। ঐখোয়গী রাজ্য অসিদদি খুংশা হৈবগী অচৌবা থবক পায়খৎনবগী খুদোংচাবা লৈতখনা মহৈ-মশিং হৈরব মহারোল কয়া থবক ফংদবগী অরাবা থেংনরি। মরুওইনা খুঙংদা লৈবা থবক ফংত্রিবা মহারোল লাইরিক হৈবশিংনা মাগী মাগী খুঙংগী স্কুলদা ওজাগী ফম হাংবা ডাইহুনা লৈবা তারি। মরবকাম্বগী ওইনসু ওজা ওইবগী শিনফমদা চংত্রিডুনা নৌনা বি. এঃ নত্রগা বি. এসসি পাস তৌরবা মীওইশিংদ শিনকমসিগ চান্নবা ট্রেনীং পীনবগী থৌরাং ইরৈ লৈতবগুম তৌই। বি. টীঃ নত্রগা বি. এডকী ট্রেনীং অসি ওজা ওইরবা মতুংদগুক পীগদবা মখল অমা ওইন উহল্লি। মহিগী থৌশিলসি থর হোংদোক্লমা নৌনা দিগ্রি ফংবদা ডাইরিবা (ফ্রেসরস) মীওইশিংগীসু সিট থর থম্পীদুনা ট্রেনীং পীবিকম থোকই।

হৌজিক হৌজিক ককচিংদা লৈরিবা হায়স্কুল অমসুং কলেজ মনীং, তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রি ওজা অমসুং অতৈ ষ্টাফকী অকুপ্পা মশোল মথাগী টেবলশিং অসিদা উৎলি।

টেবল নং ১৮; সেসন ১৯৮৩—৮৪:

| সে. নং | স্কুলগী মিং | শোক | ছাত্র | ছাত্রী | অপুনবা | ওজা মশিং নুপা | ওজা মশিং নুপী | অতৈ ষ্টাফ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ককচিং হায়স্কুল | ১৯৪৫ | ৮৪৮ | × | ৮৪৮ | ২৭ | × | ৪ | গোভমেন্ট: |
| ২। | ককচিং গার্লস হায়স্কুল | ১৯৬১ | × | ৪৬০ | ৪৬০ | ১১ | ৩ | ৪ | ” |
| ৩। | য়ুম্নামচা হায়স্কুল | ১৯৫৮ | ২৩৩ | ১২০ | ৩৫৩ | ১৭ | ২ | ৪ | ” |
| ৪। | ককচিং মখা হায়স্কুল | ১৯৬১ | ২০৫ | ১২৬ | ৩৩১ | ১৪ | ৩ | ৩ | ” |
| ৫। | ককচিং ৱাইরি হায়স্কুল | ১৯৬৮ | ২৪৫ | ১০৫ | ৩৫০ | ১৪ | | ১ | সেমি গোভমেন্ট: |
| ৬। | ককচিং মোডেল হায়স্কুল | ১৯৭১ | ১৮৬ | ৯৬ | ২৮২ | ১৩ | ২ | ২ | ” |
| ৭। | সেন্ট্রেল গার্লস হায়স্কুল | ১৯৮১ | × | ১৫৩ | ১৫৩ | ১৩ | ৫ | ৬ | প্রাইভেট |
| | | অপুনবা | ১৭১৭ | ১০৬০ | ২৭৭৭ | ১০৯ | ১৫ | ২৪ | |

মথক্তা পীরিবা হায়স্কুল ৭ (তরেৎ) অসিগী মনুংদা ৪ (মরি) থক্তি সরকারনা লৌশিনব স্কুলনি। অনি অমনা সেমি গভর্নমেন্ট হায় স্কুলনি অতুনা মেক্রেল গার্লস হায় স্কুল অম্বাই লৈকাইদি প্রাইভেৎ ওইনা চথরি। চৎলিবা একাদেমিক সেসন ৮৩–৮৪ দা হায় স্কুল তরেৎ অসিদা তম্লিবা অপুনবা ছাত্রগী মশীং ২৭৭৭ (লিশিং অনি চাতরেৎ হুম্ফু তরাতরেৎ) নি। মসিগী মনুংদা চাওর'ক্ত ৩৮'১৭% দি নুপীমচানি। হায়স্কুল ফাওবগী থাক্তা মহৈ-মশিং তম্বগী নুপা নুপী চাংচং অসি অতুক হাক্তা পুক্নীং হৈঙনিঙাই ওইদ্রে। পিক্রিবা অচৌবাং শিংগী লাইরিক-তম্ফমশঙ – এল. পি. প্রাইমারি স্কুল ইউ. জে. বি. নচৈংবা পুম্না স্কুল ২১ (কুনমাথোই) থক লৈ। স্কুল ৪ (মরি) দি এডেদ ওইনা লৈরি। স্কুলশিং অসিদা পুম্না ছাত্র ৩৮৪৭ লোম তম্লি। প্রাইমরি অমসুং ইউ জে বি. স্কুলশিংদা লৈরিবা ওজা মশাংগা ছাত্র মশীংগা য়েংনবদা ওইরিবা চাংচংসি ১ : ৪৩ নি। অপুনবা ওজা মশাংদি ৯০ (মরিফুত্তবা) থক্তনি। ওজা অমনা ছাত্র ৪০ হুক শিননা অমসুং মহৈ নম্বাবগী থাক্তি লৌরি। ককচিংগুম্বা মীঅদা য়াম্না লৈব মফম অমদা পিক্রিবা অচৌবাংশিংগী মহৈ তম্বগী ফোঙ্গা ওইরিবা মশীংসি য়াম্না ওজা ছাত্রগী চাংচংসু সাধারনগা ওইনা ১ : ৩০ গী চ. চং, লৈহনবা নি। চাংচং অসিদ থম্বা তারবদি ওজা ৩৪ হেন হাপচিনবা দরকার ওই

ককচিংদা ইংলিসনা মেডিয়ম ওইরগা ক্লাস লৈ ফাওবগী থাক্তা মহৈ মশিং তম্বীনবগী মমক স্কুল অমা লৈ। "পি আর ইংলিস স্কুল" হায়না শঙ্গনবতুনা শেক ১৯৭৫ গী জান্যুয়ারি থাদা লিংখৎখিবনি। স্কুল অসি থা–মণিপুর কলেজ লিংখৎখিবা মতমদা কলেজগী ফউন্দর দোনর ওইরিবা শ্রীসনাম ক্ষেত্র সিংহগী লমচিং মখাদা লিংখৎখিবনি. হৌজিক অসিগী ওইনা অহানবা অমসুং খ্বাইদগী চাওবা ইংলিস স্কুলনি। কে. জি. I দগী স্টেন্দার্দ IX ফাওবা লৈরবা স্কুল অসিদা হৌজিক হৌজিকমক ছাত্র ২০০ কী মথক্তা তম্লি অদুগা পুম্না ওজা ২৪ লৈ। স্কুলগী মেনেজমেন্তনা কম্না হোৎনবদগী লম একর ৫'৮৫ সু ফংবা ঙমখ্রে। লোইননা পাব্লিকতগী ডোনেসনচিংব নিত্তুনা অতেনবা মতমগী মনুংদা স্কুল মশাংগী ওইবা কা ১৮ গী বিলডীং অমা পক্কা ওইনা শাবা হোৎখ্রে। অনৌবা মশাংগী কেম্পস অসিদা শেক ১৯৮৪ গী জান্যুয়ারি ৭ দ হোংলকিনবা ঙম্নবা স্কুলগী মেনেজিং অমসুং বিলডীং কমিটিনা অকনবা থবক পায়খৎনি। মেনেজমেন্ট অসিগী লৌভুরবা আশাদি স্কুল অসি চুমনগী দে স্কুল অমা ওইবতা নত্তনা রেসিদেন্সিয়েল টাইপকী পাব্লিক স্কুল অমা ওহোক্তুনা অচৌবাংশিংদা তুং-কোইনা কায়নদবা মথৎ কয়াগী শিক্ষা পীবা অসিনি।

টেবল নং ১৯:

যৌথিবা চহি অহুমসিগী মনুংদা হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেৎ পরিক্ষাদা পাস তৌখিবা ছাত্র মশীং :—

| চহি, সে.নং | | স্কুলগী মিং | ফাষ্ট ডিভিজন | সেকেণ্ড ডি. | থার্ড ডি. | কম্পা: | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৮১ | ১। | ককচিং হায় স্কুল | × | ১০ | ৫৭ | ২ | ৬৯ |
| " | ২। | ককচিং গার্লস হায়স্কুল | × | ৩ | ২৭ | ৫ | ৩৫ |
| " | ৩। | ৱাই: এম: হায়স্কুল | × | × | ১৮ | ১ | ১৯ |
| " | ৪। | ককচিং মখা হায়স্কুল | × | ৩ | ২০ | ৪ | ২৭ |
| " | ৫। | ৱাইরি হায় স্কুল | × | ২ | ১৪ | ২ | .৮ |
| " | ৬। | মোডেল হায় স্কুল | × | × | ৩ | ১ | ৪ |
| '৮২ | ১। | ককচিং হায় স্কুল | × | ১৭ | ৫৯ | ৪ | ৮০ |
| " | ২। | ককচিং গার্লস হায়স্কুল | × | ৩ | ২৮ | ৩ | ৩৪ |
| " | ৩। | ৱাই: এম: হায় স্কুল | × | ৩ | ৩১ | ২ | ৩৬ |
| " | ৪। | ককচিং মখা হায় স্কুল | × | ২ | ৩৫ | ৮ | ৪৫ |
| " | ৫। | ৱাইরি হায় স্কুল | × | ২ | ১০ | ২ | ১৪ |
| " | ৬। | মোডেল হায় স্কুল | × | ৩ | ১৯ | ১ | ২৩ |
| '৮৩ | ১। | ককচিং হায় স্কুল | × | ১২ | ৫৪ | ১০ | ৭৬ |
| " | ২। | ককচিং গার্লস হায় স্কুল | × | ১ | ৫৩ | ৪ | ৫৮ |
| " | ৩। | ৱাই. এম: হায় স্কুল | × | ৫ | ২৭ | ৫ | ৩৭ |
| " | ৪। | ককচিং মখা হায়স্কুল | × | ৮ | ৩২ | ৭ | ৪৭ |
| " | ৫। | ৱাইরি হায় স্কুল | × | ৩ | ২০ | ৮ | ৩১ |
| " | ৬। | মোডেল হায় স্কুল | × | ৭ | ২৬ | ৫ | ৩৮ |
| | | অপুনবা মশীং | | ৮৪ | ৫৩৩ | ৭৪ | ৬৯১ |

—

স্কুল লোইরগা অম্রাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফমশং মরু ওইনা খা মনিপুর কলেজনা ওইরি। কলেজ অসি থৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী খা থংবা শরুক্ক লৈরিবা তম্পাক্কী লমদমশিং গুদি তেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টকী লমদমশিংদা লৈরিবা প্রজাশিংগী আর্টস অমদি সাইন্সতা দিগ্রিগী থাক্কু কাওবা তঙ্ গ্নাব অমতা ঙাইরব সরকারগী কলেজ অমনি। খা থংবা মণিপুরগী মহৈ মশিং হিরম কয়াদ চাওখংপা পুয়ক্কুবগী অচৌব সেন্টর অমনি। চহি ১৭ শুরবা কলেজ অসি ছাত্র ৩৬ (কুন্থ্রাতরুক) খক্কনা শোক ১৯৭৬ তা হৌদোকখিবনা হৌজিক্তি ছাত্র ৮০০ (চানিপাল) গী মথক্কা তঙ্গা য়াবা মনিপুরগী ওইনা অ'চৌবা কলেজশিংগী মন্নুংদ অমা ওইরে। শোক ১৯৮২–৮৩ গী সেসন্দ তোঙান তোঙানবা ক্লাসতা তমখিবা ছাত্রগী মশীং:–

১। পি. ইউ. আর্টস অহানবা চহি - ৯৫, অনিশুবা চহি — ৭১।
২। পি: ইউ. সাইন্স অহানবা চহি – ১৫৩, অনিশুবা চহি – ১৭৪।
৩। পি: ইউ কমার্স অহানবা চহি – ৩৫, অনিশুবা চহি — ২৭।
৪। বি. এ অহানবা চহি ৮৩, অনিশুবা চহি – ৪৭।
৫। বি. এসসি অহানবা চহি – ৭০, অনিশুবা চহি ৭৭।

পুম্না ছাত্র ৭৫১ খক তমখি। অপুনবা ষ্টাফ মশীং. ওজা – ৪০, •ন টিচিং ষ্টাফ ৭৫ নি। হৌখিবা চহি ৩ (অহুমগী) মনুংদা কলেজ অসিদগী থোকখিবা আর্টস অমসুং সাইন্সতা ডিগ্রি ফংলবা ছাত্রগী মশীং: -

| চহি | ক্লাস | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১৯৮১ | বি. এ | ৫৭ | ৮ | ৬৫ |
| „ | বি' এসসি. | ২৩ | ৯ | ৩২ |
| ১৯৮২ | বি এ. | ৭৬ | ৪৩ | ১১৯ |
| „ | বি. এসসি. | ৬১ | ৬ | ৬৭ |
| ১৯৮৩ | বি. এ. | (হায়দোক্লি) | | |
| „ | বি. এসসি. | ৮ | ১৪ | ২২ |

নুপীমচাশিংগীতা ওইবা কলেজ অমা 'ককচিং গার্লস কলেজ' হায়না মীংথোল্লহুনা ইকুই কুইদনা লিংখৎল্রে। শোক ১৯৮১ সেসন্দগী হৌহুনা অয়ুক্না চাং নাইনা ক্লাসনচিংব পি. ইউ: স্টেন্দার্দ কাওবা চংথরি। মতম খরগী ওইনা কলেজ মশাগী বিলদিং শাবা লোইস্রিফাওবা ককচিং হায়স্কুল বিলডিং রাইহুনা শিজিন্নরি। হৌজিক হৌজিকী ওইনদি এফিলিয়েসন ফংল্রি-বনিনা খা মনিপুর কলেজদা এটেচ তৌরগা ইউনিভর্সীটিগী পরিক্ষা পীরি। গার্লস কলেজ লিংখৎখিবা মতমদগী খিক্তং মাংজৌননা খা মনিপুর লো কলেজসু ককচিংদা লিংখৎখি। বি এ. পাস তৌরবা ছাত্রশিংনা লো তমথবা ওয়েনবা প্রজ্ঞা শায়মগী মিটিং অমদা তঙাই ফদনা লো কলেজ অমা লিংখৎনবা রারেপ লৌরগা হোংনখিবনি। হৌজিকমক এফিলিয়েসন ফংদ্রবসু এল. এম. এস. লো কলেজ ইম্ফালগী ছাত্র ওইনা ইউনিভর্সীটিগী দিরেক্তিভ মখাদা পরিক্ষা পীবা য়াহল্লি। লো কলেজ অসিসু মশাগী লম অমদি বিলডিং লৈজদ্রিবনিনা ককচিং হায় স্কুল বিলডিং রাইরগা চংথরি।

ওজাশিংদ ট্রেনিং পিনবগীদমক মরুওইনা এল পি. স্কুলগী ওজাশিংগীদমক বেশিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুট ককচিংদা মনিপুর সরকারনা লমদম অসিগী কো ওপরেসনগা লোইননা শোক ১৯৬১ দা লিংখৎখি। ইন্সটীট্যুট অসি রাষ্ট্র পিতা মহাত্মা গান্ধীজিনা পামজরম্বা থুঙংগী পুন্সিগা চানবা শিনফম কয়াযুক হাপচিন্নুনা খুৎনা শু-নোম্বগী রাখল অসি শিকাগী লমদা পুশিল্লকুনা পিক্লিবা অঙাংশিংগী রাখল অমসুং বুদ্ধিবু নেংমা য়াকাইহন্নবগীদমক ওজাশিংদা ট্রেনিং পীনখবনি। চহি খুদিংগী য়ামত্রবদা ওজা ১০০ দগী তাদনা ট্রেনিং পীরি। ককচিং বেশিক ট্রেনিং ইন্সটীট্যুত অসি মনিপুর রাজ্যগী ওইন অনিওবা ট্রেনিং ইন্সটিট্যুত নি। সুপারিন্টেনদেন্ট থাদনা তোঙান তোঙানবা ট্রেডস অমদি খিওরিগী ওজা ১৬ (তরাতরুক) থক লৈ। ইন্সটিট্যুত অসি শোক ১৯৮২ দগী হৌনা ট্রেনিং কলেজ ওন্থোক্নবগী রাকম লৈপ্রবনি। দিপার্টমেন্টকী অকুপ্পা রাকম কয়ামুক সরকারদা রিপোর্ত তৌপ্রবনি অদুবু হৌজিক কাওবা থবক ওইনা পাংথোকপা হৌবগী খুৎম অমত্তা-উবা ফংদ্রি। ট্রেনিং কলেজগী থাক্ত লৈরক্লবদি সেনিয়র বেশিক ট্রেনিংগী খুদোংচাব করা এম: ই: অমদি হায়স্কুলগী ওজাশিংদ পীব ঙমগনি।

# ৪

# আর্ট, কলচর, লিটরেচর অমসুং অতৈ সংস্থানশিং

ঐখোয় মীওইব হায়ব কাংলুপ অসিগা জীব অতৈগা অহুকপা ফংনা খেন্নরে। জীব অতৈগীদি অউ—অউবা চাশিন থকচিন্দুদা মবুক্তং হেক থনবগা মখোয়গী অপেনবগী পন্দোম লোমই। তাইবং মীওইব ঐখোয়গীদি চাব থকপতনা হিংবগী মপুংওইবা পান্দম ওইব ঙমদে, ফজবা হয়াও—তয়াম্বা, নুংশিবা অমসুং শেমজিন—শাজিন্নিংবগী ঈথিল অমসু পোকপদগী লোইনরকই। অসিগুম্বা থোইদোক হেনদোকপা গুন অসিননি, অতৈ জীবশিংদগী ঐখোয় মীওইবনা মকোক থোংব ঙম্মলিবসি। ঙসি ঐখোয়না চংখোম্মা উবা ফংলিবা কলা অমদি সংস্কৃতিগী পুন্সি অসিসু হায়রিবা গুন অসিগী পোংথোকনি হায়বা য়াই। মনিপুর পিক্লবসু পৃথিবীগী জাতি কয়ানা সংস্কৃতিগী লমদা য়াম্না ইনাকখুনবা লমদম অমনি হায়না শিংথানরিব অসি মরুওইনা তামথ্রবা চীংজুং—মালুংদা লৈর অমদি চাওখৎতবগী শীংদসু চম্বা চীংমী অমদি তম্পাক্কী চাওখৎপগী মঙাল ফংজন্ত্রিবা খুনজাশিংগী মম্রবা থম্মোই কাচিন্দা সংস্কৃতিগী অকনব ঈহুন তম্নম্বগী মহৈ নি। মসিমক তাইবং শেম্নীবা মপুগী অহুকপা খুৎশেম্মনি।

কলা অমদি সংস্কৃতি চাওখৎনবগী য়াকম নৈনরকপদা লৈশেম খুনশেমচৌদগী লৈরক্রবা মৈতৈশিংগী চাওথোক্কম ওইরবা খ্বাইদগী চাওবা হয়াও-কুম্মৈ "লাই হরাওবা" গা ভংনখানব য়াত্রব মরী লৈনৈ। ঐখোয় মনিপুরদা লৈরিবা চীংমী তম্মী অয়াম্ব ইপা-ইপু পুজা তৌব কাংলুপনি। খুন্দা লৈতাইনবীরম্বা ইপা ইপুবু চহিগী হয়াও কুম্মৈ কয়াদা নিংশিংব অমদি তৌবীমল উংপা ওইনা মখোয়বু লৈশি লৈথোন তৌই অমসুং কুমগী অনৌবা মহৈ-মরোং লোকপা মতমদসু হয়াও কুম্মগা লোইননা লাইওইপ্রবা ইপা ইপুশিংদ কংলি।




শোক ১৯৮১ গী রিপব্লিক ডে সেলেব্রেসন ককচিংদা পাংথোকখিবা মার্চ পাষ্টকী শক্তম অমা। (৩২শুবা ভারত গনতন্ত্র দিবস পালন)




শোক ১৯৮১ গী রিপব্লিক ডে সেলেব্রেসন ককচিংদা পাংথোকখিবা মার্চ পাষ্টকী শক্তম অমা। ( ৩২শুবা ভারত গনতন্ত্র দিবস পালন )

শোক ১৯৭৫ দা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা শিন্দুনা ককচিংদা পাংথোকখিবা অছমগুবা ফোল্ক আর্টস কেষ্টীভেলদা তোঙান তোঙানব তম্পাকী অমম্বুং চীংগী কলচরেল ওরগনাইজে-সনশিংনা উংখিবা জগোই মখলশিং।



মোয়োন মোনশাং নাগা জগোই



লাই হরাওবা জগোই



মরিং নাগা জগোই



সিনে সোসাইটী ককচিংনা শিন-লাংহুনা ইন্দ্রানী হাওসতা পাংথোক-
খিবা অহানবা জেক ফিল্ম ফেষ্টীভেলগী ইনোগুরেল ফংসন।




রাইটর্স এসোসিয়েসন ককচিংনা ষ্টেট কালা একদেমীগী মতেং লৌরগা পাংথোকখিবা 'মনিপুরগী লম্মিংলোন ১স্থং ককচিং হরাওবা' সেমিনার লোইননা ১২শুবা চহিগী অধিবেসন।

লাই হরাওবা, হায়বা কুম্মৈ অসিমক পাংথোক্লিবা খুঙ্গং অহুগী খুঙ্গাও–লৈচাওনবা খুঙ্গং অহুবু চীকোন–নাওকোনবীরিব লাইরেম্বা নত্রগা লাইরেম্বী অহুবু পেনহয়বগী মীয়াম হরাওমিন্নবা কুম্মৈ নি। অসিগুম্বা উমংলাই কয়াগী খুভম লৈরিবা লাইবুঙ খুদিংমক য়েনহৌচৈ-দগী লৈরক্লবা সংস্কৃতিগী অচৌবা সংস্থান ( Institute ) অমমমনি হায়না লৌব য়াই। ময়মদি লাই হরাওবা মনুংদা পাংথোক্লিবা লাইগী থৌরম হরাও–কুম্মৈ, ফিজেৎ–লৈতেং, ব্যাবহার, শৈশক শৈথা কয়াদা লম নত্রগ খুঙ্গংশিং অহুগী লৈশেমলোন, চৎনরোল সমাজগী অমদি সংস্কৃতিগী মমি তাহল্লি। হৌজিক ঐথোয়, ককচিংনা সেবা চৎচরিবা উমংলাই মশীংসি মরু ওইনা ৬ (তরুক) নি। মখোইহুদি– ১) ককচিং খুলেন খম্নাংবা ২) ককচিং রাইরি খম্নাংবা ৩) সেকমাই নিংথৌ ৪) ঈরুম নিংথৌ ৫) ঈথক নিংথৌ ৬) নাওহল্লাই নি। লাইশক থেন্নবী মতুং ইন্না শৈশক শেশোন খর খেন্নরবসু লাইশিং অসি হরাওবদা অয়াম্বা মাগৈ। খম্নাংবদি খুলগী লাইনি, অতৈ লাইশিংদি য়ুম্নাক শাগেগী লাইনি। ইবুধৌ খম্নাংবা হরাওববু ‘ককচিং হরাওবা’ হায়নসু খঙনরে। মপুং ওইরিবা খম্নাংবা হরাওবনা ককচিং-গী মৈহৌরোল শরগী মথৈদি তাকপা ঙম্মী হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা লৌনৈ। লাই হরাওবগী ময়মদ কুপ্না থিজিনবগী থনক চংশিনবীখিবা শকনাইরবা ককচিংগী পণ্ডিতশিংনা ককচিং হরাওব হায়বদি ইবুধৌ খম্নাংব হরাওবা মখল অসিসু মরুওইবা লাই হরাওবা মখল ৫ (মঙা) গী মনুং চনহনবীহুনা মখল অসিগী তোপ তোপ্পা মগুনবু মনিপুরগী মীয়ামদা শক খঙহনখ্রে। শোক ১৯৭৩ গী ওক্তোবর থাদ মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা শিললাংহুনা পাংথোকখিবা লাই হরাওবগী ফেষ্টীভেলদা ককচিংগী ইবুধৌ খম্নাংবা হরাওবগী থৌরম পরেং অমা য়াম্না মপুং ফানা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়া য়াওনা জরাহরলাল নেহরু দান্স একাদেমী হোলদা উংখ্রে। মসিগী মতুং ইকুই কুইদনা মনিপুরগী খা থংবা তম্পাক্তা লমদমদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংগী উমং লাই হরাওবগী থৌরমশিং পাইন চংনরম্বা নিয়ম কয়া খুগাইদনা পাংথোকহন্নবা অমদি মসিবু য়োক-খংনবগীদমক থিজিন খোচিন্নবা সংস্থান অমা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিং অমদি লাইবুং পানরিবা লাইশঙবশিং য়াওনা শেমখি। সংস্থান অসি খা-মনিপুর লাই হরাওবা এসোসিয়েসন হায়ন কৌরহুনা রেজিস্টার তৌখি।

এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বর ২৫ (কুনমঙা) না শাবা জেনেরেল বোডি অমা অহুগা মেম্বর ১১ (তরামাথোই) না শাবা একজিকুটীভ কমিটী অমা লৈ। শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবনা কমিটি অসিগী সভাপতি অমসুং শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহনা সেক্রেটরি ওইরি। এসোসিয়েসন অসি অচৌবা মাইব লোইশং অমগী মওংদা ককচিং অমদি মসিগী অকোইবদা লৈব খুঙ্গংশিং মরুওইনা ইরেংবন্দ, পল্লেল, কৈরক, রাবগাই, ককচিং খুনৌ

নচিংবগী লাই হরাওবদা মাইবা মাইবী পেনা খোংবনচিংব থাহনা মাইগৈ অশোমগী সংস্কৃতি চাওখৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। লোইননা লাই হরাওবগী জগোই ঈশৈবু পামজবা নহারোলশিংদস্ অক্নবা লমজিং পীবীরি। সংস্থান অসিগী শকনাইরবা লাই হরাওবগী জগোই দা খঙ হৈরবা ওজাশিংনা ফজনা তম্বীরগা নুপামচা অমদি নুপীমচা কাংলুপ কয়ামুক মনিপুর সেন্ত্রেল ডিঃ সিঃ না শিনবা ১৯৭৬ কী জগোই কম্পিটীসন্দা শরুক য়াখি। শোক ১৯৭৫ গী সেপ্তেম্বর তাং ২৫ দগী হৌহনা চয়োল অমা চুপ্পা ষ্টেট কালা একাদেমীগী অঙ্গমশুবা ফোক্ক আর্টস ফেষ্টিভেল" ককচিং হায়ক্কুনদা পাংথোকখি। ফেষ্টিভেল অসু মাই পাক্না পাং-থোক্কবা থৌরম কয়ামুক শেম শাবদা সংস্থান অসিগী মতেং কয়ামুক রিসেপসন কমিটিদা পীখি অমস্তুং ককচিং থম্নাংবা হরাওবগী মরু ওইবা শরুক কয়ামুক জগোই ঈশৈগা লোইননা সংস্থান অনিগী আর্টিসশিংনা উংখি। মনিপুরগী ওইবা জগোই তম্নাবগী অমদি মনিপুরী জগোইগী প্রোব্লেম অমস্তুং প্রোসপেকসনচিংব নৈনবগী সেমিনার ষ্টেট কালা একাদেমীনা পাংথোকখিবদস্তু সংস্থান অসিগী সেক্রেটরিনা পেপরনচিংবা পাথোক্কুনা শরুক য়াখি। ১৯৮৩ গী জুন থাদা ষ্টেট কালা একাদেমীগী মতেংনা ককচিংদা পাংথোকখিবা "মনিপুব খুন্থোক্রোন অমস্তুং ককচিং হরাওবা" নৈনবগী সেমিনারদস্তু য়াওখি।

মথক্তা পনখ্রিবা সংস্থান অসিদি লাই হরাওবা কুম্মবু থাইনদগী চংনরকপা পথাপ কয়া ভাকু পাংথোক্কবা মাইবা মাইবী অমস্তুং লাইগী থৌরম কয়া চিংথ-নাম্বা লৈতেংবা য়েংশিনবা লোয়শং অমগী মওংনি। লাই হরাওবগী জগোই ঈশৈবু বিষয় অম ওইনা তম্নানব স্কুল অমদি নক্তে। সিষ্টেম অমা নাইনা মনিপুরী জগোই ঈশৈ অমদি হিন্দুস্থানী সঙ্গীত তম্নবা স্কুল অমগী মওংদা চংথরিবা সংস্থানশিংদি অনিখক্তনি। মখোয়শিং অসিদি :—
১। সঙ্গীত একাদেমী ককচিং ২। খা মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় ককচিং অসিনি

সঙ্গীত একাদেমী ককচিং

১। লিংখৎখিবা অমস্তুং রেজিষ্টার তৌব চহি — ১৯৭১ ইং
২। তম্নিবা বিষয়শিং — মৈতৈ পুং, নট সঙ্কীর্ত্তন, (পুং ঈশৈ, চোলোম) পেনা, জগোই রাস, লাই হরাওবা জগোই অমস্তুং খোংজোম পর্ব্ব নি।
৩। তম্নগী কোর্স — দিপ্লোমা চহি তরেৎকী কোর্স।
৪। ষ্টাফ মশীং — ওজা ১৮ (তবানিপাল)

৫। ছাত্র মশীং — পুল্লা ৪০ ( নিক্ষু )

৬। মেনেজমেন্ত — মেম্বর ২১ না শাব গঠনীং বোদি অমা লৈ।

শ্রীনোংমাইথেম মঙ্গী সিংহ অমসুং শ্রীম[redacted]ম ভৈগ্যচন্দ্র সিংহনা মথংশিংনা প্রেসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরি নি।

প্রিন্সিপাল — শ্রীক্ষেত্রিময়ুম গোদাধর সিংহ।

একাদেমী অসি অহানবা হৌগংলকপদা ককচিং নিংথৌ লৈকাই এল. পি. স্কুল শঙদা য়াম্না যানা ক্লাস চথবা হৌরকখি। মশাগী ওইবা ইনকম য়াম্না লৈতবনা ওজাশিং অয়াম্বা অহানবদা লৌদনা পুথিরকই। লৌক্লিক লৈক্লিবা মশাগী শঙ অমিদা হোংলকপসি লোক ১৯৭৯ দদি। লোইমনা ষ্টেট কালা একাদেমীনা পীবা চহিগী ওইবা গ্রান্টকী শেনমমসু লুঃ ১৯০০ দা হেনগৎলকখি। সংস্থান অসিগী চাওখৎনবগীদমকসু সেন্ত্রেল গর্ভর্নমেন্টকী ওইবা শেলগী মতেং চহিগী ওইনা লুঃ ৩০০০ ( নিস্পিং অকম ) পীবিরুনা মাইপৈ অসোয়বগী আর্ট অমসুং কলচর গী চাওখৎ থৌদাং লৌরিবা মাওইশিংবু পুক্লাং থৌগৎলিরি। একাদেমী অসিগী ছাত্র ছাত্রিশিংনা চহি খুদিংগী ষ্টেট কালা একাদেমীনা পাংথোকপা যেঙক আর্টস ফেষ্টীভেল অমসুং য়ং দান্সরস ফেস্টিভেল মনিপুরগী মফম কয়াদা চংতুনা শরুক য়ারকলি। ককচিংদ পাংথোকখিব অতুমশংবা ফেষ্টীভেলদসু একাদেমী অসিগী ছাত্রশিং অমদি ওজাশিংনা ফজরবা জগোই মথল কয়া উংতুনা ভাবকশিংবু পেলহনখি। তশেংনমক সঙ্গীত একাদেমী অসি ককচিংগী ওইনদি হরাও তয়াম্বা ফংসন কয়া পাংথোকপদা সংস্কৃতিগী থৌরম খুদিংদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌতুনা লাক্রবা সংস্থাননি। অসিদা নত্তুনা মপান্দগী শরুকইরবা ভিজিতর কয়া লাকপদা মরু ওইনা বি এস. এফ. অমদি আর্মীগী মকোক থোংবা আফিসার কয়া লাকপদা একাদেমী অসিগী ওজা অমদি ছাত্র ছাত্রীশিংনা কলচরেল শো কয়া উংতুনা মনিপুরগী সংস্কৃতি শন্দোকপদসু শিংথানিঙাই ওইবা থৌদাং লৌরি। চহি খুদিংগী পাংথোকপা একাদেমী অসিগী ফাউন্দেসন ডে সেলেব্রেসনগী সংস্কৃতি থৌরম কয়ানা মমদম অসিগী অচৌবা হরাও কুম্মৈগী নুমিৎ অমসু ওইহল্লি।

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়, ককচিং

১। লিংখৎখিবা চহি — ১৯৭১ ইং

২। এফিলিয়েসন ফংবা চহি — ১৯৮১ জুন ২৯,

৩। ইউনিভর্সীটীগী মিং — ভাইখাণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপিথ লক্ষৌ ( উত্তর প্রদেশ )

৪। সবজেক্টস — ভোকেল, তাবলা অমসুং ইন্সট্রুমেন্তেল ম্যুজিক।

৫। ক্লাস — নিউ ফার্স্ট ইয়ারদগী বিশারদ ফাওবা।

৬। ষ্টাফ — ওজা ২৪ (কুনমরি) + নন টীচিং ৫ (মঙা)

৭। মেনেজমেন্ট — মেম্বর ১৭না (তরাতরেং) শাবা গভর্নীং বোদি অমা লৈ।

প্রেসিডেন্ট — শ্রীনাওরেম গম্ভীর সিংহ

সেক্রেটরি — শ্রীময়াংলম্বম মনি সিংহ।

প্রিন্সিপাল — শ্রীখুমুক্চম ইবোতোম্বী শর্ম্মা।

খা-মনিপুর হিন্দুস্থানী সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় অসি হৌজিকমক মশাগী ওইবা বিলডিং লৈতবনা ককচিং গার্লস এম: ই: স্কুল বিলডিংদ ক্লাস চংখরি। ছাত্র ছাত্রি পুম্না ১০০ (চাম) দগী হেল্লা তম্লি। মহাবিদ্যালয় অসিগী ছাত্রশিংনা নেহরু যুবক কেন্দ্র ইম্ফাল না শিনবা ঈশৈগী কম্পিটিসন কয়াদা শরুক য়ারুই অমসুং প্রাইজনচিংবা ফংলকখি। মহাবিদ্যালয়সিগী প্রিন্সিপাল ওইরিবা শ্রীএস, ইবোতোম্বী শর্ম্মা ষ্টেট কালা একাদেমীনা থাগী স্টাইপেণ্ড লু: ৩৫০ পীবীদুনা ভোকেল নিপুন কোর্স মখা তমখরি। ওজা ওইরিবা শ্রী চন্দ্রমোহোন সিংহসু এ, আই: আর: ইম্ফালগী আর্টিষ্ট নি।

সংস্থান অসি শোক ১৯৭৯ দগী হৌদুনা মনিপুর সরকারদগী গ্রান্ট ইন এদ থাদা লু ৩০০০ (লিশিং অহুম) গী চাংদ চহি অমা ফংলম্লবনি। মতুংদা অমুক লেপখ্রে, মখা শাংখনা গ্রান্ট ইন এড পীনবা মহাবিদ্যালয় অসিগী গভর্নীং বোর্ডনা সরকারদা কন্না তকুরি। হৌজিক হৌজিক্কী ষ্টাফ মেনতেনান্সকী দমক ষ্টেট কালা একাদেমীনা চহি খুদিংগী লু: ২০০০, (লিশিং অনি) গী চাংদা শেলগী মতেং পীবীরি লোইননা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্তকী মতেং লৌনবসু কন্না হোংনরি

## পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং

ম্যুজিয়ম হায়বসি লমদম অদুগী নত্রগা অতোপ্পা লমদম কয়াগী মীওইবগী সভ্যাতাগা মরি লৈনবা ইতিহাসকী, কলা বিদ্যাগী বিজ্ঞানগী অমদি সংস্কৃতিনচিংবগী মমাংঙৈগী ওইবা অমসুং হৌজিক্কী ওইবা পোৎশক কয়ামুক রিকোর্ড তৌদুনা মীয়াম্না লাইনা উবা য়াব মওংদ ফজনা শেমজিন শাজিল্লগা থমলিবা শঙ অদুবু খঙনৈ। হায়রিবা শঙ অসিদা শা ঙা, উচেক নচিংবা (জীব কয়ামুক্কী) অত্তকপা জীবশিংগী অশিবা মশা তেকত কাইহন্দনা, ফজনা শেম-জিল্লগা থম্মবা মফমসু ওই। ভারতকী অচৌবা সহরদা লৈবা ম্যুজিয়মশিংদা হায়রিবা

মখলশিংসি শুনা উবা ফংই। ঐখোইগী মনিপুর স্টেটকী ওইনা ম্যুজিয়ম অসিদসু অরিবা পোংশক কয়ামুক উবা ফংনরে। অদুবু সমুদ্রগী ওইব অঙকপা জীব কয়ামুক্কী অশেংবা শকক্ষমগী মুর্তিশিংদি উবা ফংদ্রি। তশেংনমক ম্যুজিয়ম অমা হায়বসি অরিবা তাংলবা, অর্থ লৈবা পোংশক কয়াগী পুক্কৈ ওইবতা নত্তুনা অচোব রিসার্চ সেন্তর অমসু ওইরি।

অসুম্না ম্যুজিয়ম অমা লৈবনা নৈবাক অমগী ইপানাং ইপুনাং মশক তাকপদা অমদি য়োকখৎপদা তুংগী মীরোলশিংদা মতম অমদা মহৈ-মশিংগী মাংয়েংদা কান্নবা অমা পীবা ডুন্নগনি হায়বগী থাজবগা লোইননা 'পিপলস ম্যুজিয়ম' ককচিং নিংখংখিবনি। শোক ১৯৮১ গী জানুয়ারি তাং ১৮ দা মতম অদুগী মিনিষ্টর ওফ স্টেট আর্ট এণ্ড কলচর পুবীরম্বা শ্রী হোলখোমেত খোংশাইনা শঙ্গাবীরম্বনি। শঙ্গাবা মতমদা ম্যুজিয়ম অসিগীদমক্তা দান তৌবী-গনি হায়না চোংথোকপারপা দোনরশিংগী অপুনবা পৈশাগী হিসাব লু. ৪০০০ (লিশিং মরি) য়োখি। ম্যুজিয়ম অসিদা হৌজিক অরিবা অমদি অনৌবা পোংশক ২০০ (চানি) মুক লৈরে। ককচিংগী ওইবা শকনাইরবা অহলশিংনা অমদি নিংথৌ কম্লাইবশিংনা শিজিন্নরম্বা যিরোল, থাংতা ইমুং-মন্নুংগী যুম পানাবা চংবা, অকে অমৌনচিংবগী পোংশকশিং অয়াম্বা ম্যুজিয়ম অসিদা থমলি। অসুম্না চুমনা য়েংবদদি করিসু লৈতবা কিজেং কিগাই অমদি য়োংতেক থাংতেক ডাক্ত ওইন উরি, তশেংবদি পৈরিবা পোংশকশিং অসি মশাদা ইতিহাসকী ওইবা রারী অমমম য়াওরবা মমল নাইদ্রবা পোংশক ডাক্তনি। লন্নাই ওইনা থম্বদদি চকশিলহৌদবদগী মাংখিবা, শেগাইখিবা, উচিনা, তিন্না চিকথৎতুনা মাঙহনগদবনি অদুবু ম্যুজিয়ম অসি লৈবদগী মাংহন্দনা থম্বা ডুমলে। ডসি ম্যুজিয়ম অসিনা ওইরিবা ফিভমসি তাবকংবা হোংনবদা অরাবা কয়া লৈখিদবদি নত্তে। ম্যুজিয়ম অসিগী ফাওন্দর সেক্রেটরি ওইরিবা ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র ককচিং মখা লৈকাইদা লৈবা ভদ্রলোক অসিনা অরাবা কয়া তেংনখিবা, নিংহন্নবা লৈতনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা থাইনগী ইপা ইপুনা শিজিন্নরম্বা পোংশকশিং অসিবু থরাইদগী হেন্না শুনা খনজতুনা ডাক-শেম্নিংবগী থম্মোই শেংনা হোংনখিবশিং অদুগী মহৈনি।

ককচিং এরিয়াদা ফংবা অরিবা পোংশিংদ নত্তুনা মনিপুরগী অতৈ তম্পাক্কী ১দি চীংগী লমদমশিংদগী খোমজিল্লকপা ইতিহাসকী অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা পোংশক কয়ামুকসু ম্যুজিয়ম অসিদা লৈরে। ভারতকী মপান্দা লৈবা ষ্টেট কয়ামুক্কী চংনরম্বা অমসুং হৌজিক হৌজিক চংনরিবা পৈশা মখল কয়ামুকসু মায়াম্ন য়েংবা নুংঙায়গদবা মওংদা থেত্তুনা থমলি। নিংথৌ পাল্লিউদা লৈরম্বা পাক্কায়েংকী রায়েন বিচারগী রায় ১সুং অতৈ চে-চাং কয়ামুকসু খোমজিন্দুনা

থম্লবস্নু হোংনরি। মুজিয়ম অসিগী অরাং অপা ১স্নুং চাওখংনবগীদমক য়েংশিন্নবা একেজি-ক্যুটীব কমিটি অমা লৈ। কমিটি অসিগী সভাপতি অমদি সেক্রেটরি মওংশিংনা শ্রীক্ষেত্রিঃ ইরাবোৎ সিংহ এম. এল. এঃ অমস্নুং ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র না ওইরি। শোক ১৯৮২ দগী হৌরদুনা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা মুজিয়ম অসিগী অরাং অপা খর মেনথংপা ডম্নবা চহিগী ওইনা লুঃ ৪০০,( চামরি ) খক মতেং পীবা হোৎলে। মনিপুর সরকারগী আর্টস এণ্ড কলচর বিভাগনস্নু শোক ১৯৮২ মার্চ থাদা মুজিয়ম অসিগী মেনটেনান্সকীদমক লুঃ ১০০০, ( লিশিং অমা ) খক কাইথোকপীরকখি। হৌজিক মুজিয়ম অসি নেসনেল মুজিয়ম নিউ দিল্লী না শক খঙলবা সংস্থান ওইবা য়াম্নবা অকুপ্পা মরোল কয়ামুক একজিকুাটীব কমিটীনা কপ্পা থিজিল্লি।

## কলেজ ওফ আর্টস ককচিং

কলেজ ওফ আর্টস ককচিং.— পিক্লিব অঙাংশিংদা মকুওইনা য়েকপ খোংপা, মুক্তি শাবনচিংব পামজব মীওইশিংদা নিয়ম চুম্না সংস্থান অমগী মথাদ তম্নীনবগীদমক্তা শোক ১৯৮০ ইংগী ফেব্রুয়ারি থাদ লিংখংখি। তোঙান তেঙানব ক্লাসতা ছাত্র ১০০ দগী হেন্না লৈরবা কলেজ অসি শোক ১৯৮২ গী জানুয়ারি থাদ রেজিষ্ট্রেসন তৌখি, মদুগী নম্বরনা ৩৭৮৮ নি। মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনস্নু কলেজ অসি শক-খংবিরদুনা কলেজ অসিগী তম্নাবদা চংদবা য়াদবা মচাক খর লৈশিন্নবগীদমক চহিদা লুপা ৫০০, মতেং পীবা হোৎলে।

## সাহিত্যগী ওইব সংস্থানশিং।

লাইরিক লাইশু নিংহিজনা তম্নুববা মীওই কয়া লৈরবস্নু পাবা, লৈনবা অমস্নুং ইথোকপগী পোংথোক লৈত্রবদি সাহিত্যগী ওইবা মচক ইরৈ লৈত্রিবনি হায়না লৌনৈ। অরাংবা থাক্তা দিগি ফংবনা চংদে, হিরম অসিদ পামজবা ইবা পাবদা ডমজবা মীওইনস্নু মমল নাইদ্রব সাহিত্যগী খুদোল তম্না ডমই। এখোয়গী ককচিং মাইংগদা সাহিত্য চাওখং-নবগী অমস্নুং অইবা কয়া পুথোকুবগী খোংহৌসি অতুক য়ামনা কুইদ্রি। মনিপুর সাহিত্য পরিষদকী চহিগী মীফম অমা ককচিংদ শোক ১৯৬৮ দা ফমখিবা অমস্নুং মীফম অদুদা মনিপুরগী মমিং লৈরবা সাহিত্যকার, নূটকার খুদম ওইনা শ্রীঅশাংবম মিনকেটন সিংহ, জি সি তোংব্রা, ৺গুলাপী শ্রীএলাংবম নিলকান্ত সিংহনচিংবা ওঝা কয়ানা পীবিরম্না ভাষন কয়ানা অকনবা সাহিত্যগী ঈথিল অম হারোলশিংগী থম্মোইদা পীরম্মী। লোইননা মনিপুর

সাহিত্য পরিষদকী শাখা অমসু ককচিংদা হাংদোকখি। শাখা অসি লৈখিবদগীদি মনিপুরগী ওইবা সভা কয়ামুক্তা অমসুং মনিপুরগী মপান্দা ফঙ্গা সাহিত্যগী মীফম কয়াদা ককচিংগী মীওইং য়াওবা য়াবগী খুদোংচাবা ফংলকখি। অসিগুম্বা মীফমশিংদা নৈনবা য়াওরুরবা সাহিত্য প্রেমীশিংনা ককচিং লমদমগী ওইবা লৈচন কয়া শেমজতুনা মনিপুরী সাহিত্য মন্দিরদা খুদোল ওঙ্গা চুমননবা হোংনরকি থনি।

সাহিত্য ওইশংনবগী থবক্তা মরি লৈনবা ইবা পাবা করিগুম্বা বিসয় কয়ামুক্তা থম্ম নৈনবগী থৌরম পাইখৎনবগীদমক ককচিংদা মরুওইবা সংস্থান অনি লৈরে। ‘সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং’ অমসুং ‘রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং’। সাহিত্য সেবা সমিতি শোক ১৯৬৭ কী জানুৱারী তাং ২৮দা লিংখৎখি অমসুং শোক ১৯৭২ দা রেজিষ্টার তৌরবা সংস্থান অমা ওইখি। সাহিত্যগী সংস্থান অমা ওইনা মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনসু শক খঙবীখ্রে। লাইব্রেরীগী মতেংসু পীবা হৌরে। সমিতি অসি মশাগী ওইবা চেকোং লৈজে। থা ৩ খুদিংগী ‘চুমথং’ হায়না কৌবা জর্নেল অমা শোক ৮০ দগী ফোংই। চেকোং অসি শীংমক স্টেট কলা একাদেমীনা মুং ৭০০ কা শেনকম অমা চহি খুদিংগী পীরি। সমিতি অসিনা চহিগী ওইবা মফম কয়া পাংথোকই। ফংসন কয়া তৌই। ফংসন খুদিংদা মনিপুরগী শকখঙ্গনাইরবা সাহিত্যকার কয়া বাউৎ তৌদুনা সাহিত্যগী বিসয় কয়াদা লেকচর পীহল্লি। সমিতি অসিগী থবক থৌরম কয়া থোংশিনবা একজিকুটিব কমিটি অমা লৈ, মেম্বর ১১ না শাই। মসিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরি মথংশিংদা শ্রী. ওয়াংখেম মীকাঙ সিংহ অমসুং শ্রীনাওরেম চান্দ-

এসোসিয়েসন অসি ককচিংগী লাইব্রিক লাইশু হৈবব অমসুং সাহিত্যগী মরমদা য়াম্ম নৈনবা পাম্বা নহারোল কাংলুপনা শোক ১৯৭২ দা শেমখিবনি। সংস্থান অসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্যদি ককচিং লমদমসিদা লৈরিবা অহৈবশিংগী ওইবা মরুপ অমা লীংদুনা লাইব্রিক কোংবদা শেলগী মতেং পীনদুনা সাহিত্যগী, ধর্মগী, সমাজগী সংস্কৃতিনচিংবগী হীরমদা ইবা অমদি নৈনবগী থবক্তা খুমাং চাউশিনহনবা অসিনি। এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বর ১৭ না শাবা একজিকুটিব কমিটি অমা লৈ। কমিটী অসিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরি মথংশিংনা পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ অমসুং শ্রীমোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহনা ওইরি। সংস্থান অসিগী মশাগী ওইবা সাহিত্যগী চেকোং থা ৪/৪ গী ওইবা ‘মঙাল’ শোক ১৯৭৭ তগী ফোংবা হৌখি।

মথং চহিদগী ‘নতিক-নঙাল’ হায়না অমুক মমিং হোংদোকখি। সাহিত্যগী চেকোং অসি হিংহল্লবা হোংনবগা লোইননা এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বরশিংনা লাইরিক কয়ামুকস্থু ফোংদোক্লুনা মীয়ামদা খুদোল তম্বা ঙমখ্রে। য়াম্না নুংঙাইবা রাফম অমনা সংস্থান অসিনা ঙসি ফাওবদা চহিগী লেপ্পুনা সাহিত্যগী অমসুং মহৈ-মশিংগা মরি লৈননা কান্নবা বিষয় কয়ামুকস্থু লৈনবগী সভা পাংথোকপা অসিনি শোক ১৯৭৭ তা ডাঃ কমলগী মরমদা, শোক ১৯৭৮ দা কবি হিজম অঙাংহল শোক ১৯৭৯ দা লিও টোলষ্টয়; মনিপুর সাহিত্যবু ভারত সাহিত্যগী অমদি পৃথ্বী সাহিত্য ঈচেল্লক্তা তিলহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরম্লবা পৃথ্বীগী শক্লাইরবা স্কোলার ডাঃ সুনিতি কুমার চেট্টর্জী লোয়নন কবি খ্বাইরাকপম চাওবা অহংগা অরাম্বম দোরেন্দ্রজিৎ নচিংবা অমসুং শোক ১৯৮০ গী মার্চ থাদ মুন্সি প্রেমচান্দগী ১০০ শুবা মপোক নুমিৎকী পালন পাংথোক্লুনা মনিপুরগী শকনাইরবা সাহিত্যকার কয়ামুক উপন্যাসকার সিগী মরমদা কুপ্না লৈনখি। অমুম্না লমদম অসিগী অইবশিংন সাহিত্যগী হিরম কয়ামুক্তা থরাই য়াওশিনবা অমসুং হৈনিংবা উংপা লোইননা মমপ লৈরবা লাইরিক কয়া ফোংদোকপগী থৌনা অসি উবদগী মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা সংস্থান অসি হিংহল্লবগীদমক অমসুং মশাগী চেকোং ‘নতিক নঙাল’ চাংনাইনা পুথোকপা ঙম্মবা শেলগী মতেং চহি খুদিংগী মথংশিংদা লুপা ১০০০, (লিশিং অমা) অমসুং লুঃ ১২০০, খক পীবিরি। চংলিবা চহিসিগী জুন থাদা এসোসিয়েসন অসিনা ‘ককচিং খুম্প্লোক্লোন অমসুং ককচিং হরাওবা’ গী মরমদা পাংথোকখিবা সেমিনার অহংসু মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীগী মতেংনা পাংথোকখিবনি।

ককচিংগী অইবশিং অমসুং মথোইগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং

১। শ্রীনাওরেম অয়ুয়াইমা সিংহ (পণ্ডিত অচৌবা) ককচিং নিংথৌ লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। পাম্থোইবী নাহেরোল ২। অমঙ শিঙ্গুমলোন ৩। তিনথুম
৪। য়াবীরোক ৫। ঈরাংলোন ৬। শৌবোল য়াইরেল চনু

২। পুখ্রম্ম ভরত মৈতৈ নিংথৌ লৈকাই।
লাইরিকশিং — ১। ককচিং ২। খম্নাংবা শৈরেং ৩। ককচিং হরাওবা I & II
৪ চৈরাওবা।

৩। ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ
লাইরিক — ককচিং খুম্প্লোক্লোন।

৪। শ্রীময়াংলম্‌ম খোমেন্দ্র সিংহ মখা লৈকাই, লাইরিক — বিধি নোংদম্বা।

৫। শ্রীসলাম ক্ষেত্র সিংহ য়াইরি সলাম, লাইরিক — সোসিয়েলিজম সমাজ।

৬। শ্রীনাওরেম বাবুধন সিংহ সুমাক লৈকাই, লাইরিক — চাওরাকপা কথা অর্থ

৭। শ্রীনাওরেম কালিমোহন সিংহ নিংথৌ লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। থ্বাইগী হোতেল ২। অপঙ-খুজাও ৩। নিঙোল্লাকপা
৪। নোংমগী নিংথৌ

৮। শ্রীমোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ মোইরাংথেম লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। ককচিংগী থরদং ২। শেক্তাও যাত্রা অঅহানবা শরুক

৯। শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ মোইরাংথেম লৈকাই।
লাইরিকশিং — ১। চু তেংলোন ২। চেংলৈরোন ৩। থাবা চানবা।

১০। শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ পাজি লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। রানীগী থম্মোই কাইরবা গ্লাস ২। অনৌবা য়াওনগী মৈরী
৩। বিপ্লবকী চৈশে ৪। মৈশালাংব ৫। ইজনিংই পরেং অমত্তং
কবিতাগী ৬। থোংনাউ'সিগী শক্তম ৭। দি গোদেস ওফ দাউন।
(ইংলিস)

১১। শ্রীনিমাই পুখ্রম্বা চুম্বাং
লাইরিকশিং — ১। রুক্মিনি হরণ ২। কজবীগী বাকং ৩। মুংশিবগী ঈরিক অমমমদং

১২। শ্রীয়েংখোম বীহারি সিংহ মখা লৈকাই লাইরিক — অমোবা পৃথী অনৌবা আকাশ

১৩। শ্রীময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র মখা লৈকাই
লাইরিকশিং – ১। খম্নাং পাৱারী ২। লৈমরেল সেক্লিং ৩। শলকাও
৪। অরিব মৈতৈলোনগী রামায়ন ৫। থৌরানথাব হিরান, ৬। চন্দ্রগ্রহ
৭। নোংথ্রং ৮। অরিব মৈতৈগী শৈথা ৯। খম্মোই য়াংমোই

১৪। শ্রীমতি য়েংখোম ওংবী সোরোজিনি দেবী তুরেল রাংমা
লাইরিক — তিলাইন, লান্দা নরসিংহ

১৫। শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ মোইরাংথেম লৈকাই
লাইরিকশিং – ১। জ্ঞান গঙ্গা ২। নুংশিবা ৩। অনন্দসরোবর

১৬। শ্রীনাওরেম গম্ভীর সিংহ রাইরি থোংঙাম লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। হয়িংখোই ২। মহাপুরুষশিংগী পাওজেল ৩। ঐগী রাখল
লৈকোন্দা ৪। রাখলগী লীক্লাং পরেং ৫। বুদ্ধনা অচুম্বা হায়বীরম্বী
৬। পাওতাকশিংগী মচি ওইরবা শরুক

১৭। শ্রীপুখ্রম্বম ভৈরব সিংহ চুম্নাং লাইরিক অচুম্ব লৈই অমত্তং

১৮। মোইরাংথেম মুকুন্দ সিংহ নিংথৌ লৈকাই
লাইরিকশিং – ১। লাইরিক ওয়াইবগী কাংলোন ২। ময়াই কাব চিঙ্গাক থাদোকপা

১৯। শ্রীময়াংলম্বম মাইঙ্কুল সিংহ খুনয়াই লৈকাই
লাইরিকশিং ১। ঈশিংগী লাইয়েং ২। লাইনাম্বী হৌরকফম ৩। কাছা চংপা

২০। শ্রীমোইরাংথেম ডাঃ ধনেশ্বর সিংহ নিংথৌ লৈকাই
লাইরিকশিং – ১। উঁহনা লায়েংবা ২ য়ুম্নালোন লমজিং ৩। অয়োনবা
লাইনাগী লায়েং ৪। অঙাংগী লাইনা অমম্ভুং লাইয়েং ৫। মচুগী
পাম্বৈনা লাইয়েংবা ৬ মুংশং অমম্ভুং লাইয়েং ৭। অনাব মপক
তাকপা ৮। মনা মশিংনা লাইয়েংবা

২১। শ্রীমোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহ তুরেল রাংমা
লাইরিকশিং — ১। লৈচিন লক্ষ্মী থাজ ২। নিঙ্গথৌচন্দ্রবা খম্বোইগী পাওজেল
৩। অরোইব য়াহিপ ৪। সেকমাই তুরেল উবদা ৫। রাম বন
চংলরোই ৬। য়েংপু করম্না মথৌ হাপলম্লগে (সোভিয়েট লেণ্ড
নেহরু এৱার্ড ফংলবা লাইরিক) ৭ মুন্সি প্রেমচন্দ

২২। শ্রীলেখক (শ্রীক্ষেত্রিং মোহেন্দ্রদাস) মখা লৈকাই
লাইরিকশিং - ১। কাংশি মখোল ২। ফাইরেলগী অঙাওবা লৈচিল

২৩। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ মখা লৈকাই. লাইরিক — আগষ্ট ১৫

২৪। শ্রীনোংমাইথেম নরেন্দ্র সিংহ মখা লৈকাই, লাইরিক — চৌজিক্কী শৈরেং

২৫। শ্রীয়েংখোম কেংব সিংহ তুরেল রাংমা
লাইরিকশিং ১। লোইজি লোইয়া ২। শিংলিব মুংশিং হরেংগী য়াতু
৩। অহিংচুগী রারা ৪। প্রেমলতা

২৬। শ্রীয়েংখোম ইবোতোম্বা সিংহ তুরেল রাংমা
লাইরিকশিং ১। কংথোকপা ২। চৌংগী থম্বাল

২৭। শ্রীময়াংলম্বম মনিহার সিংহ মখা লৈকাই লাইরিক— প্রেম কুমার।

২৮। শ্রীমোইরাংথেম কুঞ্জবিহারী সিংহ মোইরাংথেম লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। পোক্রবী ইমা ২। ওইরম্নে মহাক্না পুন্সিগী ৩। সোরোগী পিরাং

২৯। শ্রীক্ষেত্রিং রাজেশ্বর সিংহ তুরেল রাংম লাইরিক — চিংথাম্বরবা মমি

৩০। শ্রীপুখ্রম্বম বীরমঙ্গল সিংহ পাজি লৈকাই
লাইরিক — ১। অংকল শ্যাম ২। এল্টি রার স্লোগান

৩১। শ্রীপুখ্রম্বা রাজেন সিংহ পাজি লৈকাই, লাইরিক হিথাংফমগী রারী

৩২। শ্রীময়াংলম্বম বাবুধন সিংহ মখা লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। কাকাগী লমন ২। ঐখোয়

৩৩। শ্রীসলাম ইবোতোম্বী সিংহ খুনয়াই লৈকাই
লাইরিকশিং — ১। সমাজ বিচার ২। অচুম্বা

৩৪। শ্রীময়াংলম্বম য়াইমা সিংহ খুনয়াই লৈকাই লাইরিক – অমুক্ত তাখোবা

৩৫ শ্রীথোকচোম তোম্বা সিংহ নিংথৌ লৈকাই লাইরিক – সোসিয়েলিজম করিনো ?

৩৬। যুগেশ্বর সিংহ ” লাইরিক – লেনিনগী পুন্সি

৩৭। শ্রীযুম্নাম শ্যাম সিংহ চুম্নাং লাইরিক— ১। চম্লবী খুঙ্গংগী লৈরাং ২। ওজা গৌড়

৩৮। মুহম্মদ রহমন সোরা লাইরিক — পিরাংগী ঈকুৎ

৩৯। শ্রীময়াংলম্বম শ্যাম সিংহ রাইরি সেনাপতি লাইরিক - স্মা লৈবাক মনিপুর

৪০। শ্রীময়াংলম্বম চাওবা সিংহ খুনয়াই লৈকাই লাইরিক — রোশনি

৪১। শ্রীনিংথৌজম নবিনচন্দ্রা সিংহ (লৈখিঙ্গবা) নিংথৌ লৈকাই
লাইরিকশিং – ১। মৈতৈ কবি  ২। মৈতৈ নিংথৌ

৪২। শ্রীয়েংখোম রাবৈ সিংহ ছুরেল রাংমা লাইরিক — খুংলোয়বা ধারাপাত

৪৩। শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহ রাইরি লাইরিক – রাজমেন ৬৪

৪৪। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম অমুরাইমা সিংহ লাইথগোল লাইরিক – মৈতৈ পুংলোন অহানবা

৪৫ শ্রীয়েন্দ্রেম্বম একবীর মৈতৈ স্নমাক লৈকাই লাইরিক — মৈতৈ ময়েক্কী মপী লাইরিক

৪৬। শ্রীনাওরেম চন্দ্রমনি সিংহ খুনরাই লৈকাই লাইরিক — জয় প্রকাশ নরায়ন

৪৭। শ্রীসলাম কুমার সিংহ " লাইরিক – দি ড্রাগোন ওফ মাই ড্রিম (ইংলিস)

৪৮। শ্রীক্ষেত্রিঃ বৈকুল সিংহ অয়াংবুং লাইরিক — মালংপান

৪৯। শ্রীনাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ নিংথৌ লৈকাই লাইরিক — বৈকাল

৫০। শ্রীয়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ মথা লৈকাই লাইরিক — কম্যুনিজম করিগীনো কমদোনা ?

৫১। শ্রীক্ষেত্রিঃ ইবোবোৎ সিংহ " লাইরিক — ফ্রিদম ইন দি বার্লড

৫২। শ্রীনাওরেম কুঞ্জবিহারী সিংহ খুনরাই লৈকাই লাইরিক — প্রেমী

## সংস্থানশিংগী ওইবা চেকোং –

১। লমজিং এসোসিয়েসন — লমজিং
২। রাইতরস এসোসিয়েসন — নতিক নঙাল
৩। লীচিং প্রেস — লীচিং লম্বী
৪। সাহিত্য সেবা সমিতি — ১। চুমথাং ২। সাহিত্য নৈনরোন
৩। য়েম্নিং ৪। রারেং নাচোম
৫। হিন্দুস্থানি সঙ্গীত মহা বিদ্যালয় — শৈরেং লৈ নাচোম
৬। য়ুথ ফেদেরেসন অমসুং ছাত্র ফেদেরেসন ককচিং লোকেল — অপুনবা খোল্লাও

সমাজ, রাজনিটি, অর্থনিটি, ধর্ম্ম অমসুং হকশেলগী মরমদা নৈনহ্নবা ইব লাইরিকশিং ১দি সাহিত্যগী ওইব উপন্যাস, ড্রামা রারী মচানচিংবসু ফনা রাম্না অইবশিংনা ফোংনরক্লে। হৌজিক ককচিংদা লৈরিব ছাপাখানাগী মশীংসু মরাং কায়রে হায়ব য়াই। পুম্না ৫ (মঙা) শরে, মমিংদি :— ১। লিলাসিং প্রেস ২। গৌরো প্রেস ৩। এম: ভি: প্রেস ৪। লীচিং প্রেস ৫। পি পি প্রেসনি। প্রেসশিং অসিদ' চাওরাক্না মীওই ৩০ (কুন্থ্রা) মূক থবক তৌরি। চেকোং মশিং অমসুং প্রেস মরাং কায়না লৈরবা মফমসিদা ঈ-পাওনা মপুং ওইবা মুতিগী নত্রবসু চয়োলগী ওইব চেকোং অমত্তং পুথোক্লবা হোংনবদি উত্রি।

## মৌয়ামগী হরাও-কুম্মৈ য়েংফম

লম্লোন-ইথিক নত্রগা খুং-শা হৈবগী সেন্টর ওইব মৌয়াম তিনব সহরগী মফমশিংদ ঙাইহাক পোশাব ওইন হরাও কুম্মৈ য়েংফম সিনেমা অমদি ড্রামা হোলশিং তঙাই ফদন থমদব য়াদে। মসি সহর অমা ওইবগী লৈতব য়াত্রবা খুদোং চাবশিংগী মসুংদা খ্বাইদগী মরুওইবনি। হরাও-কুম্মৈগী রাকমদ নংতনা সিনেমা ড্রামাগী সংস্থানশিং অসিনা খুঙ্গংগী পুক্নিদা অওনব পুরক্লবগীদমক্তসু থৌদাং কয়া লৌরি। নেসনেল ফিলম পোলিসিগী রার্কীং গ্রুপ অমনা পীবা মত মতুং ইন্না হৌজিক ভারতকী ওইনা লৈরিব সিনেমা হাওস মশীং অসি শোক ১৯৮৩ গী মার্চ্চ ৩. ফাওবদা ১১,১৮০ (লিশিং তরামাথোই চাম্ব মরিফু) নি। লৈরিব সিনেমা হাওসশিং

অসিগী সিট মশীং মীশিংগা য়েন্নোক্লবদা মীশিং ১০০০ খুদিংগী সিট ১০ ( তরা ) থুংহনবা ঙমগ্রি। হৌজিক ওইরিব ফীভমসি মীশিং ১০০০দ সিট ৭.০৭ থুংবগী হিসাবনি। মসিগী চাং অসি পৃথিবীদা খ্বাইদগী নেম্বা মশীংনি হায়ন লৌনরি। চংলিব তরুকশুব চহি মঙাগী থৌরাং মনুংসিদা সিট ৫০০ লৈবা সিনেমা হাওস ৬৭৫০ শাগৎত্রবদি মী ১০০০ খুদিং সিট ১০ থুংহনব ঙমলোই হায়না রার্কীং গ্রুপ অহুনা ফোংদোকখি। মনিপুর রাজ্যাগী ওইন য়েংবদ তম্পাকী লমদমশিংদদি পব্লিক এন্টরটেনমেন্টকী খুদোংচাবসি ইরাং রাংত্রে হায়ব য়াই। জিলাগী হেড ক্বাটর ওইব মফম নংতনা চীংগী মনুং হঞ্জিন্না লৈখিব খুঙ্গংশিংদদি মসিগী খুদোংচাবসি ইফং ফংদ্রে।

ককচিং থৌবাল জিলাগী খা'থংবা লমদমদ লৈরিব খুঙ্গংশিংগী লম্লোন-ইতিক অমদি হিরম কয়াগী মরুওইব থম্ব নৈনফম ওইরিবা সহর অমনি। শেমগং-শাগৎপগী থবক্কা থিম্মবী-ত্রবদি য়াম্না থুনা চাওখৎলকপ য়াবগী আশা লৈব সহরনি। মফম অসিদা মীয়ামগী হরাও কুম্মে য়েংফম শঙ অঙমখক লৈ। মমিং পল্লবদা আজাদ, ইন্দ্রানি অমসুং দেপা টকিজনি। সিনেমা হাওস অঙুমসি ককচিংদা লৈজরবসু মসিনা খুদোং চাবা পিরিবা মফমশিংদি ককচিং; রাবগাই অমসুং হিয়াংলম কেন্দ্রগী মনুংচন্না লৈরিব খুঙ্গংশিংনি। হোল অঙুমসিদা চাওরাক্ল সিট ৫০০গী চাংচংতা হম্বনা পারগা পুন্না সিট ১৫০০ লৈ। ককচিং ম্যুনিসিপাল এরিয়াদ লৈরিব মীশাংগা য়েংনক্লরবদি মী ১০০০ খুদিংগী সিট ৭০গী মথক্কা থুংলি। এসেমব্লি কেন্দ্র অঙুম হায়রবসি ককচিং রাবগাই অমসুং হিয়াংলমগী অপুনব মীশীং চাওরাক্লা ৯০০০০ লৈরবদি মী ১০০০ খুদিংগী সিট ১৯ থুংবা ঙমগনি। থুংলিবা সিটকী চাং অসি ওল ইণ্ডিয়াগী য়েংলুরদি দবল ওইরে হায়ব য়াই। মসিগী চাংচৎ অসিদা চহি কয়ামুক থমখিব য়ারি। সিনেমা ড্রামা য়েংবা হায়বসি ঙহাক অরা-পোথাবগী ওইনা য়েংবদি পুক্নিং হকচাং তেকখৎহল্লি। ঈরাংগী ভাবতা চংশিন্নরব্রবদি মসিনা সমাজদা অমাঙব কয়া পুরকনি।

ককচিংদা মরুওইবা ড্রামাগী সংস্থান অনিথক লৈ। মথোয় অদুদি —
( ১ ) ককচিং ড্রামাটিক ইউনিয়ন অমসুং ( ২ ) খা-মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসিনি।
ককচিং ড্রামাটীক ইউনিয়ন : কে ডিঃ ইউঃ হায়রগসু খঙনবা সংস্থান অসি ভারতনা স্বারজ ফংদ্রিঙৈ মমাং শোক ১৯৪৫ দা লিংখৎখিবনি। মনিপুরগী ড্রামা ঈহৌদা থৌদাং চাওনা য়ারক্লবা সংস্থান অমনি। হৌগৎলকপদগী মশাগী ওইবা হোল লিংখৎতুনা ড্রামা কয়ামরুম

পুথোকখ্রবা পার্টিনি, মনিপুরগী ড্রামা অথোই অহেন তান্নবা অমস্তুং মেলা কয়াদ পার্টি অসিনা শরুক য়াখি। শিংথাবা য়াবা শান্নখ্রবা ড্রামা খরদি– মৈতৈ চনু কুমারি শীড্রেল ইন্দু. য়াইথিং কোনু. শামু খোঙয়েংপা, হাওরং লৈশং শাফবী, দেবলা দেবী. হনু মাল্লেকা, নোংমগী নিংথৌ অসিনচিংবনি। ককচিংগী ওইবা অগ্নিবা আর্টিস শ্রীপুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ অমস্তুং শ্রীসলাম বেদাম সিংহ অনিগী লীচিং মখাদ সংস্থান অসিগী মশাগী ওইবা হোল অমা শান্নবা থৌরাং কয়া লৌখংলি।

খা-মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন শোক ১৯৭১ দা লিংখংখিবনি। নহারোল আর্টিষ্টনা মশীং য়াম্ব অমস্তুং সমাজিক প্লে শান্নব পাম্ব পাটিনি। মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা চহিগী ওইব শেলগী মতেং লু ৮০০ পীদুনা সংস্থান অসিবু উৎসাহ পীবিরি। শক্লাইরবা প্লে রাইট শ্রীনাওরেম কালিমোহন সিংহগী দিরেক্সন মখাদা অনৌবা প্লে কয়ামুক পুথোক্লবা হোংনখি। পুথোকখ্রবা ড্রামা খরদি– অপঙ খুঞ্জাও নিঙোল্লাকপা টিকেন্দ্রজিৎ. নুরা শান্থলেম্বী. শাফবী. নিঙোল অসিনচিংবনি। শোক ১৯৮৩ গী ওক্টোবর থাদ মনিপুরগী ওইনা পাং থোকখিবা শোর্ট প্লে কম্পিটীসন্দা পার্টি অসিনা শরুক য়াকুই। শান্নখিবা ড্রামাদি 'পাখ্রা-লুখ্রা' নি। কম্পিটীসন অদুদা বেস্ট প্লে রাইট অমস্তুং বেষ্ট দিরেক্সনগী অহনবশুবা পোজিসন শ্রীসিংহনা ফংখি।

সিনে সোসাইটি ককচিং : শোক ১৯৭৯ গী জানুয়ারী থাদা মনিপুরগী মমিং লৈরবা ফিল্ম ডাইরেক্তর, নোভেলিষ্ট, আর্টিষ্ট অমস্তুং টেক্নিসিয়ান কয়া য়াওনা ইম্ফাল. সিনে ক্লব কৌবা সংস্থান অমা সিনেমা য়েংবা ভাবকশিংদা অফবা ফিল্ম করিনো খংহন্নবা অমস্তুং ফিল্ম সোসাইটীগী ঈহৌ অমা মনিপুরগী মফম খুদিংমক্তা শন্দোক্লনা লিংখংখি। ক্লব অসিগী মথা তাবা থবক ওইনা মনিপুরদা মাইরবাক্কা ওইবা ফিল্ম উৎসব অমা পাংথোক্লবা থৌরাং লৌ-খংখি। অহানবা ওইনা মনিপুরদা ক্লব অসিগী থৌশিল মখাদা সোভিয়েত ফিল্ম ফেষ্টিভেল শোক ১৯৮১ গী নবেম্বর থাদ পাংথোকখি। লোইননা মনিপুরগী কোন্নুং ইম্ফালগী মথংদা খ্বাইদগী মীশীং য়াম্না লৈবা অনস্তুং মুংখিল নুমিদাংদা সিনেমা শো চাং নাইনা চংথরিবা ককচিংগুম্না লমদমদ ফেষ্টিভেল অসি পাংথোক্লীংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লরকখি। মরম অসিদগী ইম্ফাল সিনে ক্লবকী অশিল-অরাং তৌবীরিবশিংনা ককচিংদা লাকপীদুনা সিনে সোসাইটি ককচিং কৌব ফিল্ম সোসাইটীগী সংস্থান অমা শোক ১৯৮১ গী ওক্টোবর থাদ লিংখংখি

অমস্তুং সোভিয়েত ফিল্ম ফেস্টিভেল ককচিংদ পাংথোক্লবগী দায়ত্ব শীন্নরম্মী। ইম্ফালদ উংপা মতমগা অচুক হাক্ল কান্নহনবা তৌদনা ককচিংগী ইন্দ্রানী হাওসতা শোক ১৯৮১ গী নবেম্বর তাং ১১ দা ইকাই খুম্নকম ওইরবা দিপুটি চিফ মিনিষ্টর শ্রীআই: তোম্পোক সিংহনা অথোইব অতিথি অমস্তুং শ্রীঙাঙোম মোহেন্দ্রো সিংহ এম: পী: না সভাপতি ওইবীদুনা ফেষ্টীভেল অদু হাংদোকপীখি। ফেষ্টিভেল অদুদা উংখিবা অখন্নব ফিল্মশিংদি— দি গ্রেট বেটল, কিং লিয়ার ক্রেনস আর ফ্লাইং অসিনচিংবনি। মথংগী চাহিদস্তু হায়বদি শোক ১৯৮২ গী নবেম্বর থাদ ককচিংদা জেকোস্লোভাকিয়া ফিল্ম ফেষ্টীভেল অমা ককচিং সিনে সোসাইটীনা শিল লাংদুনা পাংথোকখি। মিষ্টর পীটর বোক্ক কোনস্যুলেট জেনেরেল কলকট্টানা থৌরম অদু হাংদোকখি। উংখিবা ফিল্মশিংগী মনুংদা মীয়াম্ন য়াম্না পামননা য়েংখিবদি "লিবরেসন ওফ প্রাগ" হায়ব ফিচর ফিলম অদুনি। মতৌ অস্তুমনা সহরগী ভাবকশিংদা নত্তনা খুঙ্গংগী সিনেমা য়েংবা পামজবা ভাবকশিংদা মীরৈবাকী ফিল্ম কয়া য়েংবা কংনবগী খুদোংচাবা তাঞ্জাশিং ককচিং সিনে সোসাইটীনা মীয়ামদা পীব ঙমখি। সোসাইটী অসি নৈবদগী ফিল্মগী মরমদা কুপ্পা নৈনবা সভা কয়াদ মীহুং থাদুনা শরুক য়াহনব ঙমলে। চংলিবা চহিসিগী আগস্ট থাদা ইম্ফালদা পাংথোকখিবা ফিলম ৱার্কসোপ অমদা ককচিং সিনে সোসাইটীগী মেম্বর অদুমনা শরুক য়ারুই। ১৯৮৩ ইংগী ওক্তোবর তাং ৩১ দগী নবেম্বর তাং ৩ ফাওবা ইন্দ্রানী হাউসতা সিনে সোসাইটী ককচিংনা ফিলম ফেস্টীভেল কমিটী ইম্ফালগা খুংশমনদুনা আমেরিকান ফিলম ফেস্টীভেল অমস্তু পাংথোকখ্রে। হায়রিবা ফেস্টীভেল অসি চিফ মিনিষ্টরগী রিলিফ ফন্দা দান তৌনবগী-দমক পাংথোকখিবনি। উংখিবা ফিলমশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্ন ভাবকশিংনা থোয়দাজখিবদি "মোর্ডন টাইমস" নি সিনে সোসাইটী অসিগী প্রেসিডেন্ট শ্রীক্ষেত্রময়ুম ইরাবৎ সিংহ এম: এল: এ: অমস্তুং সেক্রেটরি শ্রীমোইরাংথেম বীরমঙ্গল সিংহ না ওইরি।

মনিপুরী ফীচর ফিলম "ইমাগী নিংথেম" না অন্তরজাতিগী ওইবা ফিলম ফেস্টীভেল কয়াদ মাই পাক্ল শরুক য়াব্রুবা, পৃথ্বীগী শক্লাইবা ভাবকশিংদা অনৌবা মহাও অমা পীবা ঙম-ব্রবা অমস্তুং জাতিগী থাক্ল পাংথোকখিবা ২৯ শুবা ফিলম ফেস্টীভেলদস্তু অথোইবা ফীচর ফিলম অমস্তুং অথোইবা চাইলড আর্টিষ্টকী মনা ফংলকখিবগী হরাওনা ওকপা সভা অমা ককচিংদা সিনে সোসাইটী অসিগী থৌরাং মথাদা শোক ১৯৮২ গী সেপ্তেম্বর তাং ১২ দা পাংথোকখি। সভা অদুদ প্রো: শ্যাম শর্ম্মা— ফিলম ডাইরেক্টর, কে. ইবোহল শর্ম্মা— ফিলম প্রোড্যুসর অমদি আর. কে. বীদুর সিংহ সেক্রেটরি ইম্ফাল সিনে ক্লবনচিংবনা ফিলম অসিনা ফংলকখিবা ইউনিভরসেল আপীল ১স্তুং মশাগী ওইবা এক্সপরিয়েন্স মরিক চুমনা পাওদমখি।

## মৈতৈ ময়েক নৈনরোল অমস্থং চাওখৎনবা থৌরাংবা কাংলুপ

মৈতৈলোলবু ভারত সংবিধানগী নিপালশুবা সিড্যুলদা য়াওহল্লবগী চংশিল্লকপা খোঙথাংগা লোয়নননা মনিপুরদা মৈতৈ ময়েক চাওখৎনবা অমস্থং ময়েক অসিবু লাইরিক তক্ষমশঙশিংদা তমহল্লবগী অকনবা ঈহৌ অমা মনিপুর তম্পাক্কী লমদমশিংদা চহি কয়াগী মমাংদগী লৈরকখি। মরুওইনা লাইরিক নম্বা য়াননবা শাদোকবা ছাপা মরু শামবগী ওইনা ফগুনচিংবা খোমজিনবগী থবক 'ময়েক মরু শানবা থৌরাংবা কাংলুপ' না লুচিংদুনা শোক ১৯৮২ দা পংথোকখি। ঈহৌ অ সগা লোইননা ককডিংদগী 'মৈতৈ ময়েক য়ুথ ওরগেনাইজেসন' কৌব সংস্থান অমা শোক '৮২ আগষ্ট তাং ২১ দা লিংখৎতুনা মাইগৈ অসোমদগী ফগু খোমজিনখি। মীয়ামগী সহযোগ ফংবগা লোইননা অতেনবা মতমগী মনুংদা সংস্থান অসিনা লুঃ ২৫০০.(লিশিং অনি চামঙা) থক খোনজিন্দুনা মৈতৈ ময়েক শারুনবগী অচৌবা থৌরাং অহুদা মতেং পাংবা ঙমখি।

ময়েক মরু শারুরবা মতুংদা লাইরিকুচিংবা নমদুনা মৈতৈ ময়েক তমহল্লবগী থৌরাং খর লৌখৎপা তঙাই ফদবা অমা ওইরক্লি। মরম অসিদগী হায়রনা 'মৈতৈ ময়েক য়ুথ ওর্গেনাইজেসন হায়রম্বহু 'মৈতৈ ময়েক নৈনরোল অমশুং চাওখৎনবা থৌরাংবা কাংলুপ' হায়রন মিং ওন্থোক্লুনা মীয়ামদ হেন্না চাওবা থৌদাংগা লোইননা ইপানাং ইপুনাং চাওখৎনবগী অহানবা খোংথাং ময়েক তমনবগী খুদোংচাব পীবা হৌখি। ময়েক তক্ষমশঙ অমসুং নৈনবগী ওইবা শঙলেন অমা সেপ্তেম্বর তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিত্তা ককচিং কেন্দ্রগী এম এল. এঃ শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ইরাবোৎ সিংহনা প্রধান অতিথি ওইদুনা হাংদোকপীখি। তমগদৌরিবা কোর্সশিংদি– ১। জুনিয়ার আলফাবেৎ কোর্স থা অমগী অমসুং দিপ্লোমা কোর্স চহি অমগী অসিনি। সংস্থান অসিগী মেম্বর ৯ না শাবা একজিকুটিব কমিটি অমা লৈ। কমিটী অসিগী মরুওইবা থৌবুরেলশিংদি— এন, নিলচন্দ্র মৈতৈ প্রেসিডেন্ট, এম, রাজেন খুমন সেক্রেটরি অমস্থং রাই জয়কুমার মৈতৈনা ট্রেজরর নি। ★

# ৫

# গেমস এণ্ড স্পোর্টস

মখল কয়াগী মশাগ্না উধা কংলবস্তু ককচিং লমদমসিগী ওইনা নহারোল শান্নরোইশিংনা খর পামশিন্না শান্নরিবদি ফুটবলনি হায়বা য়াই। মায়াম্মস্তু মশান্না অসিবু য়াম্না পুক্নীং থোগংপী লোইননা নৈকাই নৈকাইগী ওইবা ক্লবনাচিংবস্তু মশান্ন অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ফো চেং অমস্তুং পৈশা খায়গংনহুনা লিংখংলি। ফুটবলগী মশান্না অমিনা নহারোল শান্নরোইশিংগী থম্মোয়দা মরা ভাখিবগী রারৌশিদি ককচিং হায়স্কুল অমস্তুং মহাকী ফজরবা প্লেগ্রাউণ্ড অসিশা তৎলে-থানা য়াদ্রবা অমনি। মনিপুরদা ইন্তর স্কুল ফুটবল তুর্নামেন্ট হৌদোকখিবদগী থৌবাল সব-ডিভিজনগী ওইনা শান্নবা অসি ককচিং হায়স্কুল গ্রাউণ্ডদা ডাক শাগখি। মতম অদুদা ইনস্পেক্টর জোন ৩ গী (অগুম) গী মখাদা লৈবা স্কুলশিংগী মনুংদা ককচিং হায়স্কুলগী গ্রাউণ্ড অস্তুক ফবা অমতা লৈরমদে। অতৈ মশান্না কয়ামুক্তা মকোক থোংবা ওমখিদ্রবস্তু ফুটবল অমস্তুং ঈরোইবদদি ককচিং হায়স্কুলগী ছাত্রাশিংনা অয়াম্বা মতমদা মকোক থোংহনা লাকখি। মথং মথং স্কুল কয়ামুক ককচিংদা লিংখংগ্রবা মতুংদস্তু থৌবাল জোনগী ওইনা ইন্টর স্কুল ফুটবল তুর্নামেন্ট পাংথোকপা খুদিংগী ককচিংগী হায়স্কুলশিং অসিগী মনুংদা অমনা হেক্তা চেমপিয়ন ওইহনা লাকখি। শোক '৭৮ অমস্তুং ৮০ দা মনিপুরগী ওইনা মথা হায়স্কুল ককচিংনা চেমপিয়ন ওইহনা সুবর্তো মুখর্জী তুর্নামেন্টতা মনিপুরগী টিম ওইনা অনিরক শরুক য়াখি।

স্কুলশিংদা ফজনা শান্নরবা প্লেয়ারশিং অসিনা মহাক মহাক্কী লৈকাইদা মমান্নবা শান্নরোইশিংগা শান্নমিন্নদুনা ক্লব ক্লবকী ওইবা ফুটবল প্লেয়ার কয়ামুক পুথোকপা ঙমখি। ফুটবল শান্নবগী ঈহৌসিং লোয়নননা ককচিংদা শোক ১৯৬৫ দা 'সাউথ মনিপুর স্পোর্টস এসোসিয়েসন' হায়ব সংস্থান অমা লিংখৎদুনা মশান্না অসি তুং-কোয়না চাওখৎনবা থৌরাং কয়া লৌখৎখি। মতমতুদা পাংথোকখিবা মেজোর তুর্নামেন্টতি 'এন: কে: মেমোরিয়েল ফুটবল তুর্নামেন্ট' অসিনি। অহানবদা লোকেল ক্লবশিংগী ওইনা পাংথোক্লম্বনি মমৈথংদা ওল মনিপুর ওপন তুর্নামেন্ট থাক্ত পাংথোকখি। তুর্নামেন্ট অসি ককচিংগী ওইবা স্পোর্টস চাওখৎলকপগী মাইল খুতিনি হায়না লৌবা য়াই। মরমদি তুর্ন মেন্ট অদুনা মরম ওইরদুনা ককচিংদা মনিপুরগী ওইনা শক্লাইরবা শান্নরোই কয়ামুক্কী মশান্ন ফুটবলবু পামজবা শান্নরোই অমস্থুং থরাই য়াওবা ভাবক মীয়াম্ন ককচিং হায় স্কুল গ্রাউণ্ডদা উব ফংখি। ভারত শিনবা থুংনা ফাওরিবা হান্নরা পঞ্জাব বি. এস. এফ: কী শান্নরোই ওইরম্বা হৌজিক্লা কলকট্টাগী মমিং লৈরবা ইষ্ট বেঙ্গল ক্লবতা শান্নবা য়াওরিবা নরেন্দ্র গুরুং মহাক্কী শান্নবগী অহানবা শিক্ষা হৌগৎলকপদা ককচিংগী তুর্নামেন্ট কয়াদা শরুক য়াগ্রবনি। মনিপুর ইপেন্ডেনগী মনুং চন্না শান্নরিবা নেসনেল প্লেয়ারস শ্রীয়েংখোম জয়কুমার সিংহ, ক্ষেত্রিমযুম ধর্ম্মদাস অমস্থুং অদৈত্তা সিংহ মখোয় অসি সোসিয়েল রেলফিয়ার স্পোর্টিং ক্লব ককচিংগী শান্নরোই ওইনা হৌখিবনি। লোইননা যুগীন্দ্রো কোম ইউনাইটেড ব্রডর্স স্পোর্টিং এসোসিয়েসন মান্তক্কীনি।

মনিপুরনা মপুংফাবা রাজ্য ওইরকপগা লোয়নননা মনিপুরগী ওইবা স্পোর্টস চাওখৎনবগী খুজিল থৌরাং পাকশন্না লৌখৎখি। চীং অমস্থুং তম্পাককী জিলাগী থাক্ত গেমস অমস্থুং স্পোর্টসকী লোয়শং কয়া লিংখৎপা হৌখি। থৌবাল সব-ডিভিজনগী ওইনা ককচিংদা দিষ্ট্রিক্ট স্পোর্টস এসোসিয়েসন (দি. এস: এ:) শোক ১৯৭২ দা লিংখৎখি। থৌবাল সব দিভিজন রিপ্রজেন্ট তৌদুনা মনিপুরগী থ্বাইদগী চাওবা ফুটবল তুর্নামেন্ট সি: সি: মীট য়াওব হৌখি। শোক ১৯৭৫ দা রেজিষ্টার তৌগ্রবা এসোসিয়েসন অসিদা এফিলিয়েসন পীরবা ক্লব পুম্না মশীং ২৮ শুরে। এসোসিয়েসন অসিগী ক্লব খুদিংমক্কী মীছুৎ য়াওবা জেনেরেল বোর্ড অমা অমস্থুং এক্জিকুটীব কমিটী অমগা লৈ। কমিটী অসিনা গেমস অমস্থুং স্পোর্টসকী তোঙান তোঙানবা দিসিপ্লিনগী সেক্রেটরি নচিংবস্থু থম্লি। হৌজিক হৌজিকমক এক্জিকুটীব কমিটি অসিগী প্রেসিডেন্ত অমস্থুং সেক্রেটরি শ্রীনাওরেম কালিমোহন সিংহ অমস্থুং শ্রীনাওরেম কৃষ্ণমোহন সিংহনা মথংশিংনা ওইরি।

থৌবাল জিলাগী খা থংবা শরুক্তা লৈরিবা খুনংশিংদা স্পোর্টসকী ঈরৌসি কনখৎহনবদুনা তি এস: এ: ককচিংনা অতেনবা মতমগী মনুংদা শান্নবগী মথল কয়ামুক্তা হৈ-শিংলরা খুপা খুপী অানপুরগী মীহুৎ ওইবা ঙম্নবা কয়া পুথোকপা ঙমগে। খুদম ওইনা, ইরোইব অমসুং বোদি বিলদিংদা ককচিংগী শাম্নরোইশিংনা জাতিগী থাক্ত পাংথোকখিবা কম্পিটীসনশিংদা পোজিসন কয়া ফংবা ঙমগে।

চহি খুদিগী এৎলেটিক মীট অমসুং ফুটবলগী ল.গ তুর্নামেন্ত পাংথোক্তুনা মতিক চাবা শাম্নরোই পুথোক্নবা হোৎনখি। কোচিং কেম্পনচিংবসু দিপার্টমেন্তকী মতেং লৌদুনা খুপা-খুপীগী শাম্নবা মথল কয়াদা ক্লবশিংদগী মীহুৎ লৌরগা দি এস এ: ককচিংগী খ্রোরাং মখাদ পাংথোকই। সংস্থান অসিনা গেমস অমসুং স্পোর্টসকী লমদা অহোবা থৌদাং লৌবা ঙমলিবসি মরুওইনা মশাগী ৮ইবা শাম্নবুং অমা একর ৬ (তরুক) কী লম মনিপুর সরকারনা পীবিবদগীনি। হাম্নবা লৌ ওইনা কল্লম্বা লৌমী প্রজাশিংনসু প্লেগ্রাউন্ত অমা ককচিংদা লৈবসি তঙাইফদবনি খনবীদুনা মখোই মশেলগী মরক্তা য়ানবা অমা পুরক্তুনা লম অসি দিঃ এস. এঃ দা পীথোকপা য়াম্নখি। দি. এস: এঃ না লম অসিগী মপু হেক ওইবগা মতম কুইন লৌবুক ওইরমলবা মফম অদু শাম্নবুং অমা ওইকা য়ানবা অকনবা থবক পাংথংখি। স্কুল কলেজগী ছাত্র-ছাত্রী অমদি ক্লবশিংনা সোসিয়েল সার্ভীস কয়া পাংথোক্তুনা লৈতেম মাম্নবা শেম শাখি। গ্রাউন্ত অসি শেম্বদা আর্মীনসু শীংথানিঙাই ওইবা মতেং কয়া পীবিরকখি। মখোইগী মতেং ফংলমগ্রবদি প্লেগ্রাউন্ত অসি ঙসি ওইরিব ফিভমসি ওইরমোই। স্পোর্টস ডাইরেক্তোরেংনসু প্লেগ্রাউন্ত অসি শেম্নবগীদমক লুঃ ১৫,০০০, গী মতেং পীরকখি। অসুমনা মথল কয়ামুক্কী মতেং প্রজাদগী, আর্মীদগী অমসুং সরকারদগী লৌরক্তুনা চাওরাক্লপা ফিভম অমা তারবা মতমদা শোক ১৯৮১ গী মে তাং ২৭ তা মেজর জেনেরেল ভেনু গোপাল না দি: এস. এঃ গ্রাউন্ত শঙ্গাখি।

মশাগী শাম্নবুং লৈরক্লবা মতমসিদদি দি. এস: এঃ না হাম্না পাংথোক্লম্ব তুর্নামেন্ট শিংগী মথক্তা জুনিয়ার অমসুং সব জুনিয়ারগী ফুটবল তুর্নামেন্ত পাংথোকপা হৌরে। শাম্ন-রোইশিংনসু য়াম্ন হৈনীংবগা লোইননা চহি চুপ্পা প্রাকতিস তৌবগী খুদোং চাবা ফংলগনি। গ্রাউন্ত অসিবু অয়ুক্কী মুমিদাংগী অফ-ফত্ত য়েংশিন্নবা দিঃ এস: এঃ গী ওফিস বীলডিং কা

অতুমগী অমম্ব কম্পাউণ্ড মশামক্কী লমদা শারত্না হৌখিবা ফেব্রুয়ারী তাং ১৮–৮৩ ইরাই পঞ্চমী মুমিত্তা ইডুকেসন সেক্রেটরি শ্রীহেলিম চৌধুরি না শঙ্গাবিশ্রে। তশেংনমক হৌখিবা চহি থরসিদা পি. এস এ. ককচিংনা স্পোর্টস মুভমেন্তশ মরী লৈননা পাংথোকখিব থবকশিং অসি শিংথাবনা য়াংলবনি।

স্পোর্টস এসোসিয়েসন ককচিংদা এফিলিয়েত তৌরব ক্লবশিংগী লিষ্ট.–

| সে. নং। | ক্লবশিংগী মিং | লৈফম |
|---|---|---|
| ১। | সেনা এথলেটিক ওরর্গেনাইজেসন | ককচিং |
| ২। | যুভেনাইল এসোসিয়েসন | ” |
| ৩। | সোসিয়েল রেলফিয়ার স্পোর্টিং ক্লব | ” |
| ৪। | সাউথ ইষ্টরন স্পোর্টিং ইউনিয়ন | ” |
| ৫। | পোপুলর স্পোর্টিং ক্লব | ” |
| ৬। | মেন্ত্রেল এডুকেসনেল স্পোর্টিং এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েসন | ” |
| ৭। | উয়োক চীংয়া ক্লব | ” |
| ৮। | আইদিয়েল ক্লব | ” |
| ৯। | ককচিং টাউন স্পোর্টিং ক্লব | ” |
| ১০। | ফ্রেণ্ডশিপ ইউনিয়ন | ” |
| ১১। | আইডিয়েল পাইওনিয়ার ক্লব | ” |
| ১২। | যুথ রেলফিয়ার ইউনিয়ন | ” |

| সে. নং | ক্লবশিংগী মিং | লৈফম |
|---|---|---|
| ১৩। | ইউনাইটেড ব্রডর্স স্পোর্টিং এসোসিয়েসন | মায়াক |
| ১৪। | লাংমৈদেং যুথস স্পোর্টস এসোসিয়েসন | লাংমৈদোং |
| ১৫। | ককচিং খুনৌ এথলেটীক এণ্ড কলচরেল এসোঃ | ককচিং খুনৌ |
| ১৬। | খোংজাও ইউনিয়ন ক্লব | খোংজাও |
| ১৭। | রাইখোং মোডেল যুথ ক্লব | রাইখোং |
| ১৮। | সোসিয়েল রেলফিয়ার ক্লব | কৈরক |
| ১৯। | পব্লিক যুথ ক্লব | |
| ২০। | যুথ ক্লব | ইরেংবম |
| ২১। | খোংজোম যুথ ক্লব | খোংজোম |
| ২২। | ইউনাইটেড ক্লব | লাংগাথেল |
| ২৩। | ক্রিয়েটীভ যুথ ওর্গনাইজেসন | শাপম |
| ২৪। | সাউথ ইষ্টর্ন যুথ এসোসিয়েসন | খোংজোম |
| ২৫। | সোসিয়েল দিভেলপমেণ্ট এথলেটীক ইউনিয়ন | তেকচম |
| ২৬। | তেন্থা ওরিয়েন্টল যুথ এসোসিয়েসন | তেন্থা |
| ২৭। | শঙ্গাই যুম্ফম স্পোর্টিং এসোসিয়েসন | শঙ্গাই যুম্ফম |
| ২৮। | মুহম্মদন যুথ রেলফিয়ার স্পোর্টিং ক্লব | সোরা |

দি. এজ. এঃ ককচিংগী লৌচিং মখাদা শক্লাইরবা শাম্নরোই কয়া পুথোক্লকপগা লোইননা ককচিং অমসুং খুল্লোম্নবা খুঙ্গংশিংদা শাম্নবগী তোঙান তোঙানবা মখলদা ট্রেনীং ফংলবা কোচ ওইবদা মতিক চারবা দিগ্রী অমসুং দিপ্লোমা হোলডরস কয়াসু থোরক্লে। শ্রীয়েঙ্গ্রেস্বম মোহেন্দ্রো সিংহ সুমাক লৈকাইদা লৈবনা ফুটবলগী এন. আই. এসঃ কোচ ওইবা ককচিংগী অহানবনি। মখাগী টেবলসিদগী ফিজিকেল এডুকেসন্দা ট্রেন তৌরবা মীওই-শিংগী মশীং খঙবা ঙমগনি :–

| সে নং | কোর্স | মুপা | নুপী | অপুনবা মশীং | থবক তৌদ্রিবা |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | এম. পিঃ এদঃ | ২ | x | ২ | x |
| ২। | বি. পি. এডঃ | ৪ | x | ৪ | x |
| ৩। | সিঃ পি. এডঃ | ১১ | ৩ | ১৪ | ৬ |

ফিজিকেল এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েসন ককচিং : শাম্ন-খোংবগী চাওখৎনবা হোৎনব-গা লোইননা নহারোলশিংবু অকবা লমচং শাজৎ চেন্নবা অমসুং মশা ফনবগী শাজেন শাম্নব দা লমজিং পীনবগীদমক সংস্থান অসি শোক ১৯৭৯ দা লিংখৎখিবনি। হকচাং ফনবগী শা-জেল কয়া চাং নাইনা শাম্নহন্দুনা পাঙ্গনবা নহারোল কয়া ককচিং অমদমসিদগী পুথোকপনা সংস্থান অসিগী অচৌবা পান্দম অমনি। হাম্ননা ক্লব ক্লবকী ওইনা লৈরম্নদগী সংস্থান অসি ফিজিকেল একসরসাইজ তৌবা মীওই খুদিংমক্লা অপুনবা এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বর ওইখি। ওল মনিপুর বোদি বিলদিং এসোসিয়েসন ইম্ফালনসু শকখঙলবা সংস্থান অমনি। চহি খুদিংগী মনিপুরদা পাংথোকপা মশা ফবা তাম্নবগী থৌরম কয়াদা শরুক য়াহনা লাকলি অমসুং মঙ্কোক থোংবা ঙমগ্রে। মখাদ পীরিবা রাবোল অসিদগী ককচিংগী ওইবা শক্লাইরব শাজেন শাম্নবা নহারোল অনিনা য়াওখিবা কনটেষ্টশিং অমসুং ফংলকখিবা মীঙচৎ খঙবা ঙমগনি।

| সে. নং। | মিং | লৈফম | মংখিবা মিংচৎ | শোক |
|---|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীকৈক্রিময়ুম গুনাধর সিংহ | ককচিং মমাই লৈকাই | মিস্টর মনিপুর জুনিয়র | ১৯৭৭ |
| | „ | „ | মিষ্টর মসলমেন মনিপুর | ১৯৭৮ |
| | „ | „ | মিষ্টর ইষ্ট ইণ্ডিয়া ( সেকেণ্ড ) | „ |
| | „ | „ | মিষ্টর এটলাস, ইণ্ডিয়া ( থার্দ) | „ |
| | „ | „ | মিষ্টর মসলমেন মনিপুর | ১৯৭৯ |
| | „ | „ | মিষ্টর মনিপুর | „ |
| | „ | „ | মিস্টর এটলাস ১মুং মিস্ট ইষ্ট ইণ্ডিয়া ( রনরস অপ ) | „ |
| | „ | „ | মিস্টর ইস্ত, ইণ্ডিয়া ( সেকেণ্ড ) | ১৯৮০ |
| ২। | শ্রীনাওরেম কৃষ্ণমুহোন সিংহ | পাঙ্গি লৈকাই | মিস্টর মনিপুর অমসুং মিস্টর মসলমেন | ১৯৮০ |
| | „ | „ | মিস্টর মনিপুর | ১৯৮২ |
| | „ | „ | মিস্টর ইণ্ডিয়া ( ৪শুবা পোজিসন ) | „ |

শ্রীনাওরেম কৃষ্ণমুহোন সিংহ, বোডি বিলডীংদতা নত্তনা অতৈ শান্নবা মখল ফুটবল কবাদি, রেষ্টলিং অমসুং এথলেটিকতসু শক্লাইরবা শাররোই অমনি। এসোসিয়েসন অসিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরি মথংশিংনা শ্রীএমঃ মুকুন্দ সিংহ অমসুং শ্রীকৈক্রিঃ গুনাধর সিংহনা ওইরি।

মথক্তা পীরিবা এসোসিয়েসন অসিগী মিং ‘ ফিজিকেল কলচর এসোসিয়েসন ’ হায়না শাথীবু।

একাতিক ক্লব ককচিং : ঈরোইবা অমসুং অতৈ ঈশিংদা শান্নবগী মথল কয়াদা নহা শান্নরোই পুখোকপা শুন্নবা শোক ১৯৮২ দা লিংখৎখিবা ক্লবনি। ক্লব অসিগী থৌশিল মখাদা মনিপুর রাজ্যগী ওইনা পাংথোকখিবা কম্পিটিসন কয়াদা শকক মাকুববা অমসুং পোজিসন ফংগ্রবা শান্নরোই কয়ামুক পুথোকপা ঙমলে। জাতিগী থাক্ত পাংথোকখিবা এজ গ্রুপ কম্পি-টীসনশিংদসু মনিপুরগী মীহুৎ ওইনা শকক মাকুহনা পোজিসন ফংগ্রবা নহা ওইরিবা শান্ন-রোই কয়া অমসু লৈরে। মখিং পনবা মাব খরদি— এন: রাজেন সিংহ, কেত্রিঃ রামধন, সনাজাওবা অমসুং জয়কুমারনি। ঈরোইনবা পুখ্রি ( Swimming Pool ) অমতং ক্লব অসিনা সরকারগী মতেংগা লোইননা ককচিংদা থম্বা ঙম্নবদি একাতিক গেমস মথল কয়ামুক লমদম অসিদা উহনবা ঙকখনি। ক্লব অসিগী প্রেসিডেন্ট সেক্রেটরি মথংশিংনা এম, মুপোন সিংহ অমসুং এন, নরজিৎ সিংহ নি।

খা-কংলৈ কাং এসোসিয়েসন ককচিং : এলহৌউদগী লৈরকবা মশান্না কাং মনিপুরদা নংতনা পৃথিবীগী মতৌ মখল অকোন্দা উবা ফংগ্রিবা মনিপুরগী লেমজনিঙাই অমসুং চাও-থোকনিঙাই ওইরবা অমনি। মশান্না অসি থৌবাল জিলাগী খুঙ্গংশিংদা শান্নবগী ঈহৌ অসি মপুং ওইনা খা-কংলৈ কাং এসোসিয়েসন ককচিংদা দায়িত্ব লৌহনা শন্দোকখি। সংস্থান অসি শোক ১৯৮০ দা লিংখৎখি লোইননা ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েসন্দা এফিলিয়েট তৌগ্রে। চহি খুদিং এসোসিয়েসন অসিগী থৌশিল মখাদ তুর্নামেন্ট কয়া পাংথোকলি। তুর্নামেন্টশিং অসিদা ইম্ফাল অমসুং থৌবাল জিলাগী মনুংদা লৈবা কাংখুৎ কয়ামুক্তা শকক মাই। পাংথোক্লিবা তুর্নামেন্টশিংদি ১। এসোসিয়েসনগী নোক আউত তুর্নামেন্ট অমসুং ২। গুলাপসিং মেমোরিয়েল অসিনি। মশাগী ওইনা পাংথোকপা তুর্নামেন্টশিং অসিদা নংতনা থৌবাল জিলাগী খা-থংবা শকতী খুঙ্গংশিংদা খুদম ওইনা ইরেংবন্দ, বাবগাই, হিয়াংলম, এলাংখানুপোকপীদা পাংথোকপ। তুর্নামেন্টশিংদসু এসোসিয়েসন অসিনা কো: ওপরেসন পীহুনা মশান্ন অসি মাইংগ অয়োমদা চাওখৎনবা পুক্নীং চংলি। শ্রীএম. খোমেন্দ্র সিংহনা প্রেসিডেন্ট অমসুং এন, অতো মৈতৈনা এসোসিয়েসন অসিগী সেক্রেটরি নি।

বোক্সিং এসোজিয়েসন ককচিং :— বোক্সিংগী মশাগী পাময়বা নহাশিংগী সংস্থান ওইনা শ্রীএম মুকুন্দ সিংহ অমসুং শ্রীক্ষেত্রিমযুম শমু সিংহ না মথংশিন্না প্রেসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটারি ওইদুনা শোক ১৯৮২ দা লিংখৎখিবনি। অতেনবা মতম চহি অনীরোমদিগী মনুংদা শ্রীথাংজম তোম্বচৌ সিংহ শান্নরোই অনিগী কিচিং মখাদা বোক্সংগী প্রাকটিস তৌদুনা ষ্টেট লেভেলদা পাংথোকখিবা কম্পিটিসন্দা শান্নরোই কয়া শরুক য়াবা ঙমলে। শোক ১৯৮২ অমসুং ৮৩ গী ইম্ফালদা পাংথোকখিবা কম্পিটিসনশিংদা শ্রীতোমবচৌনা লুচিংদুনা চিত্তরঞ্জন, অজাদ বিরলা, চন্দ্রকুমার, রনবির তোম্বা অমসুং ইবোমচা শান্নরোইশিংনা বোক্সিংগী তোঙান তোঙানবা মখলশিংদা শরুক য়ারুই। শ্রীতোমবচৌ সিংহ শোক '৮২ দা সেমি ফাইনেল ফাওবা কাখি অমসুং শোক '৮০ গী কম্পিটিসন্দা ফাইনেল শান্নখি।

### ভলন্টরি ওর্গানাইজেসন

অরাঅনা তারবা মীওইশিংবু তেংবাংনবা অমসুং য়াইফবা সমাজ অমা পুরক্নবা কখোকপগা লোইননা মীওইবা জাতিগী সেবা তৌনিংবগী পুবচেল খোইজেল চেনবা নুপামচা নুপীমচাশিংগী সংস্থান কয়া পৃথিবী শিনদা থুংনা লৈরি। মনিপুরগী খাং-থংবা মাইপৈ ককচিংদসু অসিগুম্বা ভলুন্টরি ওর্গানাইজেসন অমা লৈবগী তঙাই ফদবা ফাওরদুনা খা-মনিপুর বোইজ স্কাউট অমসুং গার্লস গাইড এসোসিয়েসন কৌবা নুপামচা অমসুং নুপীমচাশিংগী সংস্থান অমা শোক ১৯৬৪ দা লিংখৎখি। অহানবা ওইনা ককচিং হায়স্কুলগী ছাত্র নুপামচা ২৫ থকুনা শ্রীএম মুকুন্দ সিংহ না স্কাউট মাষ্টর ওইনা হৌদোকখিবনি। সংস্থান অসিনা ভারত স্কাউট এণ্ড গাইড নিউ দিল্লিগী নমুনাদা শেমগৎপনি। হৌজিক ফাওবদা পুম্নমক নুপাচা অমসুং নুপীমচা ৩৫০ দগী তাদনা সংস্থান অসিনা ট্রেনিং পিগ্রে। লোইননা ককচিং খুনৌদসু মসিগী শাখা অমা হাংগ্রে।

সংস্থান অসিনা পাংথোকখিবা শিংথাবা য়াবা সমাজ কল্যান ওইবা থবকশিংগী মনুংদা খ্যাইদগী মরু ওইবা থবক্দি শোক ১৯৮১ গী আগস্ট তাং ২০ দা মোঙ্গে চেনবা বস এম এন এস ৮৩৪৫ অমসুং চংলিবা চহিসিগী ওক্টোবর তাং ১৬ দা মোরেহ চেনবা বস এম এন পি ৭৫৮৪ গুম্বং চংদুনা আক্রিক কয়া শিখিবা অমসুং অশোক অশন য়াওখিবশিং অহু পুথোক পুশিন তৌদুনা অমকপ হোসপিটালশিংদা লাইকমথ হোংনখিবা থবকশিং অমনি। শিক্ষিব অঙাংশিং অদুনা অকি অথং লৈতনা অহানবগী এসিদেন্টতা অরা অনা তারবা কয়াদুগী সেবা তৌখিবা

কংথোকপগী পুকচেল অমসুং থৌনাবু শকথঙবিব ওইনা মনিপুর সরকারনা খা মনিপুর বোইজ স্কাউট অমসুং র্গালস গাইড এসোসিয়েসনদা লুপা ১০০০ (লিশিং) অমথক মতেং পিরকখি। মোইননা শোক ১৯৮১ গী ঈশিং ঈচাউনা শোকহনখিব অমাং অতা কয়াগী তেংবাং ওইনবা চিফ মিনিস্টরগী রিলিফ ফন্দদসু লুপা ৪০০ (চাম্মরি) থক পত্রিকতগী থাইহুনা সংস্থান অসিনা দান তৌখি।

# ৬

## খুৎ-শা হৈবগী থবক অমসূং লল্লোন ইতিকী ফিভম

মহৌশানা লৌউ-শিংউগী থবক্তা মপুং ওইবা খুঙ্গংগী লমশিংদ খুৎ-শা হৈবগী থবকশি লৌ-শিংগী থবক লোইশিল্লক্লগা অহাংব মতম মেনশিন্নব শুব ওইনা তৌই। পোৎথোক য়াম্না লৈব শেন্দোং য়ামনা তাম্নবগী য়াথলস্নু অতুক হাক্লা লৈনদে। ইমুং মনুংগী মতম মতমগী দরকার লৈব মরুওইনা শেংন চানব ফি-রোল শাবগী থবকশিনা মপুং ওই। উ শুব ফুরিৎ তুব অমসুং য়োংশুবন চিংব শিনফম কয়ামরুম লৈরবসু মসিমক্লা পুন্সিগী হিংনবগী শিনফম ওইনা পাইথৎলগে থনব শিনমী ইয়াম য়ামদে। মীশিং হেনগৎলকপ্না মরম ওইদুনা শুফম চৎফম শিব গুন্নক্তব অমসুং লৌ উনব লম মরাং কাইন লৈরক্তব ফিভমশিং অসিদগী তঙাই ফদনা মতম কুইনা শিক্লরবা অপিকপ শিনফম কয়া লৌহৌনা অমুক হিংগৎহন্দুনা খুঙ্গংগী অর্থিক জিবন ফগৎনব অমসুং থবক ফংদবগী পোৎলুম য়াংহন্নবা খোঙথাংদ চংশিন্নদব য়াদব মতম অমা লাক্লে। থবক শুফম লৈতবদগী শেল থুমগী ফিভম শোকচিল্লক্লব. লোইননা নহারোল-শিংন শেন্দবগী হোল্লিব স্বর. অপিকপ খুৎ-শা হৈবগী থবকশিং পাক শন্না লৌথৎনবগী থুদোং চাব ফংহল্লবদি থরগী মথৈ অরাব কোকহনবা ঙমগনি। সরকারনসু খু-শা হৈবগা মরি লৈননা পুথোকপা নিয়ম কয়াদ অপিকপ খুৎ শা হৈবগী থবকশিং অসিনা ভারতকী চাওখৎ খোঙথাংদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবসি পন্দুনা লাক্লী অমসুং খুঙ্গংগী লমদা মহৌশাদগী লৈরক্লব শীনফম কয়া হেন্না পোৎথোক লৈব অমদী থবক পীবা ঙম্ব ইউনীট অমমম ওইহন্নবা পুক্লীং চংলী।

মনীপুর রাজ্যগী ওইনস্ চীং অমসুং তমপাক্কী জীলাশিংদা ডীস্ট্রিক্ট ইন্দস্ট্রিজ সেন্তর (দী. আই. সী) কয়া হাংদোক্লুনা অপীকপ ইন্দস্ট্রিজ ইউনীতশীং থবক ফজনা চংথব ঙমনবা থৌরাং কয়া লৌখৎপ হৌরে। তোঙান তোঙানব শীনফম কয়াদ থরাই য়াওব শানমী কয়াগী ত্রেনীং পীকম ইন্দস্ট্রিজ ত্রেনীং ইন্সটীচ্যুট অয়াম্ব জীনাশাংদ হাংদোকখ্রে। লোইননা অপীকপ শীনফমশীংদি চাওখৎহনবগী কেমপেইন কয়াস্ মনীপুর শিনব থুংনা পাংথোকখ্রে। অসুমনা লৌখৎলক্লিব থৌরাংশিং অসিগী মরুওইব পান্দমদি খুং-শা হৈবগী থবক্ত থঙ-হৈরবশিংনা সরকারগী ওইব থবক থিবগী মতুংতা (মশাগী মরম্মাই থবক-শুনোম্নবগী কারখানা লিংখৎলুনা) শেল থুমগী মতেং অমদি ইউনিট অহু শেমগংপদা চংগদবা মচাকশিংহু সরকারদগী অভাব মমলদা লৌনবগী খুদোংচাবশিংহু ফংহন্নবনি।

১৯৭৮-৭৯ দগী ডী. আই. সী মথং মথং ডীস্ট্রীক ৬ তা লীংখৎলকখি। ডীস্ট্রীক খুদিংদা ভারত সরকারগী পান্দম অমগী মতুং ইন্না মরুওইনা অপীকপ খুং শা হৈবগী থবক চাওখৎহন্নবা, থবক ফংদবা মী অয়াম্বদা খুদোং চাবা পীবা ইন্দস্ট্রীগী থবক পাক শন্না পাইখৎপ, খুঙ্গংগী শিনমীশিংগী থবক শুবগী হৈ শীংব হেনগৎহনব অমসুং মফমসীগী মরাং কাইনা ফংব লৌউ-শাংউব অমসুং উমংদগী ফংবা মচাক শাজিন্নবা ঙম্নবগীদমক ডী. আই. সী গী থৌরাংশিং পাইখৎলকখিবনি।

মাংলমচংকী ইতিহাসতা ককচিং য়োংশুংব অমসুং য়োংকী পোংথোক কয়া পুথোক্লবগীদমক মমিং চৎপ মফম অমনি হায়না শিংথানরম্ব অরিব লাইরিক কয়াদ থেংনৈ। অসুমনা রারানরম্মী মতুংদি ককচিংগী য়োংথিনচৈনা থিন্দুনা য়েংবদা করিশুম্ব মফম অমদা য়োংশুংব য়াবগী মচাক লৈরবদি য়ুম শারম্লবস্ থুদেকপদা অথিংব পিরমদে। ককচিং খুন্থোকলোনগী মরমদা কুপ্না নৈনরবা অথঙ-অহৈশিংনস্ খুন্দা লৈতাগী মফম লেপ্লদা য়োং ফংগদবা মফম থি-থিহুনা খুন্দারকপগী রাকম পল্লি। খম্নাংব হরাওবগী অকুপ্না রারোল কয়ামুক্তস্ য়োং থাং অতৈ খুংশু খুলাই মরাং কাইনা শিজিন্নরঙ্গী রারী লৈরিবনি। মসিগী খুদমদি— হৌজিক ফাওবদা ইবুধৌ খম্নাংব হরাওব খুদিংগী চহি চা কয়াদগী লাইবুংদা তেক কাইহন্দনা থম্লিব খুন্থোকচৈদগী লোইনরক্লবা য়োং থাং লিক কোল ১স্থুং অতৈ লৈতেংগী ওইব পোংশক কয়া লাই লমথোকপদ পুহুনা চংলিবসিনি। পুথোক্লম্ব য়োংকী চাং মঙন অমসুং খুংশু খুংলাইগী মথলশিং রিকোর্দ লৈয়মজ্রবস্ লৈরম্লিব অরিব পোংশকশিং অমসুং রারি কয়াসিনা তাকপদি ককচিংদা খুন্দারম্বা থাইনগী অহল লম্মন অয়াম্ব য়োংশুংবগী থবকসি খুংশা হৈবগী মরুওইব থবক অম ওইনা পাকশন্না চংথরমই।

অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদগী ককচিংদা য়োং অমদি অতৈ কোনচাক্কী পোংথোক মরাং কাইনা পুথোকপ হৌরকখি। হায়রিবা য়োং থিব অমস্তুং শুংবগী থবক্তা হৈনরকপনিনা লাল মনুংদা হুন্দোক্লম্ব হৱাগাড়ি পার্টস, য়োংতেক, থাংতেক এরোপ্লেন মশা অমস্তুং পোক খাইত্রবা বোমনচিংব চাংনুং মানুংদগী খোমজিল্লগ শুংদোক্লবা থাতুশিং অহুনা মীওইবগী কান্নগদবা পোংশক কয়ামুক শারম্মী। ইমুং মনুংগী কোল লিক অতৈ লৈতেংগী ওইবা সিলভরগী পোংথোক কয়াম্ মতম অদুদগী পুথোকপ হৌখি। অচৎকপ রাকম অমন কোনচাক থৰ চৎপ কাংবুগী থৌনা মস্তুং লৌশিং অহুনি। বোম অমস্তুং নোংমৈ মরু শাবগী থবক্তা হায়রান করিস্ন্ থত্তব্রিব মখোইনা পোকথাইনিত্রব বোম অমস্তুং মরুশিং খোমজিল্লগা ইচম চম্না খুংলাই মুংথং অমা পায়রগা পুগাইরদুনা মমল য়ামনা থাতু কয়ামুক শুংদোক্লসগী থবকশিং তাবদা অচুকপ অমস্তুং কি ভুজুংনিঙাই ওইরি। ককচিংগী নোংপোক্তা কিঃ মিঃ ৩ রোম চংলগা লৈরা লাইফম লোকনুং হায়রিব মফম অসি মতম অহুগী মরুওইব কোনচাক থিকমনি। অশি অনা অমসুং অশোক অপন য়াওনরকপদগী মমংদা কোনচাক থিবগী থবকসি থাদোক্লখি অহুনা সরকাররম্ম মসিগী থবকসি থিংখি। অদুম ওইনমক মমিং মনা শিংব খুংশা হৈব মীওইশিংদি লাল মনুং অমসুং মতুংদা উহৌব পোংশকশিংগী মতৌ তমহুনা মরু ওইনা হৱাগাড়ি, নোংমৈ অতেকপ খোমজিন্দুনা পানখংপা শেমজিন শাজিনবগী থবকফাও মরম্মাই হৈনব হোংনজরম্মী। মোটোর মেকানিকেংগী মরমদ অমসুং নোংমৈ শাবগী থবক্তা অথংঅহৈ ককচিংদা লৈরমলিবসি অনিশুব লানজাও থেংনহৌবদগীনি হায়ব য়াই।

ভারতনা হ রুজ কংলক মতুং চহি মঙাগী চাওখং থৌরাং পাইখৎলকপ মতমদা লৌউ শিংউমী থবক্তা লোইননা অপিকপ খুংশা হৈবগী থবকশিং খুদম ওইনা ইয়োং ফি শাব উ শুব য়োংশুবনচিংব খুঙ্গংগী লমশিংদা চাওখৎহনবগীদমক কুম্যুনিটি ডিভেলোপমেন্ট ব্লোকশিংদ মেলানচিংবা পাংথোক্লুনা অরুনবা কেমপেইন অমা চংথখি। মতম অহুদা ককচিংদা খুং-শা হৈবগী শিনফম মরু ওইনা উ শুব, য়োং, শিলভরগী কোল-সিক হৈব অমস্তুং নোংমৈ শাবনা ওইরম্মী। ইয়োং ফি শাবগী থবক্তি য়ুমথোংগী তৌদব য়াদবা থবক অমা ওইনা লৌনরম্মী। ইমুং মনুংগী শেংজাংবগী ফি রোলতমক শানরম্মী। লল্লোন ইথিকী ওইব কাংলায়ব অরু অহেমগী ফি য়োলগী পোংথোক ইরৈ লৈরমদে। মমাং চীং হায়রমা থঙমবা মোংপোক্কী চীংলাং অসিদা লৈব মরিং খুঙ্গংশিংদা লশিং মরাং কাইনা কংলম্মী অমস্তুং ককচিং কৈথেলনা মখোইগী য়োনফমমি। খুংনা মোইথাপ নাইরগা শাব লশিংগী পোংথোক্তি মংজম খুদে, চৌথোকচিংবনি। য়েক্লোইঙবদগী লৈরক্লব শিনফমশিংসি নত্তবা অনৌবা শিনফম কয়া পুশিনলক্লুনা

চাংয়েং তৌখিব অমসুং মনিপুরগী মপান্দগী ইন্দস্ট্রিজ বিভাগকা মরি লৈনবা অচৌব ওফিসার কয়াগী মীৎয়েং চিংশিনব ঙমখিবা লমদমসিগী লৈখিত্রবা ইন্দস্ট্রীয়েলিস্ট অনিগী ইচং থৌরবা থবকশিং নৌহৌনা নিংশিংলগা লৈনবদ তশেংনমক পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইগনি। খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা অচৌব লময়ানবা ওইনস্সু ইকাই খুমনকম থোকই।

লৈখিত্রবা ইন্দস্ট্রীয়েলিস্ট অনিহুগী মমিংদি .— (১) গোতিময়ুম ভুখোই শর্ম্মা অমসুং (২) নাওরেম ভুবন সিংহ নি। মখোই অনিনা মাই পাকনা পাংথোকখিব খুৎ-শা হৈবগী চাংয়েং শিংদি :— ১। নুঙ্গাইদা সেকমাই তুরেল থিংগৎলগা পানিচক্র পান্দুনা ঈশিংগী শক্তি মীওইবগী কান্নবা থবক্তা শিজিন্নখিব। ২। ককচিং খুলেন ইয়ুথৌ থমলাংবগী হোজং ময়াদ হিন্দি স্কুল অমা লরম্মী। মহুদা হায়ড্রো ইলেক্ট্রিসিটীগী লম্নাই ইউনিট অমা মখোই অনিগী লীচিং মখাদা লিংখৎলম্মী। মনিপূরদ লম্নাই মীওইনা পাম্নখৎপা বিজলি মীনবগী অহানব প্রোজেক্টনি। প্রোজক্ট অহু ককচিং ঈথৈ লৌখোংদগী ঈশিং থৈদোক্লগা মথক্ত পনখিব মফম অসিদা ঈশিং রাংনা পুখৎলগা থাদফম শেমহুনা অচৌবা চক্র অমনা উংহন্দুনা জেনেরেটর পানশিল্লগা ইলেক্ট্রিসিটি লৌবনি। মহুদগী ফংলকপ পরার অহুনা মতম অহুগী ককচিং বাজার গী দুকানশিং অমসুং অতৈ কনজুমরশিংদা মৈ নিংথিজনা পীবা ঙমলম্মী। থবক অসি শোক ১৯৫৬ তগী হৌহুনা চহি খর মাই পাক্লা চৎলম্মী, লোইনবা ভারত সরকাকরগী ইকট্রক্টর হাইদেল পরার ওফ স্মোল ইন্দস্ট্রীজ নস্সু মফম অসিদা লাক্লুনা প্রোজেক্ট অদুগী রাকীং য়েংবী-রম্মী অমসুং পুক্নীং থৌগৎনিঙাই ওইব রাকৈ কয়ামুক ভিজিট বুক্তা ইবিরম্মী। হৌমৈথংদা প্রোজেক্ট অহু মনিপুর সককারগী অথিংবা অমদগী থবক লেপখি। সিল্পকার অনিসি লাইরিক হৈতে, ইব-পাব নিংথিজনা থোক্তে, অহুবু তৌথোরকপ থবক্তদি য়ামনা বিজ্ঞানিক ওইবা রাখল ১ম্পুং মচাক য়াওই। গোতিময়ুম ভুখোই শর্ম্মা ককচিংগী ওইন অহানব ইনষ্ট্রুমেন্টল ম্যুজিকাসয়ান অমনি অমসুং মশামক্তা ম্যুজিকেল ইনষ্ট্রুমেন্ট কয়ামুকস্সু শারম্মী। নাওরেম ভুবন সিংহ মশাগী লম্নাই থবক্তা য়ামন। চিঙ্গরবস্সু লৈবাক্তী ওইবা রাজনিতিগী নৈনবদস্সু থরাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্তা য়ামনা নুংশিনা তিম্নজরম্বা রাজনিতিগী মীশক্তি শ্রীপোংশংবম তোমাল সিংহ, আইঃ এনঃ এঃ গী ক্রিদম ফাইটরনি।

নাওরেম ভুবন সিংহ খাইনা সনাশাবা ভুবন হায়রগস্সু খঙনব খুৎ-শা হৈরবা সিল্পকার অসিনা পুন্সিচুপ্পা মশানা পামজব অমসুং হৈনজব শিনকম কয়া মরম্নাই অমাং অতোং থিদনা চাংয়েং পাংথোকখি অমসুং সরকারনা পাংথোকখিব মেলা কয়াদ মশাগী পোংথোক উৎহুনা সার্টিফিকেটনচিংবা ফংলকখি। মখাদা পীরিবসি মহাক্তা পাম্নখৎলম্বা থবকশিং খরগী শম্নপা রিকোর্ড অমনি।

শোক ১৯৫৬গী অক্টোবর থাদ শাংথোকখিব থৌলা অমদা অকমনিদ শাব লোংবৈ (কহিখেল গন) উংশগী কাষ্ট ক্লাস সার্টিফিকেট ওক থেরিতখিবা। শোক ১৯৫৭–৫৮দা নৌবাল ক্লোতা শাংথোকখিব লৌউ শিংউ অমসুং পুং শা হৈবগী মেনাদসু এলুমিনিয়মগী কোল লিক হৈনবগী লৈরঙ ১সুং পুখোক্কুনা উংখিব শোংশিংগীনফকসু মখা কর্খি।" শোক ১৯৫৫গী নবেম্বর তারিখ ১৪দা ভারত সরকারগী খোনল ইন্দষ্ট্রিজ সার্ভীস ইনষ্টিটিউট কী ওফিসার অমা কঙচিংদ লাক্লুনা মহাকী নোংমৈ শাবগী কারখানা য়েংলুখি অমসুং রেকর্ট অমা ইরিকখী—
"I have seen the works of N Bhubon Singh with interest. Their guns seem to be good but some arrangments for seasoned wood for the guns should be made I am very happy to know that they are prospering in the business." শোক ১৯৫৭ জুলাই থাদ ভারত সরকারগী এস, আই এস, আইকী এসিষ্টেন্ট ডাইরেক্টর কলকত্তাদগী লাক্লুনা কেগে থাবা, তিন য়োকপ অমসুং মুলাগী শোংথোক লৈনবা হোংথরা খর্কাশংহু য়েংলখী। H. C. Desappa, M. P. নু মার্চ. তাং ১৬, ১৯৫৯ দা লাকখি।

শোক ১৯৫৯ দগী হৌরগুনা শোক ১৯৬১ কাওব যুম কুপ্পবা য়াম্না কনবা অমসুং থৈ জংদবা শোংশক অমা শাজনবা হৰবনা কণ খিজিন খোপ্টিনবগী থবক অমা চংথখি। মাগুলিক শোংশক অসি আজবেষ্টোস হায়না খঙই। আজবেষ্টোস শাবগী চাংয়েং অসি শোক '৬২গী য়োমলাকপদা শোথোক পুথোকপা ঙমখি হোৎনবহু যাই শাকখি। মে থাগী তাং ১৬, ১৯৬৪দা ডাইরেক্টর ওফ এস আই এস আই অমাম গৌহাটিদগী লাক্লুনা মহাকী আজবেষ্টোস শাবগী থৌরাংশিং য়েংবিখি অমসুং পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইরব ৱাহৈ কয়া ইরিকখী। শোক ১৯৬০ দা শাংথোকখিবী খোম স্কেল ইন্দষ্ট্রিজগী মেলাদা আজবেষ্টোস মপাক ১সুং টাইল শাক্না উংশীদমক সার্টিফিকেট ওফ মেরিত কথি। শোক ১৯৬৬গী ফেব্রুয়ারি তাং ১৮দা কঙচিংদ মতম অহুগী চিফ কমিসনর শ্রীবালেশ্বর প্রসাদ লাক্লুনা মতমদা নাওয়েম ভুবনগী আজবেষ্টোস শাবগী থবকশিংহু য়েংবিবা মতমদা থাবি মী লোইননা নোট অমা অহুমনা ইরিকখী— "To set up a proper manufacturing unit for Asbestos sheeting a regular scheme had to be worked out ............ the cost of raw materials, its availability and supply, cost of production sale price etc. We need roofing materials in large quantity and this can well prove a substitute for scarce supply of G C I. sheets. Shri Singh has enterprise in him but it needs to be planned and utilised. I have advised him to formulate a proper scheme for this venture before Govt. can further examine to advance and invest more loans."

শোক ১৯৬০-৬১ দা খাদি এণ্ড ভিলেজ ইন্দস্ট্রীজ মেলা ইম্ফালদ পাংথোকখিব অমদা লং নাইনবা অনৌব তরেং অমা শারগা উংপগীদমক স্পিসিয়েল প্রাইজ ফংখি।

লৈখিদ্রবা সিঙ্গকার অসিনা মশাগী পুন্সি লোইরমদাই চহি খরদি ত্রিক ফিলদ, শাহনা চেক্কী কারবার ফজনা চৎথরম্মী। অনৌব থবক কয়া থিজিনবদা চোকথব লৈখিদ্রব ইন্দস্ট্রীয়েলিষ্ট অসিনা শোক ১৯৮১ দা ওল ইণ্ডিয়া হেন্দিক্রাপ্তস চয়োল পালন ককচিংদা ডি: আই: সি ইম্ফালনা শিন্দনা পাংথোকখিব থৌরম অমদা মশাগী অরোইব চাংয়েং হিরা মনিমুক্তা মমল য়াম্লব থুং ককপগী থবক মীয়ামদা দিমোনস্ট্রেসন তৌহনা উংখি. লাইরিক লাইশু হৈরমদ্রবস্থু য়ামনা এন্টরপ্রাইজিং স্পিরিট লৈব মীশক অমনি.

উ শুব, ফুরিং তুবগী থবক অসিস্ত মহৌশাদগী লৈরক্লব শিনফমশিংনি। থবক তম্বগা লোইনব থবক পীব ওস্বগী খুদোংচাব লৈব অপিকপ শিনফমগী মনুংদা নহারোল লাইরিক তংহৌব তমহৌদবা পুরুমক্কা পামনরিব খুংশা হৈবগী থবক্কি। শক্নাইরব উ-শুবগী (মিস্ত্রী) অহল ওইরব মিস্ত্রী কয়ামূক লৈরি। মখিং লৈরব খরদি— শ্রীনাওরেম বাকুনি সিংহ শ্রীমোইরাংথেম গেরুনি সিংহ, শ্রীনোংমাইথেম ধনঞ্জয় সিংহ নি। শোক ১৯৬০ অমসুং ৮৩ আইদেল রুদ রার্কস ককচিংগী মিংদা শ্রীনোংমাইথেম ধনঞ্জয় সিংহ মিস্ত্রিনা মনিপুরগী অমসুং থোবাল ব্লোক্কা ওইনা পাংথোকখিব মেলা কয়াদ উগী ফর্নীচর উংখিবগীদমক সার্টি-ফিকেটশিংচিংব ফংলকখি। মথোই অয়ামবা মশা মশাগী সেবক শাখা কয়া পুথোক্তুনা লৈকাই লৈকাইদা উশঙ লিংখৎহনা শেম্ঘোক লম্বী শেম্বিগ্রবা ওাক্তনি, ফুরিং তুবগী শিনফম অসিদি নত্তা থুপামচাদ নঙনা নুপীমচা থবক শুব অমসুং তম্বগী মশাং য়ামনা লৈরে। ককচিং বাজারগী অকোয়বসিদ তুকান অমসুং কোনশঙ, হাংদোক্লগা থবক শুরিব মফম ২০গী মথক্তা লৈ। শুবদা হৈ-শিংলব কালিগর কয়া অমসু ইম্ফালদ অমসুং মনিপুরগী মপান্দা কোহিমা, শিলোং শিকিমনচিংব সহরশিংদা থবক শুরি। লোউশিংউগা মরি লৈনবা য়োংকৌ খুজু-খুংলাই শাবা অমসুং শেম্বগী থবক্তা ফজনা ট্রেনিং ফংলবা অমসুং পোংথোক পুথোকপ্রবা সরকারনা শকখঙলবা খুংনাইবশিংদি—এন, লবঙ্গো সিংহ অমসুং রাই, মীজাও সিংহ নি।

খুং-শা হৈবগী থবক্কা মরি লৈননা অনৌব শিনফম কয়ামুক্তা নুপীমচাশিংনা য়ামন পামননা তমনরকপা অমসুং লম্নাই থবক শুফম শেমগৎচরগা শেম্ঘোক লম্বী থিদুনা ইমুং মনুংগী আর্থক অবস্থা ফগংনবা হোংনরকপসি য়ামনা পুক্সিং থৌগংনিঙাই ওইব শুচৎপগী লমদা চাওখৎলকপ অমনি। শিনফমশিং অহুদি অরু অহেনগী ফি লোনব য়েকপ অমসুং শামতুগী ফুরিং লোনব নচিংবনি। (এমব্রোইদরি রুল নীটিং রার্কস) সরকারগী ইন্দস্ট্রীজ ট্রেনিং

সেন্টরশিংদা নিংথিজনা তমলুরব অমস্তুং তম্বীব ওস্তম্ব মতিক চারব ইনস্ট্রক্তর কয়াম্স্ নৈরে। থবক্রশিং অসিদা পুক্লীং চংনরকপসি শোক ১৯৮০-৮১ দগী হৌরকখি। ট্রেনিং সেন্টর অমস্তু শোক ১৯৮২ দা লক্ষ্মী এমব্রোইদরি অমস্তুং বুল নিটিং ট্রেনিং সেন্টর কৌদুনা হাংদোকখি। সেন্টর অসিদ ট্রেনী ২০ দগী তাদনা থা ৬।৬ কী কৌসতা মিং চন্দুনা তম্মি। ট্রেনী অয়াম্ব ককচিং অমস্তুং নক্লব রাবগাই, হিয়াংলম কেন্দ্রগী মনুংচনব খুন্দংশিংদগীনি। সরকারনা শকখঙলব সেন্তর অমা ওইবনা ট্রেনী খুদিংদা ষ্টাইপেণ্ড অমস্তুং লোনবদা চংব লংনচিংব নৈনব শেলগী মতেং থরস্তু ফংই। হৌজিক ককচিংদা নুপীমচাশিংনা শুব এমব্রোইদরি অমস্তুং বুল নীটিংগী অপিকপ খুংশা হৈবগী ঈউনিট রেজিষ্টার তৌরব অমস্তুং তৌদ্রবা মশিং চাওরাক্লা ৫০ (য়াম্বে) মুক নৈরে। হৌজিক থৌজিক থবক চংথরিব ইউনিট ঙাক্তনি। থবক শুবগী মওংদি থর সিজনেল ওইরি। অদুম ওইনমক ইউনিটশীং অসীনা য়ামদ্রবদা নুপী মচা ১৫০ দগী তাদনা শীনফম অসিদা মতম থরগীত ওইরবস্তু থবক পীব ঙমলী। ফংশালোনশাগী থবক অসিদি ইমুং মনুংগী শিজীন্নবা শাব ওইনা তৌই, য়ামনা অরু-অহেনগী মমল য়াম্বা লল্লোনপোং ওইব য়াব পোংথোক্লী ইরৈ নৈত্রী।

চংলিব চহি অসিগী জুন থাদ মনিপুর সরকারগী ইন্দস্ট্রিজ বিভাগনা অপিকপ উদ্যোগ চাওখৎমবগী কেমপেইন অমা লাক্লম্বদা রেজিষ্ট্রেসনগীদমক্তা দরখাস্ত থাখিব শিনফমশিং নুপীমচাশিংনা শুব অপিকপ খুৎলাইগী থবক্লা অয়াম্বনি। শোক ১৯৮১ হৌগৎলকপদগী ওক্টোবর ৩১, ৮৩ ইং ফাওবদা রেজিষ্ট্রেসন তৌগ্রব ককচিংগী অপিকপ ইন্দস্ট্রিয়েল ইউনিটশিং মথাগী টেবলসিদ উংলি।

টেবল নম্বর ২০: শোক ১৯৮১-৮২ দা প্রোভিনেন্জল রেজিস্টার তৌখিব

| সেঃ নং: | ইউনিট মশীং | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১ | নিটীং | | ১ | ১ |
| ২ | বুইভিং | | ৫ | ৫ |
| ৩ | টেলরিং | ১ | ৩ | ৪ |
| ৪ | রাইস মিল | ৪ | | ৪ |
| ৫ | ব্রিক ফিলদ | ১ | | ১ |
| ৬ | কার্পেন্ট্রি | ১ | | ১ |
| ৭ | সাইকল রিপেয়র সোপ | ১ | | ১ |
| | | | অপুনব মশীং | ১৭ |

টেবল নম্বর ২০ : শোক : ৯৮৩ দা প্রোভিজেনেল রেজিস্টার তৌখিব

| সেঃ নংঃ | ইন্দস্ট্রিয়েল ইউনিট | নুপা | নুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১ | বুল নিটীং | x | ১০ | ১০ |
| ২ | এমব্রোইদরি | X | ৮ | ৮ |
| ৩ | টেলরিং | ৪ | ১ | ৫ |
| ৪ | বুইভিং | x | ৩ | ৩ |
| ৫ | প্রিন্টিং রার্কস | ১ | x | ১ |
| ৬ | কার্পেন্ট্রি | ৯ | x | ৯ |
| ৭ | আইরন এণ্ড ষ্টীল রার্কস | ২ | | ২ |
| ৮ | রিদিমেদ | x | ১ | ১ |
| ৯ | জুয়েলরি | ১ | x | ১ |
| ১০ | বেম্বু রার্কস | ১ | x | ১ |
| ১১ | কনফেকসনরী | ১ | x | ১ |
| ১২ | ওইল মিল | ১ | x | ১ |
| ১৩ | য়াশেল্পা | ১ | x | ১ |
| | অপুনব মশীং | ২১ | ২৩ | ৪৪ |

মরুওইব লম্নাই থবক শুকম শাকমশিং :

| ইন্দষ্ট্রী মথল | পোৎথোক | মশীং | থবক শুব মশীং |
|---|---|---|---|
| রাইস মিল | চেং | ৪০ | ১২০ |
| থাওগী মিল | অচাথাও | ২ | ৮ |
| য়াম আটাগী মিল | বেসোন, আটা. ময়দা | ২ | ৬ |
| উ থাইকম মিল | উপাক য়ুম্বী য়ুম শানবা উগী পোৎথোক | ১ | ৮ |
| ইঞ্জিনিয়ারিং য়ার্কসোপ | য়োংকী লৌউবগী থুংজু খুলাইনচিব | ১ | ৫ |
| মোটোর রার্কসোপ | মোটোর রিপিয়ারিং | ২ | ১০ |
| | অপুনবা | ৪৮ | ১৫৭ |

মথক্কী টেবলসিদ উৎলিব অশিকপ ইন্দস্ট্রিজ ইউনিট মথলশিং অসি নম্বর রেজিষ্ট্রেসন তৌদব লয়াই কারবারগী মওংদা শিনকম কয়ামুকস্ু লৈরি। খুদম ওইনা সনা শাব, মচি শেয়া, সাইকল শেম্বা নচিংবগী কারখানা/দুকানশিং অসিনি। ইলেক্ট্রিসিটী চাং নাইনা কংল-বদি ইলেক্ট্রোনিক ৱার্ক্স অমস্তুং লৌউ-শিংউগা মরি লৈনব খুজু খুংলাই শানবা অমনি শেমনবা কারখানা কয়া অমা লিংখৎপা য়ারগনি। ছিরমশিং অমিদা কজনা তমলুরবা খুংনাইব নহারোল মশীং কনা য়ামনা লৈরে।

শোক ১৯৮১ থৌগৎলকপদগী '৮৩ কাওবক্ তোঙান তোঙানব শিনকম পুম্না ইউনিট ৬১ প্রোভিজনেল রেজিষ্ট্রেসন তৌখ্রে। টাইপ রাইটিং অমস্তুং সোর্ট হেণ্ড তমনবগীদমক্তস্ু কম্মর্শীয়েল ইনষ্টীট্যুৎ অনি লৈরে। শিনকম অয়াম্বা লৈরব থৌবাল জিলাগী ওইনা লল্লোন ইতিক্কী মরমদস্ু ময়াই ওইরবা মফমসিদ সরকারগী ওইব ইন্দস্ট্রিয়েল ট্রেনিং ইনষ্টিট্যু অমা থমদুনা লাইরিক লাইস্ু হৈরব খবক কংজ্রিব মুপীমচা অমস্তুং মুপামচাশিং মশা মশানা পাম-জবা ট্রেদশিংদ ট্রেনিং পীনব থৌরাং তৌবিরবদি মশানা খবক শুজনবগী খুদোংচাব লৌব ঙমগনি।

# লল্লোন ইতিক্কী ফিভম

ইম্ফালগী মখংদা ককচিং সহর মনিপুর ভম্পাক্কী ওইনা খ্বাইদগী চাওব লল্লোন ইতিক্কী মরুওইব মফম অমনি। থৌবাল জিলাগী মনুংদস্ু খ্বাইদগী মীশিং য়াম্বা সহরনি। সহর অসিদা অয়ুক মুংথিল চাংনাইনা কাবা কৈথেল অনি লৈ। মখোইশুদি (১) ককচিং বাজার ১মুং নাওদম বাজারনি। কৈথেল অনিসিদ মনিপুরগী মফম অয়াম্বা লোইননা চৌংগী জিলা চান্দেলগী খুঙং অয়াম্বদগী ল্যাকপা লল্লোনব লল্লোনবীশিংগী পোৎ তিকফম অমস্তুং নোং-মগী লেপ্পুনা কৈথেল কাজরিবী ইমা ইবেনশিং চৌংমী তন্মী অনিমক্কী চায়া তানফম ওইরি। হায়রিব কৈথেল অনিমক ম্যুনিসিপাল বোর্দকী মনুং চয়া লৈবনি। কৈথেলশিং অসিদা চাওরাক্লা দুকান ৪৪৩ রোম লৈ। দুকান অমস্তুং মুপী পোৎফম পুম্না ৪৩ থক্তি ম্যুনিসি-পাল বোর্দনা কন্ট্রোল তৌই। অতৈদি লয়াই ডাক্তনি। মথক্কা পনখ্রিব দুকানশিং অসিনা লৌখৎলিব কারবারগী মরুওইব থবক্তি লং, ফি-রোল রোনব, হাদর্বায়র, খোঙ্‌জুপ রোনবা

সাইকল য়োলব-শেন্স, থুম-থাও, বুক এণ্ড স্টেটসনরি অচা-অংক য়োনব হোটেল, হিদাক য়োজনচিংবনি। লৌউ শিংউগা অরি লৈবগ পোথোক্কী লল্লোনপোৎশিংদি কো আলু মনা অশিং চু, মোরোক, থবাই, হংগাম থোইদিংমা মরুওইবনি কীগী পোৎংোক অমা ওইনা ককচিং কথেলদা মহৌশাদগী খুনগী কালেন নাইদনা ফংব অমামশিংদি পোক্কুমনি। ককচিং কৈথেল অমিদা ফংলিব ঙা মরুওইব মনা মশিং হংগাম কোবী, মোরোক, আলু, হরাইমাক-নশিংব অসিদ কৈরক রাবগাক, হিয়াংলম অমসুং খোইহুম লমজাওগী পোৎথোক্কা অমাখনি। মপান্দগী পুশিল্লকপ লল্লোনপোৎশিংদি থাক খুম ফিরোল হান্দ্রাময়রগী পোৎ চৈ, ঙারি, কা অমসুং মমল য়ম্না য়ৈহে য়াকৈ কয়ানা ওইরি।

লল্লোন ইথিল্কী অচোব মরুওইব মফম অমা ওইরক্লবসু ককচিং বাজারদা মনিপুরগী মপান্দগী ফি য়োলগী কারবার তৌব ময়াং মহাজনদি ইরে লৈতে। কোল-শিক, অঙাংগী অচা অথক য়োনব অমসুং অহাও অথুমগী হোটেল তৌব বেঙ্গলি, অসামিজ খরদি লৈ। ইম্ফালদ লৈব কম্পানিগী এজেন্ট ওইব মহাজনশিংনা চয়োলগী ওইনা মখল খুদিংগী মপানগী ওইব লল্লোনপোৎ হরাগাডিনা পুররকগা মফম অসিগী দুকান্দারশিংদা সপ্লাই তৌদুনা কারবারগী ওইব মরি থমৈ। হোটেলগী কারবার অসি মফমসিগী মীওইশিংনা ফজনা পায়খৎপ উদ্রি। মীয়াম তিংফম ওইরিব ককচিংগুম্না সহর অমদা হোটেলগী কারবার ফজনা তৌব য়াই। অপিকপ মতম মতমগী ওইব শা ঙা অমসুং কল্লি লিকর য়োনব ভেন্দর কয়ামুক অমদি লৈকাই লৈকাইদ অতুগ বাজারগী অকোইবদা মশীং ফনা য়ামনা লৈরে। সমাজদা অমাঙব খর লৈরবসু লৈত লাইর মীওই কয়ামুক্কীদি শিংনবগী অকব উপাই অমা ওইরি।

মশাগী কেপিটেল য়ামনা পুথোক্তুনা কম্পানিগী এজেন্ট ওইরগা হোলসেলদা পোৎ য়োনব গুম্নগী অচেব কারবাররবাসামক লৈরবসু রিটেল ট্রেদরস মখল শুনা লৈরে। হায়রিব রিটেল ট্রেদরসশিং অসিনা মফম অসিগী লৈব য়োনবগী দুকান ওইবতা নৎতনা চান্দেল জিলাগী লৈশেলশিংদসু কারবারগী দরকার লৈব পোৎ চৈ শুনা ফংহল্লি। দুকান্দার খরদি মশাগী ট্রক গাড়িনা ডিমাপুর অমসুং গৌহাটিদা থাহনা কারবায়গী দরকার লৈব পোৎ লৌথোকল্লরগা পৈশিন্দুনা থম্ন ঙম্নে। তশেংনমক হৌখিব চহি ৪/৫ সিগী মনুংদা লমদমসিগী ওইব লল্লোন ইথিল্কী একতিভিটীজ অমসুং ভোল্যুম ওফ ব্যুজিনেস ট্রানজেকসন অঙকপ কংনা চাওখৎলক্লে হায়ব য়াই। লোইননা এজেন্ট কয়াসু লৈরে। খুদম ওইনা (১) অসাম ওইল কম্পানী দিজল (২) অসাম ওইল অমসুং ইণ্ডিয়ান ওইল (কেরোসিন) (৩) বাটা সু অমসুং (৪) ইণ্ডিয়ান মেদ ফোরেন লিকর শোপ অসিনি।

করিগুম্বা মফম অমদা লল্লোন ইতিকী ফিভম ফগংলকপ অমসুং সেক্টর ওইরকপ হায়বসি মরুওইনা চংথোক চংশিনগী লমদম্সু অচৌব ষ্টেসন ওইবগী থৃদমনি। চংথোক চং শিনগী অমসুং লল্লোন ইতিকী ফিভম ফগংলকপগা লোইননা সহর অমা ওইবগী মওংদা চংশিল্লকই। ককচিং সহর মনিপুরগী মমুংদা থাইদগী য়াম্না বস অমসুং ট্রক গাড়িনচিংব চেল্লিব বরমা-শুগ্নু রোদ না ময়াই কাওতুনা চেনব মফম অমনি অমসুং থৌবাল জিলাগী ওইনম্সু ময়াই ওইব জংসন অমনি। ককচিংগা লম্বীথোং শমননা চংথোক-চংশিন তৌনরিব মরুওইব মফমশিং মথাগী টেবলসিদ উৎলি।

| লম্বী মথল অমসুং মীং | | অরাপ্পা | চেল্লিবা গাড়ী মথল |
|---|---|---|---|
| ১। ককচিং ইম্ফাল | ইন্দো বর্মা রোদ | কিমি ৪৫ | বস, ট্রক |
| ২। ককচিং শুগ্নু | শুগ্নু রোদ | " ৩১ | " " |
| ৩। ককচিং চান্দেল | ইন্দো বর্মা + চান্দেল | " ১৮ | " " |
| ৪। ককচিং চকপিকারোং | শুগ্নু রোদ | " ৪৩ | " " |
| ৬। ককচিং লমখাই মোরেহ | ইন্দো বর্মা রোদ | " ৭১ | " " |
| ৭। ককচিং সেরৌ | শুগ্নু রোদ | " ৩৪ | " " |
| ৮। ককচিং তেংনৌপল | ইন্দো বর্মা রোদ | " ৩৫ | " " |
| ৯। ককচিং সেকমাইজিন | শুগ্নু + ময়াংইম্ফাল | " ১০ | " " |

ইন্দো বর্মা শুগ্নু অমসুং চান্দেল লম্বীদা চেল্লিব পেসেঞ্জর বস অয়াম্ব ককচিংদ টাইমিংগী মতুং ইন্না ভুহাক ভুহাক শনব ডাক্রনি। ময়াই লম্বী হায়রগা থঙনবা ময়াং ইম্ফাল কাওরগা চেনব পেসেঞ্জর বস খরস্মু ককচিং ইম্ফালগী সার্ভীস তৌরি। মিনিবস অনিখকস্মু হায়রিব লাইন অসিদ চাং নাইনা চেল্লি। লোইননা ককচিংদগী মোইরাং অমদি চুরচান্দপুর তাব অশম্ব লম্বী কয়াস্মু কাওনরে। মহৌশা হায়রিব মফমশিং অসিদ চৎপ তারবদি ইম্ফাল লোমদ কোইনা চৎনরম্মী। হৌজিক্তি শুগ্নু রোদ মতুং ইন্না চৎলগ ইথাই লান্দুনা মোইরাং বসনা মোইরাং চুরচান্দপুর চৎপা য়ারে। শুগ্নুদগী চুরচান্দপুর তাব অশম্ব লম্বী অমসুং ট্রক জিপনচিংব চেনব য়াব অমত্তু লৈরে। অস্তুমনা লল্লোন ইতিকী এরিয়া পাকথোক চাও-থোরকপগী মতুং ইন্না চহি খরগী মতুংদদি ককচিং চুরচান্দপুর ভাইয়া মোইরাং চেনব বস সার্ভীস লৈরকপগী ফিভম লৈ অমসুং লৈরক্লবস্মু হোৎনব চুমই।

লল্লোন ইতিক্কী পোৎ-চৈ অমসুং পেসেনজর পুথোক পুশিন তৌরিব বস অমসুং ট্রক চংথোক চংশিন তৌবগী মতম মফম অমসুং চেনবগী মশীং নচিংব লেপ্তুনা মীয়ামদা অফবা সার্ভীস পীনবগী শিন্দোক শিনজিন তৌনব ককচিং ট্রান্সপোর্ট কো-ওপ-রেটীভ সোসাইটি অমা লৈ। সোসাইটি অসি থৌবাল জিলাগী খা-থংব শরুক্তা লৈরিব ট্রক গাড়ি অমসুং বস লোইব মহাজনশিংনা শোক ১৯৭৬তা শেমখিবনি। সোসাইটি অসিনা ককচিংদগী অমসুং ককচিং ফাওহুনা চেল্লিব গাড়ি খুদিংমক্কী টাইমিং কন্ট্রোল তৌই। লোইননা খুদোং থিব ঘটনা থোকপা মতমদসু মতেং পাংই। সোসাইটি অসিগী প্রেসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটরি মথং শিংনা শ্রীনোংমাইথেম মনি সিংহ অমসুং শ্রীগোতিময়ুম দামোদর শর্মানি। সোসাইটি অসি শেমখিবদগী ককচিং মোটোর পার্কীং পাকথোক চাওথোকুব থবক্তা পুক্নিং চংখি। সোসিয়েল সার্ভীস নচিংব ওর্গনাইজ তৌদুনা গাড়ি থাফম ফজনা শেমজিনখি। রাইটিং শেদ অমসু শাহুনা পেসেঞ্জরশিংগী পোংথাফম পীরি। মসিগা লোইননা সোসাইটী অসিনা খোঙহামফম অমসুং মপাল থোকফম মফম চাব য়েংদুনা শেম্বিব ভুম্রবদি পেসেনজরশিংনা হৌজিক হৌজিক থেংনরিব অরাবগী ফিভমসি কোকহনব ঙমগনি। মসি হেলথ অমসুং সেনিটেসনগা মরি লৈনব অচৌব রাফম অমদি ওই।

টেবল নম্বর ২১: ককচিংগী বস ট্রক মশীং অমসুং সার্ভীস তৌরিব মফম

| সে: নং: | চেল্লিব মফম | বস মশীং | ট্রক মশীং |
|---|---|---|---|
| ১। | ককচিং - ইম্ফাল | ৫ | অপুনব মশীং ওইনা |
| ২। | পল্লেন - ইম্ফাল | ৩ | মথাদ উৎলি। |
| ৩। | ক্ষিরানৈম - ইম্ফাল | ৩ | |
| ৪। | কৈরক - ইম্ফাল | ১ | |
| ৫। | সেকমাইজিন - ইম্ফাল | ১ | |
| ৬। | কোমলাথাবী - ইম্ফাল | ১ | |
| ৭। | চান্দেল - ইম্ফাল | ১ | |

অপুনব বস মশীং অমসুং ট্রক মশীং ১৫

নোংম নোংম মীয়াম তিনব হেনগৎলকপনিনা মোটোর পার্কীং ১দি শুগ্নু রোদ অসি তঙাই ফদনা পাকথোক চাওথোকহনবগী দরকার ওইরে অচৌব কুমৈ ফিরোং মুমিংতদি বস থাফম অমসুং টর্নীং তৌফম লৈতহুনা অরাব অমা ওইহল্লি। ট্রাফিক কন্ট্রোল তৌনবগীদ ওইনসু ম্যুনিসিপাল ওথোরিটিনা পুলিস দিপার্টমেন্টকা তানরগা শিনবিব চুমগনি।

## চীং তমগী মরী অমসুং ককচিং

এলহৌবৈঙদগী মনিপুর চীংমী তম্মী অনিগী অমতা ওইব অমসুং চান্ন-চিন্নবগী শক্তম কাইদনা লৈরকপ লৈবাক অমনি। মনিপুর সংস্কৃতি অমসুং অর্থনিতিগী লমদা মরাং কায়ব লমদম অমনি হায়না শিংথানরিবসি চীং তম অনিনা অমনা অমগী মপান তাংনবগী ক্কজব পুকচেল চেন্নরম্বদগীনি। ঐখোইনা মনিপুরগী ইতিহাস চংনরোল অমসুং মহৌশাগী ফিভম নৈনবদুগী খণ্ডব ওমই মদুদি মনিপুরগী চীং অমসুং তমদ লৈব মীশিংগী অর্থীক জিবন্দা য়ামনা নক্কব মরী লৈরকই। মরী অসি তংন থানব য়াদনা অক্কম লৈথিগনি।

ককচিংগা হেক য়ুম খংনন৷ লৈরিব চীংগী জিলাদি চান্দেলনি। হায়না তেংনৌপল জিলা [illegible] খণ্ডনরম্মী। জিলা অসি ভারতকী সিমানা বর্মা বোর্দরগা তাইনবা মফমদ লৈব চীংমীশিংনা [illegible] লম অমনি জিলা অসিগী পাক চাওব এরিয়া স্কোয়ার কি: মি: ৩৩৭৫ নি। পুম্না খুঙং ২১৭ মুক লৈ। সহরদি অনিখক লৈ — মোরেহ অমসুং চান্দেলনি। অপুনব মীশিংনা শোক ১৯৮১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না ৫৫৩২৯ লৈ। জিলা অসিদা তারিব [illegible]ওইবা চীংগী জাতিংশিংদি — খোংজাই, মরিং অনাল. মোয়োল. মোনশাং. লমকাং চোথে. [illegible] কোম [illegible]নরিবনি। সব দিভিজন অহুম লৈ — (১) চান্দেল (২) চক্পিকারোং অমসুং (৩) টেংনৌপলনি। চান্দেলনা জিলাসিগী হেড কাটরনি।

মমাংগৈ লম্বী থোং নিংথিনা লৈত্রিগৈ মত[illegible] ককচিংগী অহল লমনশিংনা খোঙনা য়ুমিং নিনি হুমনিগী চীংলম্বী কাহনা নক্কবা খুলদা [illegible] ইভিক চংনরম্মী। য়ামনা লুম্ব পোং চৈ নংতনা অয়াংব তঙাই ফদনা চীংগী মীশিংনো [illegible] লৈবতমক খুদম ওইনা চিনি, চুরুট. বিড়ি, ওারি হেন্তাক, খুম থাও অচা [illegible] [illegible] পোংকা পোংকা শিন্নরম্বনি। য়ামনা চমনা পুকচেল শেংনা তিন্নদুনা লন্নোন ইতিঙ্কী মরী [illegible] নংঙনা ঙাই শেন ফাওব শান্নরম্মী। য়ুম কৈ শাক্ক চংব ভ কুপ[illegible] ই, [illegible] চাহি খুদিংগী চীংদগী পুথোরক্কগা [illegible] [illegible] [illegible] ককচিংগী লৈ[illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] য়ুম কয়া শাব [illegible] [illegible] [illegible] অনক্পাদা চীংগী [illegible] [illegible]। [illegible] [illegible] চংদম [illegible] পোংচং কয়া [illegible] [illegible] নংঙনা অমনা অমমু [illegible] পাং[illegible] [illegible] সমাজগী মফি অমা চেংশিন্না লৈরি।

ককচিংদা লৈরিব মীশিং অয়াম্ব হিন্দু ধর্ম্ম চংপ মৈতৈ ভাক্ত ওইরবস্থ জাতি ধর্ম্ম খেন্নবগী অখুব মীংয়েং থোইদোক্ল লৈতে। মহৌশাদগী লাইরিক তম্ব লাক্‌পা অমসুং অতৈ খুল্লানশকপা চীংমী কয়া চান্ন চিন্নদা লৈমিন্নৈ। চারো মৌরোনবা ফাওব য়াওনরে। চান্দেল ডিষ্ট্রীক হেড কাটর ওইরকপদগী লম্বী থোংগী ফিভমস্ য়ামনা কগংলক্লে অমসুং লল্লোল ইক্তিকী অচৌব মকম অমম্ব ওইরে। ককচিংগী ইমা-ইবেল কয়া লল্লোনপোং পুহুনা নোংমগী শেন্দোং তাঙবা ভমলি। লাইরিক লাইশু হৈব নহারোল কয়াশু জিলা অসিদা থবক তৌবগী খুদোং চাব ফংলে। অমরোমদা চীংমী ইচিল ইনাওশিংশু লাইরিক লাইশু অমসুং অতৈ শিনকম কয়াদা চাওখংলকপগী মওং অমা লাক্লিবসি নক্লব তম্পাকী অচৌব লমদম অমা ওইন ককচিংগা হিরম কয়ামুক্তা মরি লৈনরকপদগীনি হায়ব য়াই।

কলচরেল ইন্টিগ্রেসন মনিপুরগী অহুমশুব চীং-তম অনিগী মরি কগংনবগী মীয়ামগা উনহুনা য়ারী-য়াতাই শানব কেম্প অমা ককচিংদ শোক ১৯৭১ গী ফেব্রুয়ারি তাং ২১ দা পাংথোকখি। মেম্বর ৪০ না শাব কনফরেন্সকী কাংবু অহু মহারাজকুমার পি, বি, সিংহনা লুচিংলকখি অমসুং মনিপুরগী শকনাইরবা স্কোলার কয়াস্থ য়াওরকখি। গ্রুপ ৭ থোকনা খায়দোক্লুনা তোঙান তোঙানবা খুল্লংশিং অমসুং নক্লবা চীংগী খুল্লশিংদা চংহুনা চীংতমগী অপুনবা শক্লমগী য়াইফ পাওজেল শন্দোকখি। কেম্প লোইশিল্লকপদা ককচিং বি: টি: আই: হোলদা মীয়ামগী মিটিং অমা শ্রীয়াওরেম ইবোতোন সিংহ এক্স চিয়ারমেন ককচিং টাউন কমিটীনা সভাপতি ওইহুনা পাংথোকখি। ককচিংগী ওইনা শ্রীথাংলোরা মার প্রিন্সিপাল কে, এম, সি শ্রীএন, গন্ধার সিংহ ভাইস প্রিন্সিপাল অমসুং প্রোঃ এন ইবোতোম্বী সিংহস্থ মাস কল্লৌক প্রোগ্রামদা শরুক য়াখি।

# ৭

## ককচিং সহর শেমগৎনব কেন্দ্র সরকার অমসুং লোখৎকদৌরিবা থৌরাংশিং

শোক ১৯৭৯ দা ভারত সরকারগী ৱার্কস অমসুং হাওসিংগী মন্ত্রালয়না শেম্ব অনৌব সহর কয়া শেমগৎনব থৌরাংশিংগী লমজিং পরিং অমা শেমদুনা রাজ্য খুদিংদা শিনব থুংনা খঙহনখি। থৌরাংশিং অদু মরুওইনা সহর মচা কয়া শেমগৎতুনা চাওখৎপা পুরক্লবগী রাক্ষমনি। ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম হায়না খঙনবা থৌশিল অসি শোক ১৯৮২ দগী '৮৫ কাওবগী প্রোগ্রাম ওইনা তৌই। প্রোগ্রামশিং অসি কেন্দ্র অমদি রাজ্য সরকার অনিনা লোখৎকদৌরিব থবকশিং অদুগী মতুং ইন্না ফঙ্ খাইজিন্নরগা পাংথোকদৌরিবনি। কেন্দ্র সরকারগা লোইননা পাংথোকমিন্নগদবা থবক পরেং অমসুং রাজ্য সরকারনা থৌরাং অসিগী শরুক অমা ওইনা পাইগৎকদব থাক মখলঅনিগী থৌরাংশিংনি।

ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রামগী মথাদ ককচিং সহর শেমগৎনবগীদমক খনগৎখিব থৌরাংশিং অসি মথাদ পিরিব রাকম অহুম অসিদ য়ুক্ষম ওইখি :—

১। মীশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না লৈননব য়ুম পামনরকপ। লোইননা তঙাই ফদনা খুদক্তা য়ুম কৈ শাবগী থৌরাং পাইখৎতবা য়ারক্লবা।

২। শোক ১৯৮১ গী এপ্রিল তাং ২৩ দা লোকেল সেলফ গভর্নমেন্ট পুব মন্ত্রিগী ওফিস চেম্বরদ চিফ প্লানর অমসুং মিনিস্ট্রী ওফ হাওশিং এণ্ড অরবান ডিভেলপমেন্ট য়াওন কমখিব মিটিং অমদা লৌখিব ৱারেপশিং। মিটীং অদুদা সরকারনা ৱারেপ লৌখি মদুদি মনিপুর তম্পাক্কী মনুংদা অনিশুবা থ্বাইদগী চাওব ম্যুনিসিপালিটী ওইরিব ককচিং সহরগীদমক ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম শেম্নগনি। রাকম অসি ককচিং সহরনা থেংনরিব সমস্যাশিং মরুওইনা য়ুম য়ামনা কুংমন্না তাব. ঈশৎ পিনবা নালা মরাং কাইদবা, অফব ঈশিং থকুব পিবগী অমসুং অতৈ মীয়ামনা পুন্না খুদোংচাব লৌব য়াব থৌরাংশিং কুপনা খন্নরবা মতুংদা লেপনখিবনি।

৩। চংলিব ওরুকপব চহি মঙাগী থৌরাং মরুওইবা অরবান দিভেলপমেন্ট, হাওশিং অমসুং রাটর শপ্লাইগা মরি লৈনবা রাজ্যগী বজেৎতা প্রোভিজন শেমগৎবা অহুম্সুবা মানগৎবা থৌরাংশিং।

কক্চিংগীদমক্তা ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম মখাদ শোক ১৯৮৫ কাওবদা পাংথোক্কদবা থৌরমশিং মখাগী অস্থুমনা উৎলি :—

(i) ভারত সরকারগী মেতচিং এসিষ্ট্যান্স (খুঁখাই পুথোক্লবগী মতেং) না পাংথোক্কদবা থৌরাংশিং:

টেবল নম্বর ২২:

| সে নং: | থবক মরম অমসুং চংগদব মচাক | খর্চ (লাখকী হিসাব) |
|---|---|---|
| ১। | একর ৯ গী লম লৌশিনব লোইননা যুম শানবা একর ১৫'৬০ গী লম শেমজিন শাজিনব | লুপা ১৭'৪৪ |
| ২। | গাড়ি চংথোক চংশিনগী থৌরাং :— (ক) কি. মি ৫'১০ গী লম্বী ফজনা শেম্বা (খ) বস টর্মীনেল অমা শাব | লাখ ১০'২০ + ৪.০৬ = ১৪'২৬ |
| ৩ | লম একর ২'৬৭ কী বাজার শেম্ব অমসুং চাওখৎহন্নবা থৌরাং | লাখ ৮'৯০ |

অপুনব লুপা লাখ ৪০'৬০

(ii) ষ্টেটকী বজেৎ ফণ্ডদগী পাংথোক্কদবা থৌরাংশিং

| | | খর্চ |
|---|---|---|
| ১। | ককচিংগী অকোইব অমস্তুং বাজারগী অকোইবদা লু-হেম্না থমনব থৌরাং | লু: লাখ ৮ ২০ |
| ২। | ককচিং ৱাটর সপ্লাই স্কিম অসি পাকথোক চাওথোকহনবা | ২৫·০০ |
| ৩। | ম্যুনিসিপাল এরিয়া মনুংদা ঈশিং তুংদনবা নালা শেম্ব | ১০·৮০ |
| ৪। | শাম্ন থোংনবগী মফম ওইনব মিনি স্তাদিয়ম অমা শেম্বা। | ১৫·০০ |
| ৫। | লম্বী ইলেক্ট্রিক থাম্নবা | ৫ ৬০ |
| | | অপুনব ৬৪·৬০ |

মথক্কী ১ব অমস্তুং ২শুব থৌরাংশিং অসিগী অপুনব হিসাব লু: লাখ ১০৫ ২০ নি। কেন্দ্র সরকারগী মতেংনা লৌখংকদরা স্কিমশিংগী চাওরাকপ অপুনব খর্চ লু লাখ ৪০·৬০ নি অদুগা রাজ্য সরকারগী চাওখৎ থৌরাং ফণ্ডদগী চংকদব অপুনব খর্চকী হিসাবনা লু' লাখ ৬৪·৬০ নি। ফজত্রব স্কিমশিং অসি কদাই ফাওব মতম চানা লোইশিনব ড্রেয়কদগে হায়বসি মীপুম খুদিংনা থৌরাংন য়েংনরিব ৱাফম ওইরি। মরমদি কেন্দ্র সরকারনা য়াবিপ্রব প্রস্তাবশিং অসিগী ফণ্ড তাব্নব অমস্তুং রাজ্য সরকারগী ফণ্ড মতম চানা থাদোক্কব য়ামনা কম্ন নোম্ব অমস্তুং মরি লৈনবা ওথোরিটিদা তকুব অমা চংই। মসিনা তাকপদি প্রজাগী মীতুং ওইন সরকারগা তাইনগদৌরিব ককচিং ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী দায়ত্ব মহৌশাদগী হেম্না চাওরগনি। পাংথোক্কদৌরিব স্কিমশিংদু অককুব মতমগী মনুংদনি লোইননা থবক পুগদৌরিব টার্গম্ব অককুবনি। ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্টকী প্রোগ্রামশিং অসিবু পাংথোকপা ড্রেয়বদি প্রজাগীদমক্তা অচৌব থৌদাং অমা পাংথোক্লবনি হায়বা য়ারে। হৌজিক হৌজিকসি ককচিংগী ওইনা চাওখৎ খোঙথাংদ চংশিল্লকপগী য়ামনা লুরবা (ক্রিটিকেল কেজ) তাংকক অমনি। অসিগুম্ব মতমসিদ প্রজাগী মীতুং ওইবীরিব অমদি তোঙান তোঙানব রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা অপুনব থৌনা কুদোকপিদুনা মাংদ তারিব অচৌব থৌদাং অসিদ পুক্নিং চংবিরবদি মীয়ামগী য়াইফবা ওইরগনি লোইননা তুংদা লাক্কদৌরিব সমাজ সেবক অমস্তুং রাজনিতিগী লিদরশিংদ সু মীয়ামগী সেব তৌবদা হৈনিংব অমা পোকহল্লগনি।

ককচিংগী করম করম্ব মকমদ ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেণ্ট প্রোগ্রাম পাংথোককদৌরিবনো হায়বতু মথং লমায়দা প্রোগ্রাম অসিগীদমক য়েকথোক্লবা মেপ অমনা শেংনা তাকলি। লম্বী-থোং শেমগদৌরিব মকমশিংদি ককচিং খুল্লেনগী মতাই ওইনা শুগ্নু রোদ অমস্তুং শেংগ্রোং লম্বী তাইনফমদগী হৌরগা পঞ্জাও থোং লাম্বোক্লগা শাবল অমস্তুং মথা লৈকাই অনিগী মরক্তী লম্বী তুংইন্না চুমগ্রিং লাক্লগা অনৌব থোং শাফম সেকমাই তুরেল মথক্তা প্রোপোজ তৌরিব ( $B$ ) লাম্বোক্তুনা ককচিং তুরেল ৱাংমা ৱার্দ নম্বর ৫ গী খা থংব মতাইদা চীংলক লম্বী হায়না খণ্ডনব লম্বী অসিগা শম্নগদৌরিবনি। মসিগী লম্বী অসিবু মেপ অসিদ $R1$ হায়না অমস্তুং লাংমৈদোং রোদ হায়না খণ্ডনরগা শুগ্নু রোদ তাখিগদদৌরিবনি। $R1$ লম্বী অসি কিঃ মিঃ ২'৮০ শাংই। চীংলক য়োবগা $R3$ মহাদেব চীংগী সারকুলার রোদকা উনরগা রুরেল হোসপিটাল ফাওহুনা চীংয়াগী লম্বী তুংইন্না মহৌশা চুমনাং লম্বী হায়ন খণ্ডনরম্বা লম্বীগা শমনহুনা ককচিং ফাওহুনা চেল্লিব শুগ্নু রোদকা শমনগদৌরিবনি। স্টেট হায়রে শুগ্নু রোড অমস্তুঃ $R3$ গা তাইনফম নোংচুপথংব হায়বদি দিপা টকিজগী নোংপোকথংব মফম অসিদনি বস টর্মিনেস $B\ T$ নত্তগা বস স্টোপ $B\ S$ শেম্নবগী প্রোপোজ তৌরিব লম। লম্বী অসি কিঃ মি ১'৪০ শাংই। $R2$ লম্বী অসি ককচিং বাজারগী থোং অচৌব অসিদগী আই, বি তাব অমস্তুং এস দি, সি ওফিসকী নাকলদা চংথ্রগা মহাদেব হিল সারকুলার রোদকা শমনগ্তিব অহুনি। লম্বী অসি হোসপিতাল রোদ হায়না খণ্ডনৈ অমস্তুং কি. মিঃ ০'৯০ শাংই।

মী লৈননব য়ুম-কৈ শানবা থৌরাং তৌগদৌরিব মফমনা $H$ হায়না থারিব মফম অসিনি। থৌরাং অসি আই, বি, রোদ হাওসিং স্কিম হায়না কৌই। আই বি. রোদ লাংমৈদোং লম্বী তাব তুংইন্না ককচিং তুরেল ৱাংমা ৱার্দ নম্বর ৪ অমস্তুং ৫ অনিগী মরক্তা চেল্লিব লম্বী অনিগী উনফম্ নোংপোকথংব লম অসিদা শাগদব হাওসিং কোলোনি নি। স্কিম অসিগীদমক্তা সরকার লৈব লমগী এরিয়াদি একর ১৫'৬০ নি। হাওসিং কোলোনি অসিগা তাইননা একর অমগী লমদা শাগদবা বাজারগী থৌরাং অমস্তু য়াওরি। হৌজিক লৈরিব হোসপিতাল অসিগী অরাংদ শুগ্নু রোদকী মথাদ লম একর ০'৪৭ গী বাজার $M1$ অমস্তুং $M1$ গী অরাংদ একর ১'২০ গী বাজার মথং মথং শাগংনবগী স্কিমস্তু য়াওই। মিনি স্ট্যাডিয়ম অমা শানবগী রাফম অসিদি মেপ অসিদা তাং দাংব মফম অমা উংত্রি। মসিগী মরমদি আই, বি. রোদকী নোংচুপ্ত দি. এস এ, ককচিংগী ওইব গ্রাউণ্ড অমা লৈরম্বনা মফম অসিদা অতুম শেমগংপা য়ারে হায়হুনা উৎতবা ওইরম্বা য়াই।

মথক্তা পিথ্রিব ইন্টিগ্রেটেদ অরবান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম ককচিংগী থৌরাংশিং অসিদগী খণ্ডব ঙমই মতুদি পাংথোক্কদৌরিব মকমশিংসি মপুং ওইনা ককচিং ভূরেল রাংমগী রার্দ নং ৪ গী এরিয়াদনি। হায়নস্যু সরকারগী ওইব ওফিস কয়া অমস্যুং হোসপিতাল স্কুলনচিংব লৈখ্রব মফমনি। লোইনন শয়াই, অমদি পব্লিকা চাওখৎ থৌরাংগা মরি লৈননা লিংখৎলকপা সংস্থান কয়াগীস্যু যামনা পামনরব মফমনি। ককচিংগী ওইব তুংগী প্লান কয়া তৌনরকপদা রাদ নম্বর ৪ গী অহাংব মফমশিং অসিদা চোক যুম্ফম ওইনবগী রাযম লাক্লি। দিভাইন লাইফ সোসাইটি ককচিংগী ইনিসিয়েটিভনা শিংথংখিবা "মচিন মনাও সেবা আশ্রম" অসিমক মীয়ামগী ওইনা কান্নগদবা অধ্যাত্মিক অমস্যুং যোগ সাধনগী মরমদা অচৌব নৈনফম অমা ওইরগদৌরি। চৎশিব চহিসিগী সেপ্তেম্বর থাদ "অনন্দসিংহ যোগ অমস্যুং মহৌশা লাইয়েংগী থিজিন লাইয়েং শঙ" থা-মনিপুর যোগ অমস্যুং নেচর কিওর এসোসিয়েসনগা শিন্দুনা হাংদোকখিবা লয়াই সংস্থানগী ওইজরবস মায়ামদ মহৌশ গী ওইবা লাইয়েংগী খুদো চাবা কয়া পীনবগী হোসপিতাল অমনি। সরকারগী ওইব চাওখৎ পোৎ কযাসি মপুংফনা পাংথোকপ্রব মতুংদদি মফম অসিনা ককচিংগী অনৌব শক্তম অম পীব ঙম্নগনি। লোইননা ককচিংগ নক্লবা খুঙ্গংশিংগা হেন্না নকশিনরকপগী ফিভমদা শাক্লগনি। টাউন এরিয়া পাকথোক চাওথোরকপ অসিনা পুরক্লিব রাফমদি গ্রেটর ককচিংগী মাষ্টর প্লান অমা শেম শাবগী দরকার অসিনি। মাষ্টর প্লান অমগী মথাদ গ্রেটর ককচিং শেঙ্গ তারবদি ককচিং কেন্দ্রগী মপুং চয়া লৈরিব খুঙ্গংশিং খুদম ওইনা ইরেংবন্দ, পল্লেন, শোরানচিংবা মফমগী চওখং থৌরাং য়াও শিনব যারে। সেকমাই বারাজদগী মাস্তুক ফাওহুনা ভেম্বা তাখিব য়াব লশী শেমননবা অমস্যুং লৌশি পাংকৌ ওইব তোঙানব প্রোজেক্ট অমস্যু প্রস্তাব তৌব চুমগে।

<u>হৌজিক ওইরিব ফিভমগী শম্নপ্না শক্তম:</u> ভারতকী অনিশুব চহি মঙাগী থৌরাং লোইশিল্লকপ অমস্যুং অহুমশুব চাহ মঙাগী প্লান হৌগংলকপ মতমদ লৌ-উবগী পোংথোক হস্যরকপনা মরম ওইহুনা ফৌ চেংগী মমল হেনগংলকখি। মনিপুরদস্যু হায়রিব মমল হেনগংপগী ইরাংসি য়ৌরকখি। ফৌ-চেংদ নংতনা অতৈ তঙাই ফদনা হিংবদা চংদব য়াত্রব পোংচং কয়ামকমগী মমলস্যু হেনগংলকখি। চহি চা কয়া লৌ উবগী শিনফমদ মাঙহুনা লাক্লব লৌমীশিংগী অথির্ক অবস্থা খজিক্তং ফগংনবগী অমস্যুং শিনফম অহুদা হৈনিংনা শুংচংহন্নবগী কান্নব তাঞ্জা অমা ফংখি। মসিগী মথাং মতম কয়া অমদি খুঙ্গংগী লৌমীশিংনা মকুওইনা লৌ য়ামনা লৈজদব কাংবুগীদি লৌ উবগী থবকসি অমাঙব শিনফম অমা ওইনা লৌন রম্নবনি। পেংমৌগী পুন্সিদা লৈনরম্বদগী তঙাই ফদনা খাঙনরম্ব জাংনি। ইপাইপুশিংনা রারী

# LOCATION OF I.U.D.P. KAKCHING

TO IRENGBAND
TO IMPHAL
TO BALLEL
TO SUGNU
TO SUGNU
SUGNU ROAD
KAKCHING BAZAR
LANGMEIDONG ROAD

## KAKCHING I.U.D.P.

AREA UNDER INTEGRATED URBAND DEVELOPMENT SCHEMES

 RESIDENTIAL

H..... I B ROAD HOUSING SCHEME 15.60 ACRES

 TRAFFIC & TRANSPTATION

R1 .. IMPROVEMENT OF BYE PASS ROAD 2.80 K M
R2 .. IMPROVEMENT OF HOSPITAL ROAD 0.90 K.M.
R3 ... MAHADEV HILL CIRCULAR ROAD 1.40 K M

 BT/BS DEVELOPMENT OF BUS TERMINUS/BUS STOP

 B CONSTRUCTION OF BRIDGF

 MANDIS/MARKETS

M1.... NORTHERN SIDE OF HOSPITAL 0.47 ACRES
M2...NORTHERN SIDE OF MARKET No1- 1.20 ACRES
M3... MARKET ALONG I B ROAD 1.00 ACRES

মতমদ য়ামনা পিক্লা লম্বী শেমনবা পৈশা কাযরক্লবস্তু মীয়াম প্রজানা খুং চিংহনা অমসুং পৈশা থায়গৎনবগা উকুনচিংব চন্দুনা খুল্লক লম্বী ফজনা শেমগৎলম্মী। হৌজিক ম্যুনিসিপাল বোর্দকী মথাদ লৈখিবদগী মীয়াম চংহনা লৈকাইগী লম্বী থোং ফনবা য়েংশিনবগী থবকসি খরহল্লখিবগুম তৌরে।

শোক ১৯৬১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না য়ুম ১৮৭০, ১৯৭১ গী মতুং ইন্না য়ুম ২৪২৬ অমসুং ১৯৮১ গী মতুং ইন্না য়ুম ২৮৪৯ থক লৈ। লৈরিব লমগী এরিয়ানা একর ১৭৪৪ থক্কনি, লৈগদৌরিব মীশিংনে ২১, ৯৯৯ নি। চৎলিব শদাবতি অসি লোইরকপদা ওই-রব য়াব মীশিংদি ৩৬,৭০৯ নি। তৌখিব চহি কুন অসিদা শাথিব য়ুমগী মশীং ৯৭৯ নি। লাককদৌরিব চহি কুনসিদসু হেনগৎলকদৌরিব মীশিংগী মতুং ইন্না য়ুম লিশিংগী মথক্তা শাদব য়ারোই। অহনদি হৌজিক্কগী অফব য়ুম তাব য়াব মফমগী থৌরাং তৌব য়ারে।

মৈ ঈশিং চাং নাইনা অমসুং মরাং কাইনা পিংবগী থৌরাং লৈত্রিবমখৈ সহর অমা ওইবগী নুংঙাইব করিমতা লৈত্রি হায়বা য়াই। ম্যুনিসিপাল বোর্দ লৈব সহর অমা ওইরে হায়না লাওথাকপতনা ওইব য়াদে। তম্পাক্কী লমদ ইম্ফালগী মথংদ থ্বাইদগী চাওব সহরনি হায়ন লৌনরিব ককচিং থ্বাইদগী মস্ব সহর ওইরি বাতর সপ্লাইগী মরমদসু মফম শুনা কোনশিনব ঙমত্রি। থৌবাল পরার হাওসনা ইলেক্ট্রিকসিটি পিরিঙে মতমদা ককচিংদনা থ্বাইদগী য়ামনা কনজুমর লৈব মফম ওইখিবনি। চহি তরামুক্কী মমাংদা ককচিংগীতা ওইব পরার হাওস অমা ইঞ্জিনগা কোম্না লৈরগনি হায়দুনা ওফিসনচিংব হাংদোকপ্রবনি অদুবু হৌজিক ফাওব ইঞ্জিন মখোন তাব ফংত্রি ঐখোইনা নহারোল লাইরিক লাইগু হৈব থবক ফংদবশিংদা লম্নাই ওইনা শুজবা য়াব থবক মচা মচা য়েংনব পাওতাক পিরিবসি হায়রিব ইলেক্ট্রিক সপ্লাই ফজনা লৈরবদি খুংশা-হৈবগী নত্রগা শেন্দোং লৈব কারবার কয়ামুক মরম্নাই পায়খৎনখিগনি। মসিগী খুদোং চাবসি লৈত্রিমখৈ মম্বদা নংতনা শুফম চংফম থঙদবদগী সমস্যা থর লৈখিগনি।

মৈ অমসুং ঈশিং পিনবগী মতিক চাব থৌরাং লৈতবদগী শোক ১৯৮১ ওক্তোবর তাং ২ দা শাগৎখিব ককচিং রুরেল হোসপিতাল, ফমুং ৩০, ডাক্তর ৮, নর্স ৮ অমসুং এক্সরে লৌনবগী মেচিন লৈরব অচৌব লাইয়েংশঙ অসি হৌজিক ফাওব কামকম থঙদনা লৈরি।

মহৈ · মশিংগী ফিভমদি থোইদেক্লা শোংথবা ওইরে। অহাংব থাকী মহৈ মশিং তম্বদা মুপীমচাগী চাংদি থর হল্লরি। শান্ন খোংনবগী লমদম্ মুপামচা শায়রোইশিং জাতিগী থাক্তা শান্নব৷ য়াওরুব অমসুং পোজিসন ফংলকপা পুক্লিং খোগৎনিঙ্ডাই ওইব মশিংদা লৈরে। লোই ননা নহারোল বুদ্ধি লৌশিং লৈব কয়া সৈনিক অমসুং পব্লিক স্কুলদ মীং চন্দুনা ভারতকী মকম কয়ামুক্তা মহৈ - মশিং তম্লি। লোয়ননা নেসনেল দিফেন্সকী মরুওইবা সার্ভীসশিংদ কমিসন ওফিসার ওইব ডম্লকপ অসি মাইগৈ অসোমগী চাওথোকচনিঙ্ডাইনি।

## ককচিংদা লৈরিবা ওফিস মশীং

| সেরেল নম্বর | ওফিসশিং | লৈফম |
|---|---|---|
| ১। | ককচিং মুনিসিপালিটি | ভুরেল বাংমা হোসপিতাল রোদ |
| ২। | এস দি. ও ওফিস | „ |
| ৩। | পুলিস ষ্টেসন | „ |
| ৪। | পি. দবলিউ দি | „ |
| ৫। | রুরেল হোসপিতাল | মহাদেব হিল রোদ |
| ৬। | দি. আই ওফিস | ককচিং খুল্লেন অয়ামবুং |
| ৭। | এ আর সি, এস | অয়ামবুং |
| ৮। | ইলেক্ট্রিসিটি | „ |
| ৯। | ফোরেষ্ট রেঞ্জ ওফিস | ককচিং লমখাই |
| ১০। | য়াটর সপ্লাই | ভুরেল বাংমা উয়োক চীং |
| ১১। | আই, এফ, সি | সেকমাই বেরেজ রোদ |
| ১২। | পোষ্ট ওফিস | ককচিং বাজার কলেজ রোদ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৪। | এগ্রিকলচর এক্সটেন্সন ওফিস | ককচিং বাজার খোং রাংমা |
| ১৩। | টেলিফোন্ এক্সচেঞ্জ | ককচিং বাজার আজাদ হোল বিলডিং |
| ১৫। | রেট এণ্ড মেজর | ককচিং বজার |
| ১৬। | প্রাইমারী হেলথ সেন্টর | তুরেল রাংম |
| ১৭। | ইউনাইটেদ বেঙ্ক ওফ ইন্ডিয়া | ককচিং বাজার পার্কীং |
| ১৮। | কো-ওপরেটিভ বেঙ্ক | ককচিং খুল্লেন নিংথৌ লৈকাই |
| ১৯। | এক্সাইজ আউট পোষ্ট | ককচিং রাইরী কলেজ রোদ |
| ২০। | ভেটেরিনরি | ককচিং তুরেল রাংমা চুম্নাং |
| ২১। | খাদি কম্মিসন প্রদর্শন সেন্টর | ককচিং রাইরী |
| ২২। | টেক্সেসন | অয়ামবুং |
| ২৩। | এস বি আই | ককচিং বাজার আজাদ হোল বিল্ডিং |
| ২৪। | স্টেটিষ্টিকস | ককচিং বাজার |

তোঙান তোঙানব বিভাক্তা ওফিসার ওইনা থবক তৌরিব ককচিংগী মীওইশিং :
মথাদ পিরিব সেঃ নং. অসি সেনিওরিটিগী বেসিসতা ইব নংতে।

## কেদর পোষ্ট সিভিল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | টি এইচ, শম্ফাল সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | এম সি এস অণ্ডর সেক্রেটরি পি দি এ ইম্ফাল |
| ২। | এম ভৈগ্যচন্দ্র সিংহ | মখা লৈকাই | এ সি খোঙ্বাল |
| ৩ | এন চাওব সিংহ | সেনাপতি লৈকাই | ট্রেজরি ওফিসার তমেংলোং |

## পুলিস

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এম, সুশিলকুমার সিংহ | খুনথাই লৈকাই | এম পি এস এদিসনেল এস পি ইম্ফাল |
| ২। | এম, চাওব সিংহ | মোইরাংথেম লৈকাই | দি এস পি জিরিবাম |

## এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এন. [illegible] সিংহ | [illegible] মাবল লৈকাই | দিপুটী ডাইরেক্টর অব এগ্রিকলচর ইম্ফাল |
| ২। | এন. কালিমোহন সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | এসিষ্টেন্ট প্রোজেক্ট অফিসার ইম্ফাল |
| ৩। | শ্রেজি: খংলেমজাও সিংহ | পাজি লৈকাই | এগ্রিকলচর অফিসার ইম্ফাল |
| ৪। | এন. যোহেজো সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | সবজেক্ট মেতর স্পেসিয়েলিষ্ট থৌবাল |
| ৫। | এন. প্রেমানন্দ সিংহ | মথা লৈকাই | এ এ ও বাও |
| ৬ | শ্রেজি: নবকিশোর সিংহ | মথা লৈকাই | এ এ ও চান্দেল |
| ৭। | বাই. নিমাইচান্দ সিংহ | খুমেন | এ এ ও চান্দেল |
| ৮। | এন. নৈরসিংহ | খুনয়াই লৈকাই | এ এ ও থৌবাল |
| ৯। | এন. মধু সিংহ | খুনয়াই লৈকাই | এ ই সি এ দি ইম্ফাল |
| ১০। | এন নিল সিংহ | তুরেল বাংম | ই ও |
| ১১। | এম গিরিধারি সিংহ | বাইরী | ই ও |
| ১২। | ইবোতোম্বা সিংহ | [illegible] | [illegible] |
| ১৩। | এম ইবোচৌ সিংহ | তুরেল [illegible] | [illegible] |

## এডুকেশন দিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এন, গম্ভার সিংহ | ককচিং বাজার | সেনিয়র লেকচরর থা মনিপুর কলেজ |
| ২। | শ্রেজি: কুঞ্জ সিংহ | মমাই লৈকাই | |
| ৩। | এন নিমাই সিংহ | মথা লৈকাই | |
| ৪। | এন: নিমাইচান্দ সিংহ | বাইরী খুল্লাকপম | সেনিয়র লেকচরর মনিপুর কলেজ ইম্ফাল |
| ৫। | এন [illegible] সিংহ | ওয়াইরাংথেম লৈকাই | সেনিয়র লেকচরর ওয়াইখোং কলেজ ওয়াইখোং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬। | এন: ইবোতোম্বী সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | লেকচরর খা মনিপুর কলেজ, ককচিং |
| ৭। | ক্ষেত্রি: মৃনাল সিংহ | মখা লৈকাই | ” |
| ৮। | এম: ইবোহল সিংহ | চুমনাং | ” |
| ৯। | এম, শঙ্গাই সিংহ | মোইরাংথেম লৈকাই | ” |
| ১০। | এস. খোগেন সিংহ | শলাম লৈকাই | ” |
| ১১। | এম. কোমোল সিংহ | শাবল লৈকাই | ” |
| ১২। | ক্ষেত্রি শমু সিংহ | ময়াই লৈকাই | ” |
| ১৩। | এন. নোরেন সিংহ | মখা লৈকাই | ” |
| ১৪। | এন. ইবোপিশক সিংহ | খুনয়াই লৈকাই | ” |
| ১৫। | এন ভাগ্যচন্দ্র সিংহ | ” | ” |
| ১৬। | এন ললিত কুমার সিংহ | মখা লৈকাই | ” |
| ১৭। | পি রঘু সিংহ | চুম্যাং | ” |
| ১৮। | এম: সনাতোন সিংহ | ভুরেল বাংমা | ” |
| ১৯। | এম প্রিয়োকুমার সিংহ | মোইরাংথেম লৈকাই | লেকচরর ডি এম কলেজ, ইম্ফাল |
| ২০। | এন. চাওব সিংহ | ভুরেল বাংমা | ” |
| ২১। | ক্ষেত্রি, সোমা সিংহ | ” | ডি এম কলেজ ওফ সাইন্স |
| ২২। | এস, এচ, দোরেন্দ্রা সিংহ | খুনয়াই লৈকাই | পোলি টেকনিক ইম্ফাল |
| ২৩। | এন জয়কুমার সিংহ | ” | আইদিয়েল গার্লস কলেজ ইম্ফাল |
| ২৪। | ক্ষেত্রি জুগেশ্বর সিংহ | মমাক লৈকাই | লেকচরর লমকা কলেজ, চুরচান্দপুর |
| ২৫। | এম রঞ্জোনি দেবী | খুনয়াই লৈকাই | লেকচরর লিলোং হাওরৈবী কলেজ |
| ২৬। | ক্ষেত্রি মনিহার সিংহ | মখা লৈকাই | রাই কে কলেজ রাংজিং |
| ২৭। | এন. মনিকচান্দ সিংহ | ” | ” |

## আর. এম শি

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | কেপ্তিঃ কুঞ্জবী সিংহ | তুরেল মাংমা | চিফ একাওন্ট ওফিসার/কাইনেন্সিয়েল এদভাইজর |
| ২। | এন, গিরিধারি সিংহ | মাইরী | লাইব্রেরিয়ান |
| ৩। | ডা এন, নবকিশোর সিংহ | মাইরী | রেজিষ্ট্রার |
| ৪। | ডা এন, নবকিশোর সিংহ | তুরেল মাংমা | রেজিষ্ট্রার |

## ভেটেরিনরি দিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | পি ভরত মৈতৈ | নিংথৌ লৈকাই | ভি এ এস ইম্ফাল |
| ২। | পিঃ ভৈরব সিংহ | চুমনাং | পি ডি ও. চান্দেল |
| ৩। | রাই রাজেন্দ্রো সিংহ | ময়াই লৈকাই | ভি এ এস কোমলাথাবী |
| ৪। | এন শ্যামাসখি দেবী | মখা লৈকাই | ফার্ম মেনেজর ইম্ফাল |

## পব্লিক ৱার্কস দিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কেপ্তি- সনাজাও সিংহ | মোইরাংথেম লৈকাই | এসিস্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার ককচিং |
| ২। | এন সুরচন্দ্র সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | ,, ,, ইম্ফাল |

## প্লানিং দিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাই সুরচন্দ্র সিংহ | তুরেল মাংমা | রিসার্চ ওফিসার ইম্ফাল |
| ২। | এস ঐচ কুলচন্দ্র এসিংহ | মাইরী | এসিষ্টেন্ট রিসার্চ ওফিসার ইম্ফাল |

## ষ্টেট আর্কাইভস

১। রেংখোম ওংবী সোরোজিনি দেবী তুরেল রাংমা আর্কীভিস ইম্ফাল

## ইউনাইটেদ বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়া

১। এম চন্দ্রসেখোর সিংহ ময়াই লৈকাই এজেন্ট ইউ বি আই ককচিং ব্রঞ্চ

## লন্নাই লাইরেং শঙদা থবক তৌরিব ডাক্তর মশীং

১। ডা· এম ধনেশ্বর সিংহ নিংথৌ লৈকাই আনন্দসিংহ যোগ অমস্নুং মহৌশা লাইরেংগী থিজিন লায়েংশঙ
২। ডাঃ এম রাজকুমার সিংহ খুনয়াই লৈকাই „
৩। ডাঃ এন অমুবতি দেবী সেনাপতি লৈকাই „

## মণিপুরগী মপান্দা থবক তৌব ওফিসার

১। কেপ্টেন এন. রনজিৎ সিংহ নিংথৌ লৈকাই দেরাডুন ইউ পি
২। পি. গুনো সিংহ চুমনাং এস দি ও ইলেক্ট্রিসিটি মিজোরাম
৩। এম, শরতচন্দ্র সিংহ খুনয়াই সব ইদিটর পি টি :আই নিউ দিল্লি
৪। এন. সোরোজিনিদেবী থোংঙাম লৈকাই ইনষ্ট্রক্টর গান্ধি নেচর কিওর হোস পতাল হায়দরবাদ

---

মখল্লা পিখিব শ্রীনাওরেম কালিমোহন সিংহ এ. পি. ও গী দিপার্টমেন্ট অদু রুরেল দিভলপমেন্ট এজেন্সি হায়গদবসি। ওফিসার মশিং পিরিবসি শোক ৮৩ নভেম্বর ৩০ কাগুবগীনি।

# তোঙান তোঙানবা বিভাগতা থবক তৌরিবা চাওরাকপা মশিং

| | বিভাগকী মমিং | নুপা | নুপী | অপুনবা মীশিং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এডুকেশন | ২৬৬ | ৪৫ | ৩১১ |
| ২। | ইলেক্ট্রিসিটি | ৬০ | ১ | ৬১ |
| ৩। | মেডিকেল | ১৭ | ১৫ | ৩২ |
| ৪। | আর, এম, সি | ৯ | ৫ | ১৪ |
| ৫ : | এগ্রিকলচর | ১৯ | X | ১৯ |
| ৬। | ভেটনরি | ১৫ | ৩ | ১৮ |
| ৭। | পব্লিক হেলথ ইঞ্জিয়ারিং | ২০ | X | ২০ |
| ৮। | বেঙ্ক | ১২ | X | ১২ |
| ৯। | ইন্দস্ট্রি | ৯ | ৩ | ১২ |
| ১০। | পুলিস | ৭ | ৫ | ১২ |
| ১১। | হোমগার্ড | ১০ | X | ১০ |
| ১২। | রিভেনিউ | ৯ | ২ | ১১ |
| ১৩। | সেক্রেটরিয়েৎ | ৩ | ৩ | ৬ |
| ১৪। | পি, ডব্লিউ, ডি | ১১ | ১ | ১২ |
| ১৫। | প্লানিং | ২ | X | ২ |
| ১৬। | এ, জি | ১ | ১ | ২ |
| ১৭। | লোকটেক | ১ | X | ১ |
| ১৮। | স্টেট আরকাইভস | ১ | ১ | ২ |
| ১৯। | রেড এন মেজর | ১ | X | ১ |
| ২০। | স্টেটিসটিকল | ১ | X | ১ |
| ২১। | পোস্ট এন টেলেগ্রাফস | ২ | X | ২ |
| ২২। | মনিপুর ইউনিভরসিটি | ১ | X | ১ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৩। জেল | ১ | x | ১ |
| ২৪। এম, আর, টি, সি | ১ | x | ১ |
| ২৫। এফ সি আই | ১ | | ১ |
| ২৬। ফিসশরি | ১ | ১ | ২ |
| ২৭। এক্সাইজ | ১ | ১ | ২ |
| ২৮। ব্লোক | ২ | ১ | ৩ |
| ২৯। আই এফ সি | ৮ | ৪ | ১২ |
| ৩০। এস আই | ১ | | ১ |
| ৩১। কো-ওপরেটীভ | ১ | | ১ |
| ৩২। অরবান দিভেলপমেন্ট এজেন্সি | ১ | | ১ |
| ৩৩। মিউনিসিপালিটি | ১৫ | ৪ | ১৯ |
| ৩৪। সোসিয়েল দিভেলপমেন্ট ওরগানাইজেসন | ২ | ১ | ৩ |
| ৩৫। সেকেণ্ডরি বোর্দ ওফ এড্কেসন | ১ | + | ১ |
| ৩৬। হোলসেল কো-ওপরেটীভ | ২ | + | ২ |
| ৩৭। খাদি কমিসন | x | ১ | ১ |
| ৩৮। মিলিটরি | ২৩ | | ২৩ |
| ৩৯। এয়ার য়ুইং | ১ | | ১ |
| ৪০। নেভি | ১ | | ১ |
| | ৫৪০ | ৯৮ অপুনবা | ৬৩৮ |

এন. দি. এ লোইরগা কমিশন তৌরক্লবগী ট্রেনিংদা লৈরিব মীওইশিং।

১। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম শ্যামকিশোর সিংহ ত্নুমাক লৈকাই এ, এফ, এ

২। শ্রীমোইরাংথেম বোবো সিংহ খুনয়াই লৈকাই আই, এম, এ

মথক্তা পিরিব থবক তৌবগী মশীং অমসুং বিভাগকী মশীং অসি চিংথহোবা থরদি পোইদনা য়াওরমগনি। বিভাগ খুদিংমক্কী থবক তৌরিব মীওইশিংগা তানরগা ফিগরশিং অসি খোমজিনজবনি য়ারিবমখৈ কা - হেন্না চেন্নদনবা চোকশিন্না হোৎনজখিবনি।

# প্রজাগী মীহুৎ ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌখিব ককচিংগী লুচিংবশিংঃ

| সে. নং, | মিং | লৈফম | পার্টি | চহি |
|---|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীথোকচোম শ্যামো সিংহ | নিংথৌ লৈকাই | কৃষক সভা | ১৯৪৮ - ৪৯ |
| ২। | শ্রীপুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ (লৈখিদ্রব) | , | কংগেস | ৫২ |
| ৩। | শ্রীময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ | খুংয়াই লৈকাই | কংগ্রেস | ৬২ – ৬৭ |
| ৪। | * শ্রীযেংখেম নিমাই সিংহ | তুরেল ৱাংমা | এস এস পি | ৬৭ – ৬৯ |
| ৫। | শ্রীযেংখোম নিমাই সিংহ | „ „ | „ | ৭২ – ৭৭ |
| ৬। | শ্রীক্ষেত্রিমযুম ইরাবাং সিংহ | মথা লৈকাই | সি পি আই | ৭৪ ৭৯ |
| ৭। | শ্রীক্ষেত্রিমযুম ইবংবাং সিংহ | „ | „ | ৮০- ৮৫ |

---

শোক ১৯৫৭ তা মনিপুরগী অহানব টেরিটোরিয়েল কাওন্সিলগী ইলেকসন তৌখি। মতমদুদা ককচিং রাংজিং কমষ্টিটুয়েন্সি হায়না খণ্ডনরম্মী। অমম্তুং কাখিব মীহুৎনা শ্রীএম, ইতোচা সিংহ সি পি আইনি। মহাক লৈখিদ্রে। মীখন তরেৎলক পাংথোকপ্রবা মতম অসিদা কন্ষ্টিটুয়েন্সি অসিদগী ইণ্ডিপেন্দেন্ট মীরেপ অমতা কাখিদ্রি। * খাই নিমাই সিংহ ককচিংগী ওইনা অহানব মন্ত্রি ওইখিব এম, এল, এ, নি (লৈখিদ্রবা)।

# ককচিং স্মোল টাউন অমস্থুং মুনিসিপাল বোর্দকী চিয়ারমেন ওইখিবা/ওইরিবা মেম্বর/কমিসনার মশিং

| সে নং. | মিং | ৱার্দ নং. | পার্টি | চহি |
|---|---|---|---|---|
| ১। | এন, ইবোতোন সিংহ | ৮ | সি পি আই | ৬৯ - ৭০ |
| ২। | এন. গম্ভ সিংহ (লৈখিপ্রব) | ৭ | কংগ্রেস + সোসিয়েলিষ্ট | ৭২ ৭৪ |
| ৩। | এম, ক্বাকলৈ সিংহ | ২ | " | ৭৭ - ৭৮ |
| ৪। | এন. শ্যামকিশোর সিংহ | ৯ | কংগ্রেস আই + সি পি আই | ৭৮ ৭৯ |
| ৫। | এন মুনাল সিংহ | ৩ | " | ৭৯ |
| ৬। | ক্ষেত্রি মঙ্গিজাও সিংহ | ১ | জনতা + কংগ্রেস | ৭৯ ৮০ |
| ৭। | টি এচ মনিহার সিংহ | ৭ | সি পি আই | ৮০ - ৮১ |
| ৮। | এন, শ্যামকিশোর সিংহ | ১ | কংগ্রেস আই | ৮১ ৮২ |
| ৯। | ক্ষেত্রি. চাওব সিংহ | ৬ | " | ৩/১১/৮২ |

---

শ্রীমোইরাংথেম ক্বাকলৈ সিংহ অমস্থুং শ্রীনাওরেম মুনাল সিংহদি ভাইস চিয়ারমেন ওইনা মতম খরগী কিয়াৰ টেকর ওইখিবনি। থৌবাল এস, ডি ও. না পুথিব মতমশিংদি - (ক) ২০/১২/৭৭ ৯/১১/৭৮ অমস্থুং (খ) ১২/৫/৮২ — ২/১১/৮২ নি। সো: ককচিং মুনিসিপাল ওফিস।

# লাইব্রিক অসিগী মচাক লৌকম

১। ষ্টেটিসটিকেল হেণ্ডবুক ওফ মনিপুর ১৯৮১

২। দিস্ট্রিক সেনসস হেণ্ডবুক
সেরিজ নং ১২ — ১৯৭১

৩। প্রোভিজনেল পোপুলেসন টুতেলস মনিপুর
সেরিজ নং — ১৩

৪। ফাইনেল পোপুলেসন ফিগরস
পেপর – ১ — ১৯৮২, সেরিজ নং ৪

৫। ইকোনোমিক রিভিউ ১৯৮১

৬। এন্যুয়েল প্লান (এগ্রি) ১৯৮৩ - ৮৪

৭। ইন্টিগ্রেটেদ অববান দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম ফোর ককচিং (রিভাইস)

মথক্তা পিরিব লাইব্রিকশিং অসি সরকারগী চেফোঙ ফঙজনি। অতৈ ককচিংগা মরী লৈনবা শরুখা মচাকশিংদি ওফিসশিংদা চংলগা লম্মাই খোমজিল্লুবনি।

---

অরানব চুমথোক্কচবা

| লমায | অরানব | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ২ | ৬, ৪১১ ' ৮৩ | ৬, ৬৩১ : ৭৪ |
| ১২ | ৩৮৯৫'৭৪ | ৩৮৯৫ |
| ৩৯ | শোক | লিংখংখিব শোক |
| ৪৭ | ময়াংলম্বম ভৈগ্যচন্দ্র সিংহ | ময়াংলম্বম ভাগ্য সিংহ |
| ৫২ | ককচিং খুম্মোক্লোন | মনিপুরগী লম্মিংলোন |
|  | ওইব | রাওবা |
| ৯৮ | ইনর্চাজ্ঞ | ইনচার্জ |

চিংথহৌব

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৯৮ | সে. নং ৬ – | ডাঃ সরিতা | ময়াই লৈকাই | এসিষ্টেন্ট সর্জন গ্রেদ রান তমেংলোং |

## সপ্লিমেন্ট

সঙ্গীত বিসারদ পাস তৌরবা মশীং শোক ১৯৮৩ মার্চ ৩১ ফাওবগী—

| সে নং | দিগ্রি | মুপা | মুপী | অপুনবা মশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | সঙ্গীত বিসারদ (ভোকেল) | ৩ | ৪ | ৭ |
| ২। | সঙ্গীত বিসারদ (ইন্সট্রুমেন্টেল) | ৬ | × | ৬ |

বিসারদ পাস তৌরব অপুনবা মশীং ১৩

এন: দিঃ এঃ লোইরগা কম্মিসন তৌরক্লবগীদমক ট্রেনীংদা লৈরিবা মীওইশিংগী লিষ্টতা হাপচিনগদবা।

১। শ্রীনোংমাইথেম সনাতোম্বা সিংহ মোইরাংথেম লৈকাই আই. এমঃ এ.

মপান্দা থবক তৌবা ওফিসারগী লিষ্টতা হাপচিনগদবা।

১। শ্রীময়াংলম্বম ওজিৎ সিংহ খুনয়াই লৈকাই প্রোগ্রেসিভ এসিস্টেন্ট আরুনাচল প্রদেশ

চেকোংগী লিষ্টতা হাপচিনগদবা।

| | চেকোং | অকোংবা | থা থুদিংগী |
|---|---|---|---|
| ১। | হক[illegible] | ডাঃ ধনেশ্বর সিংহ | থা/থাগী |
| ২। | অ[illegible] পুন্সি | [illegible]চিন-মনাও সেবাশ্রম | " |



[illegible]লোইরবা—